হৌথিবা অমসুং হৌজিক্কী

# মণিপুরগী ঙমখৈ





হরেশ্বর গোস্বামী

ꯍꯧꯈꯤꯕ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯍꯧꯖꯤꯛꯀꯤ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯉꯃꯈꯩ

হৌখিবা অমসুং হৌজিক্কী

# মণিপুরগী ঙমখৈ

ꯍꯧꯈꯤꯕ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯍꯧꯖꯤꯛꯀꯤ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯉꯝꯈꯩ

হৌখিবা অমসুং হৌজিক্কী

# মণিপুরগী ঙমখৈ

হরেশ্বর গোস্বামী



কংলা পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১ (মণিপুর)

# ꯍꯧꯈꯤꯕ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯍꯧꯖꯤꯛꯀꯤ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯉꯝꯈꯩ

**Houkhiba Amasung Houjikki Manipur-gi Ngamkhei**
Boundaries of Manipur (Past & Present)
A Brief History on the Boundaries of Manipur
From 1st Century AD to Present
By **Hareshwar Goshwami**
Wangkhei Konsam Leikai, Imphal-795001, Manipur
Published by
**Smt Wahengbam Amita Devi**, B A, (B ED), M A (Pol Sc)
on behalf of Kangla Publications,
Imphal-795001, (Manipur)

অহানবা ফোংবা ঃ খৃষ্ট কুম ২০১৩ ।
অফোংবী ঃ **শ্রীমতি ৱাহেংবম অমিতা দেবী**
বি·এ (বি· এইদ),এম এ·(পোলিটিকেল সাইন্স) না
'কংলা পব্লিকেসন্স' গী মহুৎ শিনলগা ফোংবা ।


কোপি মশিং ঃ ২০০০ (লিশীং অনী)
মমল ঃ লুপা ২০০/-

মখুম দিজাইন ঃ জি· মোহোনচন্দ্র, ৱাংখৈ কোন্সম লৈকাই ।
লাইরিক ফংফম ঃ জোব সেন্টর, বাবুপারা, ইম্ফাল-৭৯৫০০১
(মণিপুর)।

---

টাইপ সেটিং অমসুং নম্ফম ঃ
*এম এস যুগোল প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরি, গভর্ণর ক্রোসিং রোড, পাউনা বজার, ইম্ফাল ।*

লৈখিদ্রবা ঐগী
ইমাগা পোকমিন্নবা মাম্মশিং
**হওবম ˜চুড়মনি শর্ম্মা**
**হওবম ˜রাজেন্দ্রা (রাজো) শর্ম্মা**
**হওবম ˜রোবিন্দ্রো (রোবিন) শর্ম্মা-গী**
মফমদা,
মাম্মাশিংনা হোৎনবিবকপা কযাদগী
পাংদ্রবা নম্বাক্লা পুথোকপা ঙমজবা
চন্নবা লাইবিক মচা অসিমতং।

“তবামাপেলগুবা চহীচাদা ইউরোপিয়ানশিংনা মেপ য়েক্লবগী অনৌবা জিওগ্র্যাফি অমসুং টেক্নোলোজি পুরদুনা লমদমদুদা চঙলকপদগী, ঙমখৈ অমসুং নীংতম্বগী, অনৌবা অমসুং মহৌশাগী লৈজরক্লবা রাখল্লোননঅনীগী মরক্তা, মইয়োক্লন্না থেংগাইনরকপনা মবম ওইদুনা ... লান্না লৌনবা কয়া থোকহনলি।”

সিনোপসিস : শ্যামমেপ্পদ্
(ইংলিস্লতগী হন্দোকপা)

# মনুংগী লমায়শিংদা

# অইবগী ৱারোল

মণিপুবগী পাক - চাওববা ঙমখৈ অমা লৈবন্মী হাযবসি মিথ, লেজেন্দ, হিষ্টবি অমদি অতে সোর্স কযা অমদগী খংবা ঙন্মী। অদুবু ইতিহাসকী তাঙ্কক কযাদা নোংপোক্তা যুনান, নোংচুপ্তা ট্রিপুবা (টুই-ফ্রা), অৱাংদা ব্রক্ষ্মপুত্র (টি-লাও) অমসুং খাদা বর্মাগী কলেগী লমদমশিং যৌবন্মী হাযবসিনা অমুক্কা হেন্না লাংতক্লবা অমদি খঙনিংবা পোকহনলি। মতম কুইনদগী থম্মোইদা ফাওবকপা ৱাখলগী ইথিল অসি ফোংদোক্লবগী তাঞ্জা ২০১২ ইংগী মার্চ থাদগী ফংবা হৌখি। ঈশ্বৰনা পীবিবা তাঞ্জা হাযবদুনি, হান্নদগী খোমজিঞ্বকপা মচাক- মথুম কযাগা লোইননা চহী অমা চংনা, লেপ্পা লৈতনা কলম অমক পাই, ফীল্ডা অমুক চৎ তৌদুনা হোৎনজবকপনা, ২০১৩ ইংগী এপ্রিল থাগী অহানবা চযোলদা লাইবিক অসি প্রেসতা চংবা ঙমখি। লাইবিক অসিমক্তংদি লোইশিন্দবা যাদে খনখিবনা হৌখিবা চহী অমবোমসি ঐগী নুংশিজববা ইবৈবাকচাশিংগী মবক্তা তিনবা ঙমজখিদে। অদুবু লাইবিক অসিসু প্রজা মীযামগী অমদি তুংগী মীবোলগীদমক্কি খনবীদুনা পুন্নমক্কী মথমদা ঙাকপীনবা নিজবি।

লাইবিক অসি ইবা হৌবকপা মতমদা যাম্না ৱাখিবা অসি মক ওইনা 'ঙমখৈগী ৱাখল্লোন অমসুং মণিপুব' কৌবা অহানবা চ্যাপ্টব অসিনি। ঙমখৈগী ৱাখল্লোন নৈনবকপা মতমদা হিষ্টবিগী ৱাংমদা জিওগ্র্যাফি, পোলিটিকেল সাইন্সনচিংবা অতে সোসিযেল সাইন্সগী এবিযাদা হেন্না নকশিনলকপা অসিনা ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওইখি। অদুবু লাইবিক-লাইশু অমদি অখং- অহে কযাগী মতেংদগী, (ঐহাক্কী মিৎযেংদগী) মণিপুবগী কন্টেক্সতা ঙমখৈগী ৱাখল্লোন অসিগী ৱাহন্থোক

অমদি পীনবা হোৎজবি। ব্রাখল্লোন অসি নৈবকপা মতমদা ঐহাক্লা এথনিসিটিগী ব্রাফম পুশিনলকপা অসি মপুং ওইনা 'এথনিক নেস্নেলিজম' গী ব্রাফম নৎচদে, 'এথনিক ওবিজিন ওফ বাউন্দৰীজ এন্দ ষ্টেট' কী ব্রাফমনি। মতাং অসিদা থমজনিংবা ব্রাফম অমনা, মণিপুবদা পুন্না খুন্দা-লৈতামিন্নবিবা চীংমী কাঙলুপশিং অসি কনাগুম্বা খবনা তোখাইবা এথনিক গ্রুপ ওইনা লৌবা যাওববসু, ঐগী মিৎযেংদদি মণিপুবী মৈতৈশিংদগী কবিসু তোখাইদবা, অপুনবা এথনিক গ্রুপ অমা ওইবগী চংদবা যাদবা মচাক শুনা লৈবিবা, হৌবকফম-কাঙফম, মিথ, ট্রেদিসন, হিষ্টবি, পুন্না নীংশিংমিন্নবা (কম্মন মেমোবিজ), মহৌশাগী (অবিবা) পোৎ-চৈশিংবু লুনা খনবা, ব্রাখলদা ব্রাংনা থম্বা অমদি অতৈ হিবম কয়াদা মান্নবা কাঙলুপ অমনি হাযনা লৌজনিংই।

তশেংনমক হাযববদি নৌনা থোবকপা নাগা-কুকিনচিংবা টার্মশিং অসি ব্রিটিস লোইলম শন্দোকপা কাঙবুনা লৈঙাক্লোনগী ওইবা লমদা মপুং ওইনা শীজিন্নবা লোন্দা-পুদা ঙাক্তনি। হাযবিবা মমিংশিং অসি মতম অমদা মণিপুবগী মনুং চনলম্বা, হৌজিক্লা নাগালেন্দ, অসাম অমসুং মিজোবামগী মনুং চনখ্রবা পটকাই চীংশাংগী নোংচুপ থংবা চীংখোং-চীংয়াশিংদা, ব্রিটিস লাকপা মতমদা খুন্দা-লৈতাবম্বা চীংমীশিংদা, ব্রহ্মপুত্র অমসুং ববাক তুবেলগী মপান্দা তাবা, অসামীজ অমসুং বেঙ্গোলীশিংনা কৌবদগী ব্রিটিসশিংনা তমদুনা নাগা অমসুং কুকি হাযবা ব্রাহৈশিং অসি শীজিন্নখিবনি। মমৈথংদা হায়বিবা মফমশিং অসিদা লৈবিবা মীওইশিং অসিদতা নত্তনা হৌজিক্কী নাগালেন্দ অমসুং মণিপুবগী চীংগী লমদমশিংদা খুন্দাবিবা চীংমীশিংদসু শীজিন্নবা হৌখি। হৌজিকসু মণিপুবগী মনুংদা লৈবিবা চীংমীশিংদি লাইনিং-লাইশোন অমসুং কলচবগা মবী নৈনবা থবক-থৌবমশিংদা মশা-মশাগী কাঙলুপকী মমিং, খুদম ওইনা মাও, মাবাম, পাওমাই, থাঙ্গাল, কবুই, চিরু, চোথে, অনাল, তাংখুল খোংজাইনচিংবা অসি ঙসি ফাওবা অদুম্মক শীজিন্নবি।

অদুবু লাইবক খিবদি ব্রিটিসনা চৎখ্রবা মতুং অমদি মখা তাবকপদা মীওই খবনা বাজনিতিগী খুদোংচাবা লৌনবা হাযবিবা ব্রাহৈশিং অসি

পোলিটিকেল টার্ম ওইনা শীজিন্নবা হৌখি। হাযবিবা ব্রাহ্মেশিং অসি ঐখোয়গী চীংমীশিংনা নৌনা এদোপ তৌদুনা /লৌদুনা শীজিন্নবা হাযবসি ঐগী মিৎযেংদগীদি ভাব তানদবদগী থোবকপা ব্রাফম্নি হায়না থমজনিংই। তৌবতবু চীংমী মশেলগী মবক্তবু ওইববসু, মণিপুবী মৈতৈশিংগা চীংমীশিংগগী মবক্তবু ওইববসু, নাগা অমসুং কুকি হাযবা ব্রাহ্মেশিং অসি শীজিন্নবা মতমদা মমাংঙৈগী ওইবা ব্রাবী- ব্রাখোং অমতসু থিবা ফংলোই অমসুং এথনিক গ্রুপ অমা ওইবগী চংদবা যাদবা মবম /মচাক অমতসু থেংনবোই। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু ঙসিগী মণিপুবগী চীংমী অমসুং তম্মী পুন্নমক 'মণিপুবী'[১] হাযবা এথনিক গ্রুপ অমগী মনুং চনবা মীওই ঙাক্তনি হাযনা লৌবদা কাইবোই। অসিগুম্বা মণিপুবী হাযবা এথনিক গ্রুপ অসিবু মমি শামহন্নবা হোৎনবা অমদি চহী লিশীং কযাগী তৎন- থানবা যাদ্রবা মবীবু খুৎশেমগী পাম্বৈনা থদৎনবা হোৎনবদি অবাইবা ওইবোই। তৌবতবু চীংমী- তম্মী অনীমক, ভাব তামিন্নবগী যাম্নমক তঙাইফদবা তাঞ্জা অদুদি লাক্কে।

অনীশুবা চ্যাপ্টব অসি নোংদা লাইবেন পাখংবনা কংলাগী ফম্বাল কাদ্রিঙৈ মমাং অমদি কাববা মতমদা ওইখিবা লৈঙাক্লোনগী ফিভম অমদি মতম অমদা মণিপুবগী পাক- চাওববা ঙমখৈ মনুংদা লৈবম্বা অমসুং যুমলোন্নবম্বা লৈবাকশিংগী ইতিহাসকী ওইবা লমদা মরু ওইবা মিৎযেং থন্নি। চ্যাপ্টব অসিনা পাক- চাওববা মণিপুবগী ঙমখৈ অমা লৈবম্মী হাযবসি নৈনবকপা মতমদা, কদাইফাওবা ওইথোকপা যাবা/ যাদবগী মতাংদা কবিগুম্বা লংলা- লংজীন খবদি কাংবা ঙমগদবা খন্দুনা থমজবা চ্যাপ্টবনি। চ্যাপ্টব অসিনা ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদা মণিপুবনা কবম- কবম্বা লৈবাক্কা যুমলোন্নবম্বগে হাযবদু খবগী মখৈদি উবা ঙম্নবা হোৎনজবি অমসুং মসিনা হৌখিবা মণিপুবগী ঙমখৈ লেপ্পবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি খনলি। অদুবু চ্যাপ্টব অসি নৈনবকপা মতমদা বর্মাগী অবিবা 'ক্রোনোলোজি' শিংগী মতুং ইন্না নিংথৌশিংগী

[১] মযাম্না য়ান্নবা, হেন্না চুনবা/চান্নবা মমিং অমা লাকপা/কৌনবকপসু যাই।

শোক, তাবিক ইবকপা মতমদা 'মান্নন যাযাৱিন' (গ্লাস পেলেস ক্রোনিকল),'যটাদৌবোন যাযাৱিন' (ক্রোনিকল ওফ বোযেল হোবোসকোপ), 'যাযাৱিন থেট' (নিউ গ্রেট ক্রোনিকল), 'মহাযাযাৱিন' নচিংবা কযাদা খেন্নবা যাওবকপনা খুদোং চাদবা কযাদি থোকহনলি। অদুবু লাইবিক অসিগী ওইনা অয়াম্বা মতমদা 'মান্নন যাযাৱিন' দা যুম্ফম ওইনা থমজবে।

অহুমশুবা চ্যাপ্টব অসিদি মপুং ওইনা হৌখিবা মণিপুবগী ঙমখৈগী মবমদা নৈনবা চ্যাপ্টবশিংনি। চ্যাপ্টবশিং অসিদা লাইওইখ্রবা অহল- লমনশিংনা থম্বীবম্বা মিথ, লেজেন্দ, ওবেল হিষ্টবিনচিংবা কযাদা লোৎনা- থুপ্না (অ্যালেগোবিকেল) ওইনা যাওবিবা ৱাবোলশিং অসি, হৌজিক্কী মতমদা যুম্ফম ওইবা ৱাবোলশিংগা কদাই ফাওবা চাশিন্নবগে হাযবদু নৈনবা হোৎনজবিবা চ্যাপ্টবনি। অদুবু চ্যাপ্টব অসি ইবকপা মতমদা যাম্না ৱাখিবা অসি মণিপুব অমসুং যুমলোন্নবা লৈবাক কযাগী অ্যাকাউন্দা, পাক- চাওববা মণিপুবগী ঙমখৈ অমা লৈবম্বগী ৱাফম থেংনববসু হাযবিবা ঙমখৈশিং অসি কংলাদা পানখিবা নিংথৌশিংগী ঙমখৈবা নৎত্রগা যেক- শলাইশিংনা কোনলম্বা মফমশিংসু মণিপুবগী ঙমখৈ ওইনা অদুম্মক লৌখিববা হাযবসিনি। মবমদি ইতিহাসকী তাঙ্কক কযাদা যেক- শলাইশিংগী নিংথৌশিংনা মনীংতম্না পানলম্বগী ৱাফম লৈবনা, মতম অমগী পাক- চাওববা মণিপুবগী ঙমখৈ অসি কংলাদা পানখিবা নিংথৌশিংগী লৈবাক মনুংদা লৈখি হাযনা লৌবা যাববা যাদববা হাযবগী ৱাফম লাকই[২]। অদুবু যেক- শলাই কযানা শন্দোক্লম্বা লৈবাক কযা যাওবম্লবসু, নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদা যেক- শলাইশিং অসি অযাম্বনা অপুনবা 'কনফেদ্যাবসন' গুম্বগী মওং অমা ওইনা লৈবম্বা অমদি মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা (১৪৩২-১৪৬৭ সি· ই:) গী মতমদা মোইবাং লৈবাক্লা মণিপুবগী লৈঙাক্লোন্দা পুনশিনখ্রবগী মতুংদদি অপুনবা মণিপুব অমা শেমখিবনা মবম ওইদুনা যেক- শলাই অমনা নৎত্রগা অমনা

[২] ৱাফম অসি তোখাইনা নৈনবদা কান্নববা ইতিহাসকী মচাক ওইগনি।

শন্দোক্লম্বা/কোনলম্বা লম পুন্নমক 'মণিপুবগী ঙমখৈ' মনুং চনলম্মী হায়না অদুম্মক থমজবি।

মবিশুবা চ্যাপ্টব অসিদি লোইলম শন্দোকপা ব্রিটিসশিংনা পাক- চাওববা মণিপুবগী ঙমখৈবু মচেৎ- মচেৎ থুগাইদুনা, ঙসি ওইবিবা মণিপুবগী ঙমখৈ অসি মতৌ কবম্না শেমখিবনো হায়বনচিংবগী চাওবাকপা ৱাবোলনি।

মঙাশুবা চ্যাপ্টব অসিদা মণিপুবনা ভাবত লৈঙাক্লোনগী ফিবালনুংদা চংব্রবা মতুংদা মণিপুবগী ঙমখৈদা শীংনবক্লিবা কযা অমদি নাগালেন্দগী লালহৌ লুপ অমা ওইবিবা এন:এস:সি:এন: (আই:এম) না, অঙ্গামী জাপু ফিজোবু, নাগা লালহৌবশিংগা ভাবত সবকাবগা শান্তিগী য়ানচে, শিল্লোং অ্যাক্কোর্ড (১৯৭৫ সি:ই:)সহি তৌবা মতমদা তুমিন্না লৈশিনলি হায়দুনা কন্না বিযেক্ট তৌবগা তোঙানবা লালহৌ লুপ শেমদুনা, নাগাশিং নীংতমদ্রিবা ফাওবদি হনবা লৈতনা চঙশিনগনি হাযদুনা ৱাশকলম্লগা, নীংতম্বগী লালহৌ নাথৈদুনা, 'ইকাই-খাংদগী কং কোৎলি' হাযবগুম কবম হাযনা মণিপুবগী টৈবিটোবিয়েল ইন্তেগ্রিতি থুগাইনবা হোৎনবকপনো হায়বনচিংবা ৱাফম থল্লি। অমবোমদা বর্মানা কবো ভেলি লৌশিনখ্রবা ফাওবদা পেন্দদুনা মণিপুবগী মোলচামদা মিৎযেং চংলকপা অমদি নাগালেন্দনা মখোয়গা তাইনবা মণিপুবগী মাও, পাওমাইশিংগী লম মচেৎ-মচেৎ ফক্তুনা লৌশিনলকপনচিংবা ৱাফম তেনতক্লা থমজবি।

লোইশিনলকপদা, ঐনা লাইবিক অসি ইবগী তাঙ্কক কযাদা, চহী অম্যা চুপ্পা মফম অমদগী মফম অমদা চৎতুনা যুমগী মপান্দা লৈবিঙৈ মতমদা, যুমগী লৈত-লাইবা চৈথেং পুবিখিবী অমদি লাইবিক অসিগী মতাংদা তাথোক-তাশিন কয়া তৌনখিবী ঐগী লোইনবী ৱাহেংবম অমিতা দেবী, ঐগী নুপীমক ওইববসু হন্দক্কী লাইবিক অসিগী মতাংদদি, মহাক্কী মমিং পন্দ্রবদি চাওনা অহোবা অমা লৈবগনি খল্লি। অমবোমদা ঐগী পুস্নীগী চিববা তাঞ্জা অসিদা ঐগী ইনাওনুপা টিলকান্তা (পপু) গোস্বামীনা

লাইবিক অসি নম্বগী থৌদাং লৌবিখি। লোয়ননা ঐগী ইচানুপী জি:সি:সপনা (বিসাৰ্হ্ব স্কোলাব), মহাক্কী মমান্নবী ভিনিথা (বিনি) গুরুমযুম, ইনাওনুপা প্রমেশ্বব (মোমো) গোস্বামী, ইমোচা গোস্বামী, শিবসাগবগী বোবকালা মৈতৈ লৈকাইদা লৈহৌবা বিটাযার্দ সেনিযাব লেকচবব অবিবম উমানন্দা শৰ্ম্মা, লৈকাই অদুগী শক্লাইববা ইযাম্বা পাওনম বিবেনকুমাব অমসুং মহাক্কী ইমুং-মনুং, ইচননুপী পাওনম চান্দনি দেবী অমসুং এম এস জে প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনবিগী প্রোপ্রাইটব লোযননা কমপ্যুটব ওপবেতব যুমলেম্বমচা প্রামানন্দা অমদি লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবীখিবা খুদিংমকপু ঐগী মাইকৈদগী তৌবিমল খংবা উৎচবি।

অবোইবদা, লাইবিক অসি ইবকপা মতমদা লো এন্দ ওর্ডবনচিংবা অতৈ মবম কযানা চৎনিংবা মফম থুংনা চৎপা ঙমখিদবা অমসুং ইশাগী ওইবা হৈজ-শিংজদবা, অমদি ঐগী লিমিটেদ নোলেজ কযা অসিনা মবম ওইদুনা লাইবিক অসিদা য়াওবিবা অৱাৎ- অপা কযা অসি অখণ্ড -অহৈশিংনা তাকপিযু মখণ্ড খুৎনমদা মেনখৎচগে। লোযননা লাইবিক অসিনা মণিপুবগী মীযামদা, মতম অমদা খা- নোংপোক এসিযাদা মনীংতম্না পাল্লম্বা, পাক- চাওববা ঙমখৈ/লৈবাক অমা লৈবম্বা মণিপুবনা ঙসি ওইবক্লিবা ফিভম অসি কবম হাযনা যৌখিবনো অমদি কবি তৌবগা ফগদগে হাযবা ব্রাখলগী ইথিল অদু খজিক্তং ওইববসু পীবা ঙম্লবদি লাইবিক অসি ইজবগী মহৈ যানলে খঞ্জগে।

ইম্ফাল, জুন ১, ২০১৩ ইং। হবেশ্বব গোস্বামী

# ১. ঙমখৈগী ব্রাখল্লোন অমসুং মণিপুর

মীওইবগী পুরাবীনা হৌবকপদগী ঙসি ফাওবদা ঙমখৈগী মতাংদা যেৎনবা, খৎন-চৈনবা অমদি নীংঙাই-শংদানবা কযা লেপ্তুনা থোক্লুনা লাক্লি। মবমদি লৈবাক অমা নৎত্রগা ষ্টেট অমগী ঙমখৈ হায়বসি, ঙনলিঙৈ মতমদগী হৌনা, লৈবাক অমা শেমগৎলকপা মতমদা চংদবা যাদ্রবা মবম/মচাক অমনি। ব্রাফম অসিগা মবী লৈননা লম অসিদা নিংথিনা নৈনবিবা হিষ্টোবিযান ডা: পিবোজ মোজটাহেদ-জাদেহনা মহাক্কী আর্টিকল 'পার্শিযা অমসুং দেমোক্রেসি' দা অসুম্না থল্লি, " The development of the concept of territory in the Sassanid era went hand in hand with the evolution of concept of boundary " (Mojtahed, 2006 7) তৌবতবু হোংলক্লিবা মতমগী তাঙ্কক কযাদা, মফম অমসুং মতম খেন্নবগী মতুং ইন্না ঙমখৈগী ব্রাখল্লোন অসি কবম হায়না লৌনবম্বনো নৎত্রগা লেপ্লবম্বনো হায়বসি নৈনবদা মথৌ তাবা ব্রাফম ওইবকই।

**ঙল্লিঙৈ অমসুং অনৌবা মতমগী ঙমখৈগী ব্রাখল্লোন :** ঙমখৈ নৎত্রগা ঙমখৈ পবিংগী ব্রাফম অসি মীওই খবনা 'মোদন কন্সেপ্ট' হায়বদি অনৌবা মতমগী ব্রাখল্লোন্নি হায়না লৌনবা যাওববসু ব্রাফম অসিমক্তি মথক্তা পঞ্জখিবগুম লৈবাক নিংথৌ পান্দুনা মীওইবা খুন্নাইনা

শাফোংলকপা মতমদগী পুদুনা লাক্লবা, তৎন-থানবা যাদ্রবা মচৎ-মনাৎ অমা ওইবকই। ' It is universally accepted that the need for defining precise lines of separation and points of contacts between states is the byproduct of the emergence of nation-states and world economy' in the nineteenth century Europe Nevertheless. it is hard to overlook the fact that these modern notions are rooted in periods prior to the emergence in Europe of nation-states " (Mojtahed, 2006 1) মথক্কী ৱাফম অসিদগীসু, ঙমখৈগী মতাং নৈনবকপা মতমদা 'এন্সিযেন্ট কন্সেপ্ট ওফ বাউন্দরী' (ঙনলিঙৈ মতমগী ঙমখৈগী ৱাখল্লোন) অমসুং 'মোর্দন কন্সেপ্ট ওফ বাউন্দরী' (অনৌবা মতমগী ঙমখৈগী ৱাখল্লোন) হাযনা অনী থোক্লা চাওবাক্লা যেংবা যাই হাযবসি উবা ফংই।

অঙনবা মতমগী ঙমখৈগী ৱাখল্লোন অসিদি হৌজিক্কী অনৌবা মতমগী ঙমখৈগী ৱাখল্লোন অসিদগী খেন্নবা ৱাখল্লোন অমনি। ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতম অসিদদি লৈবাক নিংথৌ অমগী মখাদা লৈবা মীওই নৎত্রগা মীওই কাঙলুপ অমনা, নীংলকপা মতমদা শা- লালগীবু ওইবে, লল্লোন- ইতিক্কীবু ওইবে, উ- ৱা যানবগীবু ওইবে, কবিগুম্বা হিবম অমগীদমক অতোপ্পা মফম / লমদম অমদা, মফম অদুদা খুন্দা- লৈতাবিবা মীওইশিং অদুগী অযাবা যাওদ্রবসু চৎপা /চঙবা ঙম্নবা, চৎপা /চঙবা মতম অদুদা মফম অদুদা পানলিবা লৈবাক নিংথৌ নৎত্রগা খুন্দা- লৈতাদুনা লৈবিবা মীওইশিং অদুনা অপনবা/ অথিংবা পীদ্রবা, পীনিংলবসু পীবা ঙমদ্রবা অমদি পীববসু মাযথীবা নংলবা, অদু ওইববদি হাযবিবা মফম অদু, মফম অদু ফাওবা চঙবা ঙম্লিবা মীওই কাঙলুপ অদুগী মখাদা লৈবা নৎত্রগা মীওই কাঙলুপ অদুগী লৈবাক্কী মনুং চনলবা লমনি হাযনা লৌনবম্মী। মসিদা লোইপোৎ কাবা- কাদবা, ভেসেল কিং

(মীখা পোনবা নিংথৌ) হাপ্পা- হাপ্তুবা, অনৌবা লৈবাক অদুগী লৈঙাক্লোন চলাইবা- চলাইদবগী ৱাফম থোইদোক্না লৈতে। অসিগুম্বা মখলগী লৈঙাক্লোন শন্দোকপগী মওং কযা অসি হিন্দুশিংগী মিথ মহাভাবত্তা অশ্বেমেধ যজ্ঞগী শগোল থাবা, আলেকজেন্দবনা ইন্দিযা যৌনা লান্দাবকপা, মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা নিংথি তুবেল ৱাংমা লান্না মুংখোং, মুংযাং অমদি সাগ্যাইংনচিংবা লৌশিনখিবা কযা অসিদা মমি তাই।

হাযবিবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিগী অযাম্বা মতমদা ঙমখৈ পবিংদা নূঙ (বাউন্দবী পিল্লব) যুংবনচিংবগী চৎনবী অসি কযা লৈবমদে। অদুবু কবি- কবিগুম্বা মতমদা শা- লাল চৎলুবা মফমশিং অদুদা মফম চা- চাবা য়েংদুনা, মফম অদৃ ফাওবা, মীওই কাঙলুপ নৎত্রগা নিংথৌ অদুনা যৌবম্বা/ লৌশিনলম্বা মফমশিংনি হাযবা খঙনবা নীংশিং যুম্বীনচিংবা যুংবগী চৎনবীদি লৈখিদবা নত্তে। খুদম ওইনা মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা নাগালেন্দগী কোহিমাদা যুংলম্বা নুঙ অমদি চন্দ্রকির্ত্তি মহাবাজনা বেহিযাংগী চীবুজাংদা যুংলম্বা নুঙশিং অসি, মফম চাবা যেংদুনা, মফম অদুগী অকোইবদা লৈবিবা পাক- চাওববা লমদম পুম্নমক মণিপুবগী লৈঙাক্লোনগী মনুং চনলি হাযবা তাকপা পোলিটিকেল পিল্লবশিংনি, হাযবদি লৈঙাক্লোনগী ওইবা তোপ- তোপ্পা মখলগী ঙমখৈ যুম্বীনি। হাযবিবা মখলগী ঙমখৈ যুম্বীশিং অসিদি, হৌজিক্কী মতমদা যুংনবিবা লৈবাক অমগী অবোইবা নৎত্রগা লৈবাক অনীগী তাইনফমদা যুংলিবা ঙমখৈ তাক্লিবা ঙমখৈ যুম্বী (বাউন্দবী পিল্লব) অদু নত্তে, ফ্রন্তিযাবদা লৈবিবা পাক- চাওববা লমখৈ তাকপা ঙমখৈ যুম্বীশিংনি।

অনৌবা মতমগী ঙমখৈগী ৱাখল্লোন অসিদি 'লৈই' নৎত্রগা 'লৈই পবিং' দা যুম্ফম ওইবা, ঙমখৈগী যুম্বী, ঙমখৈগী শম্বল অমদি মহৌশাগী ওইবা পল, পবিং, চীং, পাৎ, তুবেল, সমুদ্রনচিংবা কযানা খাযদোক্লুনা থম্বা, মযেক শেংবা পবিং অমদা যুম্ফম ওইবা ৱাফমনি।

ঙমখৈগী ৱাহন্থোক্কী মতাংদা লম অসিদা শক্লাইববা 'শ্যাম্মিজ স্কোলাব' থোংচাই ৱিনিচকুলনা ইবা 'শ্যাম মেপদ্' কৌবা লাইরিক্তা বির্চাদ মুবগী ৱাফম পনলদুনা অসুম্না থম্মী, " Boundaries have been loosly described as being linear, in fact they occur where the vertical interfaces between state sovereignties intersect the surface of the earth" (Richard Muir, quoted by Thongchai , 1998 74) ৱাখল্লোন অসিদা অনৌবা মতমগী ষ্টেটকী ঙমখৈ অসি মপুং ওইনা, মনীংতম্বা লৈবাক নৎত্রগা ষ্টেটশিংগী মবক্তা মালেমগী লৈমায মথক্তা খাইনবিবা লৈইগী ওইবা মফম অদুনি হায়না পৌনা পীবি। অদুবু মতাং অসিদা নৌনা অমুক থোবল্লিবা ৱাফমদি লৈবাক অমগা অমগা তাইনফম/খাইদোক্লফম ঙমখৈ অদু মতৌ কবম্না লেপ্পখিবনো নৎত্রগা ওইবকখিবনো হাযবসিনি। ৱাফম অসিনা অনৌবা অমসুং অঙনবা মতমগী ঙমখৈগী ৱাখল্লোন অনীগী মবক্তা খবগী মখৈদি খেন্নবগী মমি তাবে । মসিনা মবম ওইদুনা অনৌবা চহীচা অসিদা ঙমখৈগী মতাংদা চমম্নবা কযা থোকহনলি। "As Europeans moved into the region in the nineteenth century, bringing with them the new geography and technology of mapping, the confrontation between modern and indigenous conceptions of boundary and sovereignty caused misunderstandings in the conduct of diplomatic relations, confusion in the surveying and boundary demarcations, and armed military clashes " (Sypnosis, Siam Mapped)

মথক্কী ৱাবোল অসিদা যাওবিবা " the confrontation between the modern and indigenous conceptions of boundary " গী মতাংদা 'ইন্দিজেনস' ওইবা হাযবদি 'মহৌশাগী' নৎত্রগা 'মৈহৌবোল'গী ওইবা ৱাফম অসি লাকপদা, থোংচাই ৱিনিচকুলনা মাগী 'শ্যাম মেপদ'তা থাইলেন্দ (শ্যাম)গী মিংযেংদগী

নৈনবিবা ব্রাফম অমদি, অবিবা মতমগী মেপশিং অযাম্বনা অযেকপা লাই (পিক্টোবেল) ওইনা তৌবা, ব্রাবী (ষ্টোবি) নৎত্রগা লাইওই -তিনওইবগী ব্রাবী (মিথ) কা, হেন্না নকশিন্নবা ওইনা তৌই হাযবসিনি। শ্যাম্মীজ অমসুং বর্মিজ অনীগী ঙমখৈ ব্রিটিসনা য়াৎপা হৌবকপগী মতাংদা মহাক্লা, ঙমখৈ হাযবসি মেপ্তা য়াওবিবা ভাবনা শাবা লৈই পবিং অদুদগীদি লৈবাক অনীগী তাইনফমদা, যানশিন্নদুনা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবিবা মীওই কাঙলুপশিংগী খাইদোক্লফম অদুনা হেন্না মক ওই হাযনা থম্পী। ব্রাফম অসিনা ঙনলিঙৈ মতমগী ঙমখৈগী ব্রাখল্লোন অসি মপুং ওইনা 'ঐখোয' 'মখোয' অমসুং 'ঐখোযগী', 'মখোযগী' হাযদুনা খাইদোক্লফম অদুদগী থোবকখিবা ওইনা তৌই।

মথক্তা ঙমখৈগী হৌবকফম অমনি হাযনা থমজবিবা 'ঐখোয' 'মখোয' হাযবসি 'এথনিক' অমসুং 'এথনিসিটি' হাযবা ব্রাবোলশিং অসিগসু মবী লৈনবা ব্রাফম ওইনা তৌই। এথনিক অমসুং এথনিসিটিগী মতাংদা এন্থোনি ডি স্মিটনা মাগী লাইবিক 'দি এথনিক ওবিজিন ওফ নেসন্স' তা এথনিসিটি নৎত্রগা এথনিক হায়বসি চাওবাক্লা মীওই কাঙলুপ অমগী মান্নবা ব্রাবী- ব্রাখোং, নীংশিংমিন্নবা, মান্নবা সিম্বোল মান্নবা ব্রাখল অমসুং থম্মোইদা ফাওবকপা মান্নবা ইথিল/ইহুল অদুনি হাযনা থম্লি। অসিগুম্বা ব্রাখল অমসুং ইহুল অসি কদাইদগী ফাওবকপনো হাযবগী মতাংদা স্মিটকী মতুং ইন্না হৌবকফম-কাঙফম, লাইওই -তিনওইবগী ব্রাবী-ব্রাখোং, খুন্নাইলোন (কলচব)গী ওইবা মওং/মতৌ/মান্নবা, অপুনবা ইতিহাস অমসুং ট্রেদিসন অমদা যুম্ফম ওইমিন্নবনচিংবা কযা অসিদগী পোক্লকপনি হায়না অমুকসু থম্লী। "On the basis of the forgoing discussion, ethnie (ethnic communities) may now be defined as named human populations with shared ancestry, myths, histories and cultures, having an association with a specific territory

and a sense of solidarity" (Smith, 1987 32)

**পোলিটিকো- কলচরেল বাউন্দরী :** অসুম্না মমাংঙৈগী মতমদা, চৎন-লোনচৎ মান্নবা মীওইশিংনা পুনশিন্নদুনা শেম্লকপা লৈবাক 'এথনো-কলচবেল টেবিটোবি' দা যুম্ফম ওইবা বাউন্দবীশিং অসি মতমগী মতুং ইন্না অপুনবা লৈঙাক্লোন অমগী মখাদা লৈবা 'পোলিটিকো-কলচবেল টেবিটোবি' নৎত্রগা 'নেসন ষ্টেট' ওইনা শাফোংলকই। ব্রাফম অসিগী মতাংদ এম· এম: অগ্রৱালনা, পাউল ব্রাসকী ৱাবোল পনলদুনা 'নেসন' অমা হাযবসি পোলিটিকেলাইজ তৌববা হাযবদি লৈঙাক্লোন লৈববা, হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা মীওইশিংগী লৈবাক অমনি হাযবগী মতাংদা অসুম্না থম্লি। "A nation therefore may be seen as a particular type of ethnic community or rather as an ethnic community politicised with recognised group rights in the political system " (Agrawal, 1996 122)

অদুবু অসিগুম্বা বাউন্দবীদা যুম্ফম ওইবা 'পোলিটিকো -কলচবেল টেবিটোবি'শিং অসি তোঙান-তোঙানবা লৈঙাক্লোন, খুন্নাইলোন অমদি শেম্মিৎলোনগী ওইবা মবম কযানা অমনা অমবু নমথনবা, খুদম চন্নবা ইতিহাসকী ঙল্লিঙৈ মতমদগী হোৎনদুনা লাকই। মসিনা মবম ওইদুনা লৈবাক অমগা অমগগী মবক্তা খৎন-চৈনবা, শা-লাল কযা থোক্লকই। অসুম্না হান্না লৈবম্বা 'পোলিটিকো-কলচবেল টেবিটোবি' কযা মাংখি অমদি অনৌবা কযা শেম্লকখি। হোংদোক -হোংজিন কযা অসিনা মবম ওইদুনা লৈবাক কযাগী মেপ্পিং অমসুং বি-মেপ্পিং হঞ্জিল-হঞ্জিল তৌবগী মথৌ তাবকখি। অদুবু ফনা যাম্না কাইথোক-কাইশিন তৌনৰুববসু মশা-মশাগী কলচবেল বাউন্দবীদা যুম্ফম ওইবা 'পোলিটিকো- কলচবেল টেবিটোবি' অদুদা

অমুক হেক্তা হঞ্জিল্লকই নৎত্রগা হঞ্জিল্লক্লবা হোৎনবকই। মতৌ অসুম্না লৈবাক অমা নৎত্রগা লৈবাক অমগী লমখৈ অসি মশা-মশাগী ওইবা 'এথনো-কলচৰ' দা যুম্ফম ওইবগা লৈঙাক্লোন চলাইবা 'পোলিটিকো -কলচৰেল টেৰিটোৰি' নৎত্রগা 'নেচৰেল নেসন' অমসুং নম্ফু-শাফুদা শা-লাল তৌবগা নৎত্রগা যানবা অমগী মখাদা শেম্না 'পোলিটিকেল টেৰিটোৰি' নৎত্রগা 'পোলিটিকেল নেসন' অনীগী ৱাখল লাক্কই।

মথক্তসু থমজখিবগুম মতম-মতমগী ওইনা থোবক্লিবা /শেম্নক্লিবা পোলিটিকেল টেৰিটোৰিশিং অসিগী ঙমখৈশিং অসি নোংমদি কাইবক্কনি, কুইবা যাবোই হায়না লৌনবনা কাঙলুপ অমনা অতোপ্পা কাঙলুপ অমবু নমথনবা/মাংহন্নবা হোৎনবকপা, কাঙলুপ মান্নবা মীওইশিংগী মবক্তা অতোপ্পা কাঙলুপকী মীওইশিং থাজিন্দুনা মশা- মশাগী কাঙলুপকী মবা চেৎপা মফম ওইনবা হোৎনবকপা কয়া অসি থোবকই। মসিনা মবম ওইদুনা মল্টি-কলচৰেল নেসনশিংগী মনুংদা মুক্লবা নৎত্রগা শা-লাল কয়া লেপ্পা লৈতে। হৌজিক-হৌজিক থোইদোকপা ইবাং লৈতে হায়না লৌনবিবা লৈবাকশিংসু হায়বিবা মুক্লবশিং অসি থোবকপা যাবগী ওইথোকপা অদুম্মক লৈ। মমাংদা থোকখিবা লাল কয়া অমদি ইকুই কুইদনা মালেমগী অনীশুবা লাঞ্জাও থোকখিবগী মরু ওইবা মবম অমদি কাঙলুপ অমনা অতোপ্পা কাঙলুপ অমবু শক্তি শিজিন্নদুনা নমথবগা পোলিটিকেল টেৰিটোৰি শেম্নবা হোৎনবকপা অসিসু অমনি। লাল অসি লোইবগা শেম্নকখিবা অনৌবা ঙমখৈশিং অসি মশা-মশাগী 'পোলিটিকো - কলচৰেল টেৰিটোৰি' দা অমুক হঞ্জিলনবা হোৎনখিবগী মমি তাই। ৱাফম অসি হান্নগী হোলি ৰোমান ইম্পাইযৰ, ব্রিটিস ইম্পাইযৰ,সোভিযেট ইউনিযন্নচিংবা কাযখিবা মতমদসু মমি তাখিববা হায়না থমজনিংই। লৈবাকশিং অসি কায়খিবগী মরু ওইবা মবম অমদি 'পোলিটিকো - কলচৰেল টেৰিটোৰি'

অমগী ৱাংমদা হেন্না পাক-চাওবা 'পোলিটিকেল টেবিটোবি' অমা শেন্নুবা নৎত্রগা হান্না নম্ফু-শাফুদা শেমখিবা 'পোলিটিকেল টেবিটোবি' অমদা যুম্ফম ওইকবা অসিনা ওইবা যাই। মতাং অসিদা এথনো- কলচবদা যুম্ফম ওইবা টেবিটোবিযেল বাউন্দবীগা অতোপ্পা পোলিটিকেল সিষ্টেম অমদা যুম্ফম ওইবা টেবিটোবিযেল বাউন্দবীগা, কনানা হেন্না মরু ওইবকপগে হায়বগী ৱাফম লাকই।

**ইন্নব অমসুং আউটব ফ্রন্টিয়াব :** ইতিহাসকী অঙনবা মতমদগী হৌবগা কুনগুবা চহিচাগী অহানবা তঙ্খাইগী অযাম্বা মতমদা মশা-মশাগী চৎন-লোনচৎ, হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা কাঙলুপ অমনা নৎত্রগা খবনা খুল্লিংদুনা লৈঙাক্লোন চৎথবিবা লৈবাকশিংগী ৱাংমদা লমখৈ শন্দোক্লদুনা/লৌশিন্নদুনা, অমনা অমগী লম খোপচিন্নবা হোৎনবকপা মতমনি। অসুম্না মতম অসিদা লৈখিবা/শেমখিবা লৈবাক্কী ঙমখৈশিং অসি অযাম্বনা মশা- মশাগী অশেংবা লৈবাক্কী ঙমখৈ অমসুং নম্ফু-শাফুদা লৌশিনলগা শেমখিবা লমগী অপুনবা ঙমখৈ (পোলিটিকো- কলচবেল বাউন্দবীশিং) অদুনি। হায়বিবা মতম অসিদা অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অনিসিদা যুম্ফম ওইবা লৈবাকশিং থোবকপনা 'ইন্নব ফ্রন্টিযাব' অমসুং 'আউটব ফ্রন্টিযাব'গী ৱাফম লাকই।

অসুম্না 'ইন্নব ফ্রন্টিযাব' (মনুংথংবা লমখৈ) অসিবু 'হোমলেন্দ টেবিটোবি' হায়বদি হৌবকফম কাঙফম অমদি চৎন-লোনচৎ নক্লবা মীওইশিংনা খুল্লিংলগা শেন্বা লৈবাক্কী ঙমখৈ অমসুং 'আউটব ফ্রন্টিযাব' (মপাল থংবা লমখৈ) অসিবুনা নম্ফু-শাফুদা নৎত্রগা কবিগুম্বা কন্দিসন খবদা যুম্ফম ওইদুনা লৌশিনলগা লৈঙাক্লোন শন্দোক্লুনা শেন্বা লৈবাক হায়বদি 'পোলিটিকেল টেবিটোবি'গী লমখৈ হায়না চাওবাক্লা অনী থোক্লা খাইদোক্লুনা নৈনবনা মণিপুবগী ঙমখৈ নৈনবকপা মতমদা খুদোং চাগদবা মাল্লি।

মতাং অসিদা পনবা যাবদি 'আউটব ফ্রন্টিযাব' (পোলিটিকেল টেবিটোবি) অমগী মনুংদদি নিংথৌ অমবু লাল তৌবগা ওইববসু তৌদনা ওইববসু মথক থোংবা নিংথৌনি হায়না যাবা নৎত্রগা লৌবা লৈবাকশিং লৈ। অসিগুম্বা লমদমশিং অসি কবি-কবিগুম্বদা নিংথৌবেল অদুনা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা লৈঙাকলোন চৎথৈ। চহীগী ওইনা লোইপোৎতমক পীবগা নৎত্রগা লোইপোৎ ফাওবা পীদনা লৈবাক্কী থৌদোক-ৱাথোক অমদি ফম্বাল কাবগী থৌবমনচিংবদতা যাওবগা যানবা/লৈনবা কযাশু যাওবি। অসিগুম্বা মখলগী চৎনবীশিং অসি চাইনিজ, শান, বর্মিজ, মণিপুরী অমদি অহোমনচিংবগী মবক্তা তোইনা উখি। যাম্না থেংলবা মতমগী থৌদোক অমা ওইনা বর্মিজ নিংথৌবেল ফাগ্যিদোয (বাগ্যিদৌ)না মণিপুবগী নিংথৌ মার্জীৎপু মহাক্কী ফম্বাল কাবগী থৌবমদা লাক্তে/যাওদে হায়বনা মক ওইবা মবম অমা ওইবগা ১৮১৯ ইংদা মণিপুবদা লান্দাবকখি। অমবোমদা ইন্নব-ফ্রন্টিযাবগী ঙমখৈ অসিদি অযাম্বা মতমদা কাইথোক-কাইশিন তৌদবা, লিশাং-শিৎনা লৈবা, অকনবা লৈঙাক্লোনগী শাফু নত্তনা নিংথৌ শিনলবসু অযাম্বা মতমদা, ঙমখৈ হোংদবা লমখৈগী মনুংদা লৈবা মপুং ওইবা লমদমশিংনি।

**মণিপুব অমসুং ঙমখৈগী ৱাখল্লোন :** নোংদা লাইবেন পাখংবনা খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা মণিপুবগী নিংথৌ ওইবগা, মণিপুব হাযবসি ইতিহাসনা শকখংলবা মপুং ফাবা লৈবাক অমা ওইবে। কৌটিল্যানা মহাক্কী 'অর্থশাষ্ট্রা' দা পনলিবা, নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইবা মতমদা চংদবা যাদবা মকওইবা মচাক তবেৎ (সপ্তা অঙ্গা) হাযবদি নিংথৌ (স্বামিন), মিনিষ্টব (অমাট্যা), লৈবাক-প্রজা (জনাপদা) লানবন্দ (দুর্গা), পুক্কে-লনগৈ (কবা), লান্মী (দন্দা), মকপ মপাং (মিত্র) হাযবসি শুনা লৈবা লৈবাক অমা হাযবদু ওইবে। মবমদি নোংদা

লাইবেন পাখংবনা হাযবিবা মতম অসিদা যেৎননিংঙাই লৈতবা মণিপুরগী নিংথৌ হাযবদু ওইবে। 'নিংথৌ পোংবা তবা'না কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টরগী থৌদাং পুবে। লৈবাক-প্রজা লৈবা লমদম অমা হাইবদুসু ওইবে। কংলানা মপুং ফাবা লানবন্দ অমগী শক্তম লৌবে। পুক্কে-লনগৈ শেন্ননবা/পান্ননবা 'নোংথোনবা' হাযবা ফম শেম্লে। মতমদুগী মিৎযেংদগী চানবা খোংমী-লান্মীসু লৈবে। নিংথৌগী মরূপ 'মিত্র' হাযবদুসু মপুং ওইনা অঙোম অমসুং লুৱাংনা ওইবে, অমদি অতৈ যেক-শলাই কযানা শৌগৎলে। অসুম্না খৃষ্টগী অহানবা চহী চাদা মণিপুর হাযবা লৈবাক অসি মপুং ফাবা লৈবাক অমা ওইবগা লোইননা, মতম অদুগী লৈহাওগা চুনবা. খা-নোংপোক এশিযাগী ঙমখৈগী ৱাহম্বোক্তসু চান্নবা, পাক-চাওববা মণিপুরগী ঙমখৈ অমসু লৈবে।

অদুবু ইতিহাসকী ঙল্লিঙৈ মতম অসিদদি মালেমগী অতৈ মফমশিংদা ইতৌ-তৌনখিদবগুম মণিপুরদসু ঙমখৈ পবিংদা পলনচিংবা খাদুনা নুঙ যুংবনচিংবা অসি কযা তৌনবমদে। খবা তৌবকপা অসিসু অযাম্বনা অথেংবা মতমগী ৱাফম ওইনা তৌই। মসিগী মরু ওইবা মবম অমদি মতম অদুগী মণিপুরগী অকোইবদা লৈবিবা 'নেচবেল বেবিযাব' হাযবদি মহৌশা লাইবেম্বীনা শেম্বীবম্বা চীং-পাৎ তুরেলনা অযাম্বা ঙমখৈগী পবিং ওইবম্মী। ঙসিগী মতৌগুম চীংমী-তম্মী খাইদ্রিবা মতম অদুগী মণিপুরীশিংনা শা-তানবগীবু ওইবে, ঙা-ফাবগীবু ওইবে, লল্লোন -ইতিক্কীবু ওইবে নৎত্রগা অতৈ মবম অমগীবু ওইবে নোংপোকলোমদা নিংথি (চিন্দৱিন) তুরেল, নোংচুপলোমদা পটকাই চীংশাংগী চীংখোংশিংগা টি-লাও (ব্রহ্মপুত্র) তুরেলগী তম্পাক্কা তাইনবা লমদমশিং অসি ফাওবা মনীংতম্না চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঙমলম্মী। হাযবিবা মতম অসি হৌবকফম-কাঙফম মান্নদবা মীওই অমনা মফম অমদগী মফম অমদা হেক্তা চৎপা/চঙবা ঙম্নবা মতম নত্তে। মফমশিং অসিদা

মণিপুবীশিংনা মনীং-মখা তৌনা, নীংতম্না চৎথোক- চৎশিন তৌবা ঙন্নব্বা হাযবসিনা, মফমশিং অসি ফাওবা মতম অমদা যেৎননিংঙাই লৈত্রবা মণিপুবগী 'পোলিটিকো-কলচবেল টেবিটোবি' ওইবব্মী হাযবগী মযেক লাববা খুদম অমনি। ব্লাফম অসিগী মতাংদা বোমিলা থাপবনা এস: এফ· নাদেলগী ব্লাফম পনল্লদুনা নীংতম্বা সোববেন্টি হাযবসিনা লৈবাক ষ্টেট অমগী লমখৈ লেপ্পী /তাকই হাযবসিগী মতাংদা অসুম্না থন্নি। "The jurisdiction of the state is defined in terms of its sovereignty over a fixed territory (Thapar, 1984 12)

**ঙল্লিঙৈ মণিপুবগী ঙমখৈগী মবোল (লেয়ব) শিং :** *খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতম অমসুং মখা* তাবকপা চহীচাশিংদা লৈবম্না মণিপুবগী লৈঙাক্লোনগী ঙমখৈ অসি চাওবাক্লা অহুম থোক্লা যেংবা যাই। অহানবদা, মযোল ওইবা লৈকাই নৎত্রগা পানাশিংনা কোনবা অর্বান/মুউনিশিপ্যাল টেবিটোবিগী বাউন্দবী, অনীশুবদা নোংদা লাইবেন পাখংবা অমদি মখা তাবকপা নিংথৌশিংগা যান্নবা/চৎমিন্নবা নৎত্রগা মথক থোংবা নিংথৌনি হাযনা যাবগা লোযননা লৈঙাক্লোন্দা শরুক যামিন্নখিবা যেক-শলাইশিংগী নিংথৌশিং, খুল-নিংথৌশিং অমদি মাইকৈ ঙাকপা লাইনিংথৌশিংনা কোনবা/পুবা লমদমশিং অমসুং অহুমশুবদা মতম- মতমগী ওইনা লাল তৌদুনা/লান্দাদুনা নৎত্রগা কবিগুম্না ফিভম অমদা লৌশিনলুবা ফ্রন্তিয়াবদা লৈবা তোইনা হোংদোক-হোংজিন তৌবা লমগী শরুকশিং অসিনি।

অহানবগী ব্লাফম অসিগা মবী লৈননা, নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদগী হৌনা মণিপুবগী লৈঙাক্লোনগী মযোল 'কেপিটেল সিটি' অসি চাওবাক্লা খ্বাই, যাইস্কুল, খুবাই অমসুং ব্লাংখৈ হাযদুনা লৈকাই মবিনা কোনলিবা মফমশিং ওইনা তৌই। হাযবিবা মফমশিং অসি খাবশিংনা কংলাদা পানলিঙৈ মতমদা লৈবম্না প্রিন্সিপালিটি (লৈবাক মচা)

অদুগা হাযফেৎ মান্নবা লমখৈনি। হাযবিবা লমগী ঙমখৈ অসি অৱাংদা খোংহামপাত, নোংপোক্তা লংমাইচীং (নোংমাইচীং), খাদা লমদাইবুং (ককৱা লমদাইবুং)অমসুং নোংচুপ্তা লাঙ্গোলচীংনি হাযনা পীবি। মফমশিং অসি অতৈ যেক-শলাইশিংগী লমখৈগা ননশিন্নবা (ওভবলেপ্পিং) তৌনবা খবা যাওববসু লৈঙাক্লোন্দা পুন্না শরুক যামিন্নখিবনা থোইদোক্লা অকাইবা লৈখিদববা হাযনা থমজনিংই। নোংদা লাইবেন পাখংবা অমসুং মহাক্কী মতুং তাবকপা নিংথৌশিংগী মতমদগীদি হাযবিবা মফমশিং অসি কংলাদা পানলিবা নিংথৌ অদুগী অর্বান নৎত্রগা মিউনিশিপ্যাল টেবিটোবিগী ঙমখৈ ওইবকখি মখোযগী লৈবাক (কিংদম) গী ঙমখৈ নত্তে হাযনা লৌজনিংই।

অনীশুবা ৱাফমগা মবী লৈনবা ঙমখৈগী শরুক অসিদি যাম্না মপুং ওইবা অমদি মরু ওইবা মণিপুরগী ঙমখৈগী শরুক্তি। অসিগুম্বা ঙমখৈগী শরুক অসিদি যেক-শলাইশিংনা কোনলিবা লমদমশিং অমদি মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংনা পুবিবা অপুনবা মফমশিং অদুনি। মতাং অসিদা ঐখোযনা যেক-শলাইশিংনা কোনলিবা মফমশিংবু হৌজিক্কী মতমগী মিৎযেংদা মপুং ফানা ওটোনোমি লৈবা ষ্টেটশিংনি হাযনা লৌবগা, মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংনা কোনলিবা মফমশিংবু ওটোনোমি খবা হেন্না লৈবা প্রোভিন্সগুম্বনি হাযনা চাওবাক্লা থমজনিংই। অসিগুম্বা মাইকৈ/ প্রোভিন্স পুবিবা মাইকৈ-ঙাকপা লাইশিং অসিনা মণিপুরগী লৈঙাক্লোন্দা শরুক যাখিবা, অমদি হৌবকফম কাঙফম মান্নবা চীং অমসুং তমগী মীওইশিং অসি অমগা অমগা তোৎশিন -তিনশিন্নদুনা লৈবা মতম ওইবনা, নোংদা লাইবেন পাখংবা অমসুং মাগী মখা তাবকপা নিংথৌশিংগী 'পোলিটিকো-কলচবেল বাউন্দবী' নৎত্রগা 'ইন্নব ফ্রন্টিয়াব' নৎত্রগা 'হোমলেন্দ টেবিটোবি' অসি হায়বিবা মাইকৈ ঙাকপা লাইনীংথৌশিং অমসুং যেক তবেৎ, শলাই মাপলনা কোনলিবা/পুবিবা

অপুনবা লমগী লমখৈ অদুনি হায়না থমজনিংই [১]।

অহুমশুবা ৱাফমগা মবী লৈনবা লমগী শরুক অসিদি অযাম্বনা লান্দাদুনা (লাল তৌনদুনা) লৌশিনলুবা, মতম মতমগী ওইনা অমুক পীকশিন অমুক চাওথোক তৌবা ঙমখৈগী শরুক 'আউটৰ ফ্রন্টিযাৰ' নৎত্রগা 'পোলিটিকেল টেৰিটোৰি' গী মফমশিংনি। হায়বিবা অকোনবগী 'আউটৰ ফ্রন্টিযাৰ'গী ঙমখৈ অসিদি নোংপোক্তা ইনৱা-টুই (ইৰাৱাদি) তুরেলগী ৱাংমদা লৈবিবা শানশিংগী লৈবাক মোগুৱাং (মোং- ক্বাং), মোংযাং[২] (মোহ্‌যিন), পোং লৈবাক, লৈখা অমসুং মু-তুরেল[৩] গী লমদমশিং যাওনা চিন্দৱিন অমসুং ইৰাৱাদি তুরেলশিংগী মরক্তা লৈবিবা ম্যেদো, অৱা (ইনৱা) নচিংবা লমদম, নোংচুপ্তা বুর্হি দিহিং তুরেল[৪] অমসুং

[১]মতম-মতমগী ওইনা যেক-শলাইশিংনা মনীং তম্বা লৈবাক অমা ওইনা শন্দোক্লম্বা লমশিংসু মণিপুৰগী লম/ঙমখৈ হায়না অদুম্মক থমজবে।

[২]মোং ক্বাং অমসুং মোংযাং হৌজিক-হৌজিক্তি ম্যানমাৰগী কাচিন ষ্টেটকী মনুং চনথ্রবা, মতম অমদা মণিপুৰগী আউটৰ বাউন্দৰীগী মনুং চনলম্বা, শানশিংনা নম্লা খুন্দা- লৈতাবা, য়ুনানগা নক্লবা মফমশিংনি। মোং- ক্বাং অমসুং মোং- য়াংবু বর্মিজশিংনা মোগুৱাং অমসুং মোহ্মিন হায়নসু কৌই। মফমশিং অসিদা খৃষ্টগী তৰাহুমদোইশুবা চহী চাগী মতম অদুৱাইদগী খুৎকন- পাঙ্গল্লবা মোং- মাও- বোং (পোং) লৈবাক শেমগৎলকখিবনা মৰম ওইদুনা পাক- চাওবরা মণিপুৰগী ঙমখৈ নিংথি তুরেল তোবর্বানলোমদা পীকশিনলকখি অদুবু মহাৰাজ গবিবনৱাজগী মতমদদি হায়বিদা লমদমশিং অসি লৌশিন্দুনা অমুক পাকথোক-চাওথোকখি।

[৩]মু তুরেল অপ্পৰ বর্মাগী ময়াই থংবা শরুক্তা, চিন্দৱিন অমসুং ইৰাৱতি তুরেল অনীগী মরক্তা লৈবা, কবো ভেলিগী শরুক য়াওনা, পাক- চাওববা লমদমগী ঈশিং ইৰাৱতি তুরেলদা চিথাবিবা মরু ওইবা তুরেল অমনি। তুরেল অসিগী হৌবকফম লমদমলোমদা কাদু অমসুং কানান হায়না খংনবা মণিপুৰগী চকপশিংগা নক্লবা মীওইশিংনা নম্লা খুন্দাই। মু তুরেলবু 'মু- মিট' অমসুং 'মু- চৱাং' হায়নসু খঙনৈ

[৪] বুর্হি দিহিং তুরেল অরুনাচল প্রদেশকী মনুংদা লৈবিবা ইষ্টর্ন হিমালয়গী মশা ওইবিবা পটকাই চীংদগী হৌবকপা তুরেল অসিনা অসামগী মনুংদা টিনশুখিয়া অমসুং দিব্রুগৰ দিষ্ট্রিক্তশিং ফাওদুনা চাওবাক্লা কিলোমিটৰ ৩৬০ মুক শাংনা চেনলম্লগা দিহিং মুখতা ব্রহ্মপুত্র তুরেলদা তিনখি।।

দিমা/দুই-মা (ধনশ্রী[৫]) তুরেল অনীগী মবক্তা লৈরিবা লমদম যাওনা ব্রহ্মপুত্র তুরেল ফাওবা মতম-মতমগী ওইনা লান্দাদুনা লৈবাক শন্দোক্লম্মী। হায়রিবা লমদমশিং অসিদি ঐখোয়না মণিপুরগী 'পোলিটিকেল বাউন্দরী' নৎত্রগা 'আউটর ফ্রন্টিয়র'গী লমদমশিংনি হায়না লৌবা যাই। মরমদি মফমশিং অসি মতাং মতমগী মতুং ইন্না, কেপ্টেন পেম্বর্টন্না হায়রম্লগুম অমুক পীকশিন অমুক চাওথোক 'ফ্রুকচুয়েট' তৌদুনা লৈবা লমদমশিংনি। ৱাখল্লোন অসিগী মতুং ইন্না ব্রিটিসশিংগী হোমলেন্দ টেবিটোবি অসি হৌজিক্কী গ্রেট ব্রিটেন্না কোনলিবা মফমশিং অসি ফাওবতনি হায়না লৌবগা, মতম অমদা মখোয়না লৌশিনলম্বা/লৈঙাক্লোন শন্দোকলম্বা লমদমশিং অদুদি মখোয়গী মতম অমগী 'পোলিটিকেল বাউন্দরী'গী মনুং চনলম্বা লৈবাকশিংনি হায়না লৌবদা কাইবোই।

মতুং তারকপা মতমদা মণিপুরনা ব্রিটিসকী মখা পোনলবা মতুংদগীদি, ব্রিটিসশিংনা মখোয়গী লোইলম লৈবাক ঙাকপদা খুদোং চানবা হায়দুনা মহৌশাদগী লৈজরক্লবা মণিপুরগী ঙমখৈ মচেৎ-মচেৎ থুগাইদুনা যুমথংনবা ষ্টেটশিং অমসুং লৈবাকশিংদা পীথোকখি। অনৌবা মেপ যেকখি অমদি হান্না লৈরম্বা ঙমখৈগী ৱাখল্লোন থুগাইখি। মতাং অসিদা থোংচাই ৱিনিচকুলনা মহাক্কী লাইরিক 'শ্যাম মেপদ' তা অনৌবা মেপ্পিংগী ৱাখল্লোন অসিনা হৌজিক্কী মতমদা থোকহনলিবা ৱাফমগী মতাংদা অসুম্না থম্লি। "Another ultimate loser was the indigenous knowledge of political space Modern geography

---

[৫] ধনশ্রী তুরেল(সাওথ) পটকাই চীংগী মনুং চনবা নাগা হিলসতগী হৌরক্লগা দিমাপুরগী লমদম ফাওদুনা লাক্লবা মতুংদা অসামগী কর্বি অলোং, গোলাঘাট দিষ্ট্রিক্টনচিংবা ফাওদুনা কিলোমিটর ৩৫২ গুম্না শাংনা চেনলক্লবা মতুংদা বোকাঘাট মনাক্তা লৈবা ধনশ্রীমুখতা ব্রহ্মপুত্র তুরেলদা তাবা, মতম অমদা মণিপুরগী মনুং চনলম্বা, মণিপুরগী ইতিহাসকা মরী লৈনবা তুরেল অমনি। ধনশ্রী তুরেলবু মফম কয়াদা দিমা, দুই-মা, টামু, লাংকুইলুং, দিগ্রিদি হায়নসু খঙনৈ।

displaced it, and the regime of mapping became hegemonic " (Thongchai, 1998 129) অসুম্না মণিপুৰদসু ব্রিটিসগী অনৌবা মেপ্পিং সিষ্টেম অসিনা হান্না লৈজবম্বা ঙমখৈগী ৱাখল্লোন মাংহনলবা অমসুং মণিপুৰগী মহৌশাগী লৈজবম্বা ঙমখৈ অসি পীকপা যাবা পীকহনলবা মতুংদা লেমহৌবিবা মণিপুৰগী হৌজিক্কী লমদম অসিসু 'হিল' অমসুং 'ভেলি' লৈঙাক্লোন হায়না অমুক খাইদোক্লগা শীংচেপ থাবগা থনমখি। মখোযনা লৈঙাক- ৱাযেল চৎথবিঙৈ মতমদা 'দিভাইদ এন্দ রুল' হাযনা তৌবম্বদু চৎলমদাইগী মতমদা 'দিভাইদ এন্দ লিভ' হাযবা ৱাখল্লোন থনম্লগা চৎখি। মসিনা মবম ওইদুনা মতুং তাবকপা মতমশিংদা ঙমখৈগী চযেৎনবা কযা থোবকখি।

**মণিপুরগী ঙমখৈ অমসুং এথনিসিটি :** বৃটিসনা মণিপুৰবু থুগাইদুনা পীথোক-পীশিন, খাইদোক-খাইজিন কযা তৌবম্লবসু, হান্না মণিপুৰগী লৈজবম্বা যুম্ফম অদুদা অমুক হঞ্জিলক্লবা হোৎনবকপগী খোঙচৎতা লাক্কনি হাযবগী থাজবা লৈ। মবমদি হান্নগী মণিপুৰগী লমখৈ মনুংদা লৈবম্বা/লৈমিন্নবম্বা মীওইশিংনা মখোযগী 'কলচবেল কট' অমসুং অদুগুম্বা 'কলচবেল কট' (চৎন-লোনচৎ/খুন্নাইলোনগী ওইবা মবি-মখোং) তা যুম্ফম ওইবা লৈঙাক্লোনগী পুৱাবী থিবকপা মতমদা, হৌজিক্কী মণিপুৰগী লমখৈ মনুংদা লৈবিবা কংলানা কোনুং ওইবা মতম অমগী পাক-চাওববা লমদম অসি নত্তনা, মাইকৈ অসোমদা অতৈ লৈবাক অমত্তা লৈবমদে অমসুং লৈবাক অসি শেমগৎলকপা মতমদা তঙাইফদনা চংখিবা, হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা মীওইশিংগী 'এথনো-কলচবেল কট' অদু ইবাই লাইনা হেক্তা খুদক্তা শেমজিন -শাজিনবা নৎত্রগা মাঙহনবা যাবা মচাক ওইদে। ৱাফম অসিগী মতাংদা এন্থোনি ডি ইস্মিটনা মাগী লাইবিক 'দি এথনিক ওৰিজিন ওফদি নেসন' দা অসুম্না থল্লি। " I shall argue, ethnicity is largely 'Mythic'

and 'symbolic' in character, and because myths, symbols, memories and values are 'carried' in and by forms and genres of artefacts and activities which change only very slowly, so *ethnie*, once formed, tend to be exceptionally durable under'normal' vicissitudes and to persist over many generations, even centuries. " (Smith, 1987 16)

মথক্কী ৱাবোল অসিদা যাওবিবা 'মিথ', সিম্বোল', 'মেমোবিজ', অমসুং 'ভ্যেলুজ' মযাম অসি লমদম অসিদা ঙনলিঙৈ মতমদগী তোৎশিন-যানশিন্নদুনা লৈমিন্নবক্লবা মোন-খমব, টিবেটো-বর্মন অমসুং চাইনিজ-শ্যাম্মীজ লোন্দা যুম্ফম ওইবা মীওই কাঙলুপশিংনা পুনশিন্নবগা থোবকপা 'বিজনেল কোসমোপোলিটান কলচব' অমগী মমি, মতম অদুদগী হৌনা 'মেট্রোপোলিটান বিজন' অমা ওইদুনা লাক্লিবা মণিপুব ভেলি অমসুং মসিগী অকোইবদা লৈবিবা চীংগী লমদমশিংদা ঙসি ফাওবা তাবি। মবমদি লমদম অসিগী মীওইশিংগী মমাংঙৈগী ওইবা লাইওই-তিনওইবা (মিথ) গী ৱাবী-ৱাখোং, লাইনীং- লাইশোল, যুমশা-কৈশাগী মওং মতৌ, ফিজেৎ-চাকচা, লোল-লিগা মবী লৈনবা ৱাহৈ-ৱাতা, খোম্বোক্লচিংবা অমদি মসিগা মবী লৈননা লমদম অসিগী মীওইশিংগী ৱাখলদা ফাওবিবা নীংশিংবা, থম্মোইদা লুনা/ৱাংনা থমজবা ভেল্যুজনচিংবা কয়া অসি হৌজিকসু মাঙদনা অদুম্মক লৈবি।

মথক্কী ৱাফম অসিগী মতাংদা খবদং ওইনা লৌখৎচববদা লাইওই-তিনওইবা অমসুং ইতিহাসকা মবী লৈনবা ৱাবীশিংদা যাওবিবা তাঞ্জুল কাঙলুপকী শক্লোন লৌবিবা নোংপোক নিংথৌ-পাম্বোইবী, কবুইশিংনা মরু ওইবা লাই অমনি হায়না চেৎনা লুনা থাগোন্নবিবা তিংকাও-বগ্বাং অমসুং মৈতৈশিংগী অতিংকোক সিদবা, মৈতৈশিংনা মরু ওইবা লাইবেম্বীনি হায়না ইবাৎ-থৌনিবিবা কোম্বৌজম লাইবেম্বী

(গোনথং নিংঙোল দিন্দেংলু/ দিলেংলু), ইবৈমা/ হাওবৈমা শম্বুবী (চীংশোং তাঞ্জুল চনু লাবা লাংসনু/লুইবালা), লাঙ্গোল তকং লাইবেম্বী (মবাম নিংঙোল মাকিনি/ মাকৈনি), কোম অমসুং মৈতৈশিংনা ইবাং-পুজা তৌবিবা লাইনিংথৌ নোংশাবা, মৈতৈ অমসুং অনালশিংনা কিনা-লুনা নিংজবিবা ইবুধৌ ৱাংব্রেন (ৱাং-পুবেল) অমসুং মাগী তালোই অনাল নিংঙোল শাংনু/ শংখুবেম্বীনচিংবা কযা অসি চীংমী- তম্মীগী থাদোক্লমা যাদ্রবা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীশিংনি ।

খুম্হোকলোনগী ৱাবীদা ওইব্বসু চাইনাগী গ্রেট ৱাল শাবগী তাঙ্কক কযাদা খুল থোবকপগী মতাংদগী হৌনা খুল, খুন্নুং, খম্লুং, শুকং, শিনলুং, চিনলুং, খুলপিদগী থোবক্লগা নুঙথোংনচিংবা ফাওদুনা লাকপগী ৱাবী, লাইনীং-লাইশোলগী মতাংদসু যুমলাই, লমলাই লাংপা, পুজা তৌবা, যেল্লিং(যেলহিং) থাবা, উশিন তৌবগী মান্নবা চৎনবী কযা, যুমশা-কৈশাগী মতাংদসু যুমগী মমাং থংবা যুমথক মতোন্দা কাই/চিকাই/ লাইচি/চিবোংনচিংবা হাপ্পা, কাংথক হাবা, মৈফম/ফুঙ্গা মনাক্তা/মথক্তা পোৎ-চৈ ফৌবা/লীবগী চৎনবী কযা, ফিজেৎ-চাকচাগী মতাংদসু নিপানা খুদৈ/নামৈ হাপ্ত বা খুদৈ, নুপীনা ফনেক কৌনা/ চোন্না শেৎপগী মওং, শাফি-লানফি অমসুং লৈকম্লচিংবা শীজিন্নবা, লোল-লিগী মতাংদসু খোম্হোক, অনেম-অৱাং অমদি মরু ওইবা ৱাহৈ-ৱাতাদা ইমান-মান্নবগী মওং, খুদম ওইনা ঈশিংবু দুই/টুই/টু, লৈবাক (লম)বু বাম/গাম/গম/ লম/মোং, নিংথৌ নৎত্রগা নিংথৌ শাগৈবু ৱাং/ৱোং/ৱুং/চৌ/চাওনচিংবা কযা অসিনা লমদম অসোমদা হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা মীওইশিংনা পুনশিনলগা শেম্বা 'এথনো কলচব' দা যুম্ফম ওইবা পাক-চাওববা 'পোলিটিকেল নেসন' অমসুং 'পোলিটিকো-কলচবেল টৈবিটোবি' (নেসন ষ্টেট) অমা লৈবম্মী অমদি মযোল ওইবা শকক খবা হৌজিকসু লৈবি হাযবসি তাকই।

অদুবু হৌবকফম- কাঙফম, চৎন-লোনচৎ মান্নবা মীওইশিংনা খুন্দা-লৈতাবিবা/লৈতাবম্বা মফমশিংদা যুম্ফম ওইবগা অমদি জিও-পোলিটিক্সনা মাইওন পীবগা শেমখিবা মণিপুবগী 'পোলিটিকো-কলচবেল টেবিটোবি' (নেসন ষ্টেট) অসিদি, মালেমগী অতৈ লৈবাক্সু তৌনখিবগুম/থোক্লখিবগুম মবক- মবক্তা অতেনবা মতম খবা




কেবোলাইন কোটব্লালগী লাইবিক 'ইন সর্চ ওফ বর্মা' দা য়াওবিবা ১৫৮০ এ দিদা লৈখিবা নোংপোক্তা চিন্দব্রিন তুবেলগা থংনবা ঙমখৈ উৎপা মণিপুবগী মেপ। ফোটো সোর্স মথক্কী লাইবিক। (মণিপুবগী মপাদা MANIPUR হায়না ইশিন্দুনা উৎলি)

বর্মিজশিংনা লান্দাবক্লনা লৌশিনলম্বা অমদি মতুং তাবকপদা ব্রিটিসনা লৌশিনখিবা নত্তনা অতৈ মতমদদি, তবামাপলশুবা চহীচাগী অবোইবা তাঙ্কক ফাওবা কাইদনা অদুম্মক লৈখি। অসিগুম্বা ইতিহাসকী তাঙ্কক

অসিদা মণিপুর নত্তনা, লৈবাক অমগী চংদবা যাদবা মচাক/মগুণ শুনা লৈবা লৈবাক অমত্তা মাইকৈ অশোমদা লৈবম্বগী খুদম ফংদে। মসিগী প্রমান হাযববু মণিপুরগী যুমলোন্নবম্বা কামরুপ/আসাম, ত্রিপুরা অমসুং বর্মানচিংবা লৈবাকশিংনা মখোযগী ইতিহাসকী ওইবা মেপ পুথোবকপা /যেক্লকপা মতমদা, পীকহনগেবা চাওহনগেবা মণিপুরবু হুদোক্লম্বা নৎত্রগা মণিপুরগী মপাদা লৈবাক অমগী মমিং ইদুনা উৎপা/যেকপা কযা থেংনদে। বর্মানা মণিপুর লৌশিনলম্বা মতমদসু মখোযগী 'পোলিটিকেল বাউন্দরী' অসি মতম অদুদা মণিপুর যাওনা উৎলবসু মণিপুরগী মপাদা 'মণিপুর' হাযনা অদুম্মক ইদুনা/থাদুনা থনম্মী।

অসিগুম্বা এথনো-কলচরদা যুম্ফম ওইবগা শেমগৎলকপা ঙসিগী মণিপুরবু, হান্নদগী পীকশিল্লবা 'হোমলেন্দ টেবিটোরি' নৎত্রগা 'ইন্নর-ফ্রন্টিযার'গী লমদম নৎত্রগা 'নেচরেল নেসন' অমনি হাযনা থমজনিংই। অদুবু লৈবাক অমা নৎত্রগা ষ্টেট অমা শেমগৎলকপা/শাগৎলকপা মতমদা এথনো-কলচরনা মরু ওইবা মচাক অমা ওইখ্রবসু, মপুং ফাবা নেসন অমা ওইখ্রবা মতুংদদি হৌখিবা পুৱাবী খংমিন্নদুনা হিংমিন্নবনা লমদম অসিদা লৈমিন্নবিবা মীপুম খুদিংমক্কী অচুম্বা খোঙথাং ওইগনি। মবমদি তোখাই- তোখাইবা লাইনীং-লাইশোন চৎনববসু, তোঙানবা লোল ঙাংনবসু মণিপুরদা খুন্দা-লৈতামিন্নবিবা মীওইশিংগী অপুনবা হিষ্টরি অমসুং ট্রেদিসন, কলচর, নীংশিংবদা মান্নবা ৱাবী-ৱাখোং অমদি লুনা খঞ্জবা মহৌশাগী ওইবা পোৎলম-চৈবমনচিংবা মান্নবা কযা অসি অতেনবা মতম অমদা হেক্তা শেমজিন- শাজিনবা যাবা ৱাফম ওইদে। ❑

# ২. অঙনবা মতমগী মণিপুর অমসুং থংনবা লৈবাকশিং

অঙনবা মতমগী মণিপুবগী ঙমখৈ নৈনবকপা মতমদা, মতম অদুগী মণিপুব অমদি মণিপুবগী অকোইবদা লৈবক্না লৈবাকশিংগী লৈঙাকলোনগী ফিভম খবগী মখৈদি পন্দবা যাদবগী তঙাই ফদবা লাকই। মবমদি মতম অদুগী মণিপুবগী অকোইবদা লৈবক্না লৈবাকশিং অমদি মণিপুবগী পোলিটিকেল কন্দিসন খঙবনা মতম অদুদা লৈবক্না মণিপুবগী ঙমখৈ কদাই ফাওবা ওইবক্না যাবগে হাযবদু নৈনবকপা মতমদা খবগী মখৈদি মতেং ওইগনি। ঙনলিঙৈ মতমদা মণিপুবগা যুমথংননা লৈবক্না লৈবাকশিংদি চাওবাক্না অৱাংদা টিবেট (চাইনা), খাদা ত্রিপুবা অমসুং বর্মাগী পিযু লৈবাকশিং, নোংপোক্তা যুনানগী ঙাই-লাও (খবা থেংথবক্লগা) নান-চাও লৈবাক, নোংচুপ্তা কামরুপ লৈবাক অসিনি। খবা অমুক থেংথবক্লগা খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মতম অদুৱাইদদি অৱাংদা তেখাও (অহোম) লৈবাক, খাদা তখেল (ত্রিপুবা) অমসুং অৱা (বর্মা)লৈবাক, নোংপোক্তা মোং-মাও-লোং (পোং লৈবাক) অমসুং নোংচুপ্তা ত্রিপুবী অমদি বোবো-কছাবীশিংগী লৈবাক মচা-মচাশিংনি। অদুবু যাম্না পাকথোক-চাওথোক্তনা মমাংঙৈদা লৈবক্না অমদি হৌজিক লৈবিবা মণিপুবগী ঙমখৈ অসি কবম হাযনা লৈবক্নবনো অমদি ওইবকখিবনো হাযবদু নৈনবদা খুদোং চানবা, ব্রিটিস লাক্লিঙৈ

অমসুং চহী তবেৎ খুন্তাকপগী মমাংদা লৈবম্বা মণিপুবগী পোলিটিকো -কলচবেল বাউন্দবী অদুদা চাওবাক্লা যুম্ফম ওইবগা, অঙনবা মতমগী মণিপুব, বর্মা, অসাম অমসুং ত্রিপুবা হায়না নৈননবা থমজবি।




'মেন লেন্দ সাউথ ইষ্ট এসিযা ১৮৩২' হায়বা মেপ্তা যাওবা অবাংদা ব্রহ্মপুত্র তুবেল অমদি সিংপো (জিংপো) শিংগী লৈবাক, খাদা চিনশিংগী লৈবাক, নোংপোক্তা কতে শান অমসুং য়ুনান লৈবাক অমসং নোংচুপ্তা কামরূপ অমসুং গাবোশিংগী লৈবাক্লচিংবা উৎপা মেপ (দ লন্দন এটলাস ওফ ইউনিভর্সেল জিওগ্রাফি)। মেপকী সোর্স ব্রাবা পব্লিকেসনস, টিনশিদ বোদ, ইম্ফালনা কার্টোগ্রাফি এসোশিযেটসতগী অযাবা লৌবগা ফোংবা মেপ্তুগী লৌথোকপা। (পাক-চাওববা মণিপুবগী এপাদা মযেক শেংনা উনবা MANIPUR হায়না ইশিন্দুনা উৎলি)

**অঙনবা মতমগী মণিপুব ঃ** খৃষ্টনা পোক্কদবা চহী চনীবোমগী মমাংদগী মণিপুবদা নোংদা লাইবেন পাখংবনা নিংথৌ ওইবা খৃষ্টগী অহানবা চহীচা ফাওবগী মতম অসি মনিপুবগী পুৱাবীদা যাম্না মরু ওইবা তাঙ্কক অমনি হায়না ইতিহাসকী মিৎযেংদগী লৌবা যাই। হাযবিবা মতম অসি, সাউথ ইষ্ট এসিযাগী মফম কযাদা, চাইনা অমসুং টিবেটলোমদগী কুমথবকপা মীওই কযাগা মালাযা, সুমাত্র, ইন্দোনেসিযা অমসুং মসিগী অকোইবদা লৈবিবা ওসিনিক মোঙ্গোলশিং অমসুং অ্যাষ্ট্রোলোইদশিংগা

'বেসিযেল ফিউঝন' হাযবদি কাঙলুপ অমগা অমগা তোংশিন -তিনশিন্নখিবা অমসুং কলচরেল অ্যাসিমিলেসন তৌবা মতমনি। লোইননা লৈঙাক্লোন, খুন্নাইলোন অমসুং শেম্মিংলোনগী ওইবা ফিভম কযানা যুমহোং-কৈহোং তোইনা তৌনবা মতমসু ওইখি।

অসিগুম্নবা মফম অমদগী মফম অমদা যুমহোং- কৈহোং তৌবকপা মীওই কযা অসিনা মক ওইনা মণিপুরগী অৱাং, নোংপোক অমসুং খা- নোংপোক্কী লমদমশিং ফাওজিনলক্লুনা মণিপুরগী লৈঙাক্লোন্দা অকনবা শাফু পীবকখি। মসিনা মবম ওইবগা নৌনা চঙলকপা অমসুং হান্না লৈবম্না কাঙলুপ মচা-মচা কযা, খুৎকন - পাঙ্গলবা, অচৌবা কাঙলুপ কযাদা পুনশিনখি / তিনশিনখি। খুদম ওইনা লুৱাং- খুমন, অঙোম -নিংথৌজানচিংবা যেক- শলাইশিংদা, মতম অদুদা নৌনা খুল থোক্লকপা মীওই কাঙলুপ কযা চংখিবা / তিনশিনখিবগী মমি তাই। অসিগুমবা অহোংবা কযা অসিনা মবম ওইদুনা মতম অমদা খুৎকন - পাঙ্গলনা পানলম্বা খাবা- ঙানবা, শবাং- লৈশাংথেম (চেংলৈ), চকপা অমদি অতৈ যেক-শলাই, কাঙলুপ কযাগী মতম লোইশিনলক্লুনা তপ্না- তপ্না মপুং ওইবা লৈঙাক্লোনগী ওইবা থবক থৌবমশিংদগী লাপথোকখিদুনা অনৌবা লৈঙাক্লোন অমগী মখাদা অবি-অনৌ শিন্নবগী মতম ওইখি।

নোংদা লাইবেন পাখংবনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা ফম্বাল কাদ্রিঙৈ অমদি কাববা মতুংদা ওইখিবা মণিপুরগী লৈঙাক্লোনগী ফিভম যেংলগসু, মতম অদুদা লৈবম্না মণিপুরগী ঙমখৈগী মতাংদা খবগী মখৈদি খংবা ঙমগনি। খৃষ্টগী অহানবা চহীচাগী মমাংগী তাঙ্কক অসি 'পোইবৈতোন খুম্বোক', 'চেংলৈবোন', অমদি 'লৈহৌ নোংহৌ' নচিংবা পুযাশিংগী মতুংইন্না মণিপুরগী লৈঙাক্লোন্দা তংদু-লৈতাদবা মতমনি। মতম অসিদা তি-লাও (ব্রহ্মপুত্র) অমসুং নিংথি (চিন্দৱিন) তুবেল

অনীগী মবক্তা লৈবিবা ইম্ফাল কংলানা কোনুং ওইবা, লৈহাও চেনলবা, ঈশিং-নুংশিৎকী ফিভম ফববা মণিপুব তম্পাক অসি, নোংচুপলোমদগী খুল থোবকপা টিবেটো-বর্মন লোন্দা যুম্ফম ওইবা বোবো-কছাবী (মযাং-থোংনাং) শিংগী মীওই কাঙলুপ অমদি নোংপোক লোমদগী খুল থোবকপা, মপুং ওইনা চাইনিজ-শ্যান্মীজ লোন্দা যুম্ফম ওইবা তাই-লাইগী মচা- মশুশিংনা, লমদম অসিগী মপু ওইনবা হোৎনবপা মতাংনি।

অসিগুল্লবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিদা মাইকৈ কযাদগী মীওই কাঙলুপ কযা খুল থোবকপগী মতাংদা, বাজো (মাইবী) না ইবা 'লংদাই' লাইবিক্কী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না থল্লি, " .. *নবুধৌ ফালৌ অৱাং লাইমা কোনবা লমদা খুন্দাবকপা খুম্বোল্লকপা লাইদি শেনবী তেখাও মবোল লোন্না খুন্দাবকইএ। খা- গী মাইগৈদা খুম্বোল্লকপা লাইদি ইবোক মবোল লোন্না খুম্বোল্লকএ। ... থাংজি ঙাঙোই হাবম পাংবদা খুম্বোল্লকপা নবুধৌদি কবো -মাব মলোল লোন্দুনা খুম্বোল্লকএ। নযুম নোংচুপ পাংবা লমদা খুম্বোল্লকপা নবুধৌশিংদি মযাং থোংনাং লাইজিং মবোল লোন্দুনা খুম্বোল্লকএ। ... নযুম মৈবম পাংবদা খুম্বোল্লকপা নবুধৌদি অৱা মবোল লোন্না খুম্বোল্লকএ। নযুম নোংপোক মাইগৈদা খুম্বোল্লকপা নবুধৌশিংদি পোইবৈ লোল লোন্দুনা খুম্বোল্লকএ।" (লংদাই, ১৯৮০)* । ৱাবোল অসি মিথ হাযবদি লাইওই-তিনওইবগী ৱাবী-ৱাখোংদা যুম্ফম ওইজববসু ইতিহাসকী মচাক থন্না যাওববা ৱাফমনি হাযনা লৌবা যাই। অসুম্না মীওই কাঙলুপ অসিদা নত্তনা লমদম অসিদা হান্না লৈবম্মী হাযনা লৌনবিবা লৈহৌমী কাঙলুপ কযাসু, লৈঙাক্লোনগী চুপ্পি পাইনবা হোৎনবা অসিদা যাওখিদবা নত্তে। অদুবু কনানা কবম্বা কাঙলুপনো অমদি কবম্বা যেক- শলাইদা চংখি/ওইখি হাযবগী অকুপ্পা ৱাবোল অদু তোখাইনা নৈননবা থমজবগা, হৌজিক-হৌজিক্কী মবী লৈনবা ৱাফম অসি লৌখৎচবি।

নোংদা লাইবেন পাখংবা ( ৩৩ - ১৫৪ সি: ই:)[১] বু ঐখোযনা ইতিহাসকী অহানবা নিংথৌনি হাযনা লৌবগসু পাখংবগী মমাংদা পানখিবা নিংথৌ কাঙবদগী হৌবগা নিংথৌ শেন্ত্রেং, কুপত্রেং অমসুং খাবা যেক শালাইগী নিংথৌশিংনা পানখিবা মতম অসি ফাওবা 'প্রোতো হিষ্টবি'গী মতমনি হাযনা লৌবদা থোইদোক্লা কাইগদবা মান্দে । নিংথৌ কাঙবনা মনিপুবদা পানখিবা মতম অসি পুৱাবী নৈনবা কযানা ঙসিদগী চাউবাক্লা ৩৪০০ বিঃ পি ঃ অমসুং ৩৫০০ বিঃ পিঃ গী মনুংদা থম্মী। হাযবিবা মতম অসি, মণিপুবদা আর্কিওলোজিগী লময়ানবা অমা ওইবিবা ওক্রম কুমাব (ও· কে:) সিংহনা মনিপুবগী নূঙগী যুগপু অহুম থোক্লা ১. কোর্দেদ ৱাব কলচব (মযেক মমি তাবা ফু লোনচৎ) ২ ত্রিপোদ ৱাব কলচব (মখোং অহুম পানবা ফু লোনচৎ) অমসুং ৩ জিওমেট্রিক ৱাব কলচব হায়না খাযদোক্লগা, অবোইবা ত্রিপোদ ৱাব কলচব অমসুং জিওমেট্রিক ৱাব কলচব অনীগী তাইনবা, চাওবাক্লা ঙসিদগী চহী ৩৫০০ বিঃপিঃ অদুৱাইদা ওইবা যাই। মবমদি মনিপুবগী নিওলিথিক (অনৌবা নূঙগী যুগ) অসি ও.কে: সিংহনা ঙসিদগী চাওবাক্লা চহী ২৫০০ বিঃপিঃ ফাওবগী মনুংদা থম্মী অমসুং ৱাংঙু নাপাচিকতা ফংখিবা ত্রিপোড ৱাবশিং অসিগী চহী অসি চাওবাক্লা ঙসিদগী ৩৪০০ বি·পি মুক শুবে হাযন পীবি। এঃকেঃ শর্ম্মা, 'তাই এন্দ তাই কিংদম' ইবিবা পি· গোগোই, 'সাওধর্ন এস্পানসন ওফ দ চাইনিজ পিপল' ইবিবা ফিটজবলেন্দনচিংবা অখং-অহৈশিংনা, খৃষ্টনা পোক্কদবা মমাং চহী চান্মাকুল্লা বোম, হাযবদি হৌজিক্কগী চাওবাক্লা চহী ২১৪০ বিঃপিঃ বোমগী মমাংদগী সাউথ ৱেষ্ট চাইনাদগী ওক্সস ভেলি ফাওবা , মনিপুব ফাওদুনা লল্লোন- ইতিক্কী থবক চথবম্মী হাযবসিনসু মনিপুবদা খৃষ্টগী মমাং চহী কযাদগী মীওই কযা খুন্দা- লৈতাদুনা লৈবে হাযবসি উৎলি।

---

[১] চহি অসি নোংদা লাইবেন পাখংবগী মপাইবুংঙো লোল্লাং(শেন্ত্রেং)পাখংবগী চহিসু যাওবম্বা যাবগী ওইথোকপা লৈ ।

**নিংথৌ কাঙবা :** *নোংদা লাইবেন পাখংবগী মমাংদা, প্রোটো হিষ্টবিগী মতমদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মনুংদা নিংথৌ কাঙবনা অহানবা মক ওইবা নিংথৌ অমনি হাযনা লৌবা যাই। কেঃসিঃ তেনসুবনা মহাক্কী লাইবিক 'মৈত্রবাক' তা নিংথৌ কাঙবনা পানখিবা অসি খৃষ্টগী মমাং চহী ১৪২৩ হাযবদি ঙসিদগী চ ওবাক্লা ৩৪২৩ বিঃ সিঃ ইঃ অদুব্রাইদনি হাযনা "জেনেসিস ওফ ইন্দিযান ট্রাইব' হাযবা লাইবিক অদু পনলদুনা পীবি। (তেনসুব, ২০০২.৩৪) থোকচোম মেবামচাগী 'লৈশেম্লোন অবিবা' দা নিংথৌ কাঙবদগী হৌবগা নোংদা লাইবেন পাখংবা ফাওবদা নিংথৌ তবাগী মমিং, এনঃ অঙৌ লুব্রাংগী 'নিংথৌ কাংবলোন' দা নিংথৌ নিপালগী মমিং, ওইনাম ভোগেশ্বরগী 'নিংথৌবোল শৈবেং' দা নিংথৌ কাঙবা যাওনা নিংথৌ তবাতবেৎকী মমিং পীবি। মসিদসু নওনা নোদিযাচান্দ অমসুং কুমাবগী 'পুতিন' এন: ইবোচৌবনা পুথোকপা 'থিবেল লাযাৎ', ইবোম অমুবী, নিংথৌজম খেলচন্দ্র, ওইনাম ভোগেশ্বব অমসুং নামৈবাকপম ইবোচৌবনা খোমজিল্লগা ইথোকপা 'শাগৈ শালাইবোল', খুলেম চন্দ্রশেখব সিংহনা ফোংবা 'শাকোক লম্লেন অহানবা', চোংথামচা ঙানবনা পুথোকপা 'মালেম লৈশেমলোন অবিবা', নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা অবিবা খুৎইদগী শিন্দোক্লগা ১৯৮১ ইং দা, ৬১ শুবা 'ঋতু' গী চেফোংদা ফোংখিবা 'থিবেল লাযাৎ' অমদি অতৈ পুযা, লাইবিক্লচিংবা কযাদা ইবিবশিং অসি যেংলুবগা নোংদা লাইবেন পাখংবগী মমাংগী নিংথৌবোল পবিং অসি কাঙবদগী হৌবনা চুমগদ্রা হাযনা থমজনিংই। মতাং অসিদা মনিপুব ইতিহাসকী অথোবিটি অমা ওইবিবা প্রোঃ গাংমুমৈনা মাগী 'হিষ্টবি ওফ মণিপুব'দা অসুম্না হায, "Kangba was the first kıng about whom the chronıcles gıve some detaıls " (Gangmumeı 1991 58)

নিংথৌ কাঙবগী মচা মাপলনা তোখাই-তোখাইবা কাঙলুপ মাপল ওইখিবগী ব্রাফম কাংবলোন' অমদি অতৈ পুযানচিংবা কযাদসু নিংথিনা ইবি। লাইবিকশিং অসিদা ইবিবা তৈমানা মৈতৈ, যাংমনা মযাং, তেসবোংনা তখেল, উবেনখুবনা মোইবাং, ইবেমনা পাশা, খাবীনা খাকি, লাংবনা ইবাঙকা ওইখি হাযবগী বাফম অসিসু মতম অমদা খা- নোংচুপ চাইনাগী যুনানগী লমদমদা মতিক মঙাল লৈনা পানলম্বা ঙাই লাও অমসুং নান-চাওগী লেজেন্দদা যাওবিবা তি মোং সিউগী মচা মাপলনা তোঙান-তোঙান কাঙলুপ কযাগী মপা মপু ওইখি হাযনা পি: গোগোইনা মাগী লাইবিক 'তাই এন্দ তাই কিংদম'দা পীবিবা অসিগা মান্নবা কযামুক লৈ। ঙাই লাও লেজেন্দ অসিগী মতুংইন্না টি-মোং -স্যিউগী মচা মাপলনা ওইখিবা কাঙলুপশিং অদুদি (১) ত যাই(সান)(২) টিবেটান (৩) চাইনিজ (৪)মন , (৫)নান চাওগী ঙাই লাও শাগৈ, (৬) সিলোনিজ, (৭) অননামাইটস (৮) যুনানগী পাই সিউ, অমসুং ( ৯) লোব্রাব যুনানগী পাইযি অসিনি। ব্রাফম অসিগী মতাংদা নিংথিনা থিজিনলবদি, মনিপুর ইতিহাসকী কান্নবা মচাক ওইবা যাই।

**মোরিয়া ফম্বালচা :** কঙকোয নংত্রগা কোইকোইনা ফম্বাল মিংলেন মোবিযা ফম্বাল- চা হাযনা কৌদুনা নিংথৌ ওইনা মপাগী মহুৎ শিনহৌই হাযনা 'নিংথৌ কাঙবলোন' দা পীবি। লাইবিক কযা অমদা নিংথৌ কাঙবা অমসুং মোবিযা ফম্বালচা অসি মচীন্নমনাও ওইনা উৎলবসু, অঙৌ লুব্রাংগী 'নিংথৌ কাংবলোন', এ:কে: নোদিযাচান্দগী 'পুদিন', নিংঙোম্বা মনিজাওগী 'লৈমা যেংলিঙৈদা খুনু কাবা (চেংলৈবোল)', ওইনাম ভোগেশ্বরগী 'নিংথৌবোল শৈবেং' নচিংবা লাইবিকশিংদদি নিংথৌ কাঙবগী মচা ওইনা থম্মী। মোবিযা ফম্বালচা অসি নিংথৌ কাঙবগী মনাওবু ওইবে মচাবু ওইবে, লাইবিক অয়াম্বগী মতুং ইন্না নিংথৌ

কাঙবগী হেক মথংদা মোবিয়া ফম্বালচানা ফম্বাল কাখি হায়বা অসিমদি য়েৎননিংঙাই ওইদ্রে। মণিপুরী কুমশিং/চহি 'মাবিয়াফম পালচা' কুমশিং অসি নিংথৌ অসিগী মতমদা হৌদোকখিবনি হায়না লৌনৈ। মাবিয়া ফম্বালচাগী মতমদা চকপা য়ুমদাই অমসুং মচানিপা পোং কৌবা অমনা হাওবৈ নোংপোক্লমদা চৎখিদুনা পোং লৈবাক্তা পানখি হায়বসিনা মতম অদুগী মনিপুবগী মীওইশিং অমসুং অপ্লব বর্মাদা খুন্দা- লৈতাখিবা মীওইশিংগী মবক্তা লৈনবা মবী অদু উৎলি।

অবিবা মণিপুবী কাঙলুপ অমা ওইবিবা চকপশিং অসি অপ্লব বর্মাগী মফম কযাদসু খুন্দা- লৈতাদুনা লৈবন্মী। হাযবিবা চকপশিংগী কাঙলুপ নৎত্রগা মশা অমবু বর্মাদা সক- কাদু-কানান নৎত্রগা থেট হাযনা খঙনৈ। লেহমেন্না মাগী লাইবিক 'ষ্ট্রকচব ওফ চিন সোসাইটি ' দা অন্দ্রো-সেকমাইগী মীওইশিং অসিগা বর্মাগী সক- কাদুশিংগা লৈনবা মবিগী মতাংদা অসুম্না পীবি মদুদি "More likely the split between the Sak of the Irrawady Valley in Burma and the related Andro-Sengmai of Manipur may have resulted from the subsequent northward movement of the Chin into the Chindwin" (Lehman, 1978 21) গ্রিযর্সননসু মাগী লাইবিক 'লেঙ্গোইজেজ ওফ নোর্থ ইষ্টর্ন ইন্দিযা', ভোলুম টু দা সক নৎত্রগা লুই (লোই) লোল অসি মনিপুব অমসুং বর্মাগী ম্যিক্যিনা, কথা অমসুং অপ্লব চিন্দৱিনগী লমদমশিংদা ঙাংই হাযনা পীবি। ভুমসোন্না মাগী লাইবিক 'জো হিষ্ট্রি'দা থেট নৎত্রগা চকপশিং অসি বর্মাদা লৈবম্বা খ্বাইদগী লিববা মীওই কাঙলুপ অহুমগী মনুং চনলি হাযনা পীবি। লুসনসু বর্মিজশিংনা বর্মাগী লৈতেম মান্নবা লমদমশিংদা কুমথবকপ মতমদা মাইয়োক্লখিবা / থেংনখিবা অবিবা কাঙলুপ অহুমগী মনুংদা থেটশিংসু অমনি হাযনা পীবি। নুংলেপ্পম শ্যামকহ্নাইনসু 'চকপাগী হৌবকফম অমসুং কলচব' হাযবা মাগী সেমিনাব পেপবদা অঙ্গো চীংশাং অমদি কবো তম্পাক্লচিংবা

মফমশিংদা চকপশিংনা খুন্দাখি হায়না পীবি। ব্রাফম কযা অসি লৈবনা চকপাশিং অসি য়াম্না লিববা খৃষ্টগী মমাংগী মীওই কাঙলুপ অমনি হাযবসি তাকই। চকপশিংগী ব্রাবীদা যুম্ফম ওইবগা হলেঙ অমসুং হলচোক (হঞোক) মচিস্নমনাও অনী অসিনা খজিং অমসুং ঙাখা থোংবগী ব্রাবি অসি বর্মাদা লৈবিবা খম-মী, আবাকান্দা লৈবিবা সক, চিট্টাগোংদা লৈবিবা চকমা অমসুং অতৈ কাঙলুপকী ব্রাবীদসু যাওবনা চকপশিংগী কাঙলুপ অমা মনিপুবদগী বর্মাবোমদা চৎলম্বা যাবগী ওইথোকপা চাওনা লৈ।

প্রোমিনেন্ট হিষ্টোবিযান প্রো: গাংমুমৈনা 'নিংথৌ কাঙবলোন', 'লৈথক লৈখাবোল', 'থিবেল লাযাৎ', 'নুমিৎ কাপ্পা' নচিংবা পুযাশিংদা যুম্ফম ওইবগা মোবিযা ফম্বালচাগী মথংদগীনা নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতম ফাওবদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মমিং পীবিবশিংগী মনুংদা নোংদমহন অমসুং তাউহুইবেং, ককশুবা, তোকোনবা, পিতিংকোই, লাম্বিচা, সোপাইবা, পুথিবা, কুপত্রেং অমসুং শেন্ক্রেংগী মবম অসি মাগী লাইবিক 'হিষ্ট্রি ওফ মনিপুব' দা নৈনবি। অমুক্কসু প্রো: গাংমুমৈনা 'খাগেম্বা যুমলেপ' কৌবা পুযা পনলদুনা 'কাঙবালোন'দা পীবিবা অবোইবা নিংথৌ পুথিবদগীনা কুপত্রেং, শেন্ক্রেং ফাওবদা নিংথৌবোল তবানীথোইগী মমিং পীবি। মখোয়শিং অদুদি, তুপু থিবা, লোক্রেন খামেনলাকপা, খিং ঙম্বা, সনা মনিক খোম্বা, তৌকায ঙম্বা, তেম্থা হৈবা, তিংকোই ঙম্বা, যাইববা, লৈকংবা, চিংলাই-ঙম্বা, তুকুপ তবেংবা অমসুং তাংজ লাংওন পাখংবা অসিনি। (গাংমুমৈ, ১৯৯৯:৬৪-৬৫)

**কংলাদা খাবশিং :** খাবশিংনা কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পানলম্মী হায়বসি 'পাম্হৈইবী খোঙ্গুল', 'কংলা লাযাৎ', নুমিৎ কাপ্পা', 'নিংথৌবোল লম্বুবা', 'পাম্হৈইবী নাহেবোল' নচিংবা পুয়াশিংদা মযেক শেংনা ইবি। খাবগা ঙানবশিংগা খা-ঙানবা হায়না পুনশিন্নববা কাঙলুপ

অমা ওইজববসু, ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদদি খাবশিংসি খ্বাইদগী শক্তি লৈবা কাঙলুপ অমা ওইবস্মী হাযবগী মতাংদা প্রোঃ গাংমুমৈনসু মাগী 'হিষ্টবি ওফ মনিপুব' দা অসুম্না ইবি "However during the pre-Pakhangba period the Khabas appear to be the most powerful tribe in the kingdom of Kangla" (Gangmumei, 1991 148) খাবাশিংনা কংলাদা যাম্না খুৎকন-পাঙ্গলনা পানখিবা মতম অসি ব্রাংঙম্লোন তম্ফা পাম্ভোইবীবু লুহোংদুনা লৌখিবা খাবা তবং খোইনুচাগী মপা খাবা শোকচ্রোংবগী মতমনি হাযনা পীবি। 'লৈথক- লৈখাবোন' পুযাদা খাবা তবং খোইনুচা অসি অতিংকোক্তগী থিবগা তকুকশুবা নিংথৌনি হাযনা থস্মী। মহাক অসি হাযবিবা পুযা অসিদা খাবা কনতৌ অমসুং হাইনু লৈমগী মচানি হাযনা পীবি। অদুবু মথক্কী পুযা অসিদা, 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল' দা পীবিবা খাবা শোকচ্রোংবগী মমিংদি পন্দে। মবম অসিনা খাবা শোকচ্রোংবগী অতোপ্পা মমিং অমা খাবা কনতৌ কৌবস্বা যাই।

কুপত্রেং অমসুং শেম্ভ্রেংনা কংলাদা পানবা মতম অসিদা ইকমা হাওতংলা কৌবা খাবা শাগৈগী পিবা অমনা নুমিৎকী মশক ওইনা কংলাদা পানখিবা নোংদমহল অমসুং তাউহুইবেং অনীগী মনুংদা তাউহুইবেংবু তেন্না কাপখিবা অসিগা চান্নবা/ মান্নবা কযামুক লৈ। অসুম্না কংলাদা পানলম্বা নুমিৎকী শক্তম ওইনা উৎলিবা তাউহুইবেং, কুপত্রেং অমসুং নোংদমহল, শেম্ভ্রেংবু তাম্ভোক্লগা, খাবাশিংনা কংলাদা পানলম্বা যাবগী ওইথোকপা যাবা চাওনা লৈ। শেম্ভ্রেংবু লোত্তুনা লৈ হাযবদগী লোল্লাং পাখংবা কৌই অমসুং লোল্লাং পাখংবা অসি শেক্লে পাখংবসু কৌই হাযনা পদ্মশ্রী খেলচন্দ্রনা লেংশিনবা, মনিপুব ষ্টেট একাদমীনা ফোংবা 'অবিবা মনিপুবী লোনগৈ' কৌবা লাইবিক্তা পীবি।

খাবা তবং খোইনুচাগী মতমদা 'সোবাবেন অবিবা অহুম'গী মতেংদগী, নোংদা লাইবেন পাখংবনা খাবশিংবু মাইথিবা পীদুনা মপাগী

কংলা ফম্বাল (সিংহাসন) অমুক হঞ্জিলখি। অদুবু ইকুই-কুইদনা অমুক, খাবা তবং খোইনুচাগী মচা খাবা নুংজেংবগী মতমদা , খাবা- ঙানবা অমসুং চকপাশিংনা নোংদা লাইবেন পাখংবগী মথক্তা লান্দাবক্তুনা, কংলা অমুক হন্না লৌশিনখি। নোংদা লাইবেন পাখংবসু মপা লোল্লাং পাখংবগী মতৌগুম মোইবাংদা অমুক খুনগুমখি। অদুবু ইকুই-কুইদনা অমুক নোংদা লাইবেন পাখংবনা মোইবাংশিংগী মতেং লৌদুনা, মোইবাংগী থৌনা ফববা তেন হৈবা, চাওবা সৌপোন মৈল্লেপা শানৌপা যাওনা খাবশিংগী মথক্তা লান্দাবকখি। লানফম অসিদা খাবা নিংথৌ, খাবা নুংজেংবা, মাগী মচা খাবা শঙ্গাই তেলহৈবা, মচানুপী কাংকুম ইচুম্বী অমদি খাবা- ঙানবা কাঙলুপকী অঙম- অথৌ কযা শিখি। খাবা ফাংখোং কাইখি। খাবা খবদি অঙোম পুবৈবোম্বদা চেনশিনখি, খাবা খবনা তাঙ্খুল ওইখি। খাবা খবা অমনা নোংচুপ চীংদা পানবা কবুই ওইখি। খাবা খবা অমনা মহৌ চীংমী কাঙলুপ্তা তিনখি।

**খমনুং-সব্বাদগী পোইবৈতোন :** নোংদা লাইবেন পাখংবনা খাবশিংবু মাইথিবা পীদুনা কংলাগী ফম্বাল তোংদ্রিঙৈ অমসুং তোংবা মতম অসি মনিপুরগী ইতিহাসতা যাম্না মক ওইবা তাঙ্কক অমনি। হায়বিবা মতম অসি মনিপুরগী লৈঙাক্লোনগী তাঙ্কক্তা পোলিটিকেল ভেক্যুম হায়বদি লৈঙাক্লোনগী ফিভমদা অহোবা অমা চাওনা লৈবা মতমনি। তাঙ্কক অসিদা মনিপুরগী মফম কযাদা কাঙলুপ কযানা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবম্লবসু মপুং ওইবা মনিপুর তম্পাক্কী মফমশিংদা খাবা- ঙানবা, লুৱাং অমসুং থাংযি-চেংলৈশিংনা মপাঙ্গল কনবা কাঙলুপশিং ওইনা লৈবম্বগী ৱাফম পুযা কযাদা ইদুনা লৈবম্মী। অসিগুম্লবা খুৎকন -পাঙ্গল্লবা কাঙলুপ অহুম অসিবু পুৱাবী নৈনবা কযানা 'সোবাবেন অবিবা অহুম' হায়না মখোযগী মতিক-মগুন শীংথাবম্মী। পদ্মশ্রী খেলচন্দ্রনা 'অঙনবা মতমগী মনিপুর' হায়বা মহাক্কী আর্টিকলদা "*খৃষ্টগী*

*অহানবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা নোংদা লাইবেন পাখংবনা লম অসিদা পাল্লম্বা নিংথৌ অহুম্বু মাগী মখা পোলহনখি। হাযবিবা নিংথৌ অহুম অসিবু 'সোবাবেন অবিবা অহুম' হাযনা খঙনৈ। নিংথৌ অহুম অসিগী মনুংদা অমদি থাঙ্গা কম্বোংগী নিংথৌনি। থাঙ্গ কম্বোং অসি হৌজিক চেংলৈ হাযনা খঙনবিবা কাঙলুপ অসিনি"* (খেলচন্দ্ৰ, ইদ. তোম্বী, ইবোহনবী, ২০১১ ২) হাযনা ইদুনা পীবি। ডাঃ পা ওনম গুনিন্দ্ৰানা ১৯৯৬ ইংদা ফোংবা, ৯৭ শুবা 'ঋতু' চেফোংগী 'পোইবৈতোন খুম্বোক নৈনবা' হাযবা আৰ্টিকলদা 'লৈহৌ- নোংহৌ' পুযানচিংবগী ৱাফম পনলদুনা 'সোবাবেন অবিবা অহুম' অসি অমনা ঙানবনি, অমনা থাংযি(চেংলৈ) নি, অদুগা অমনা লুৱাংনি হাযনা পীবি। পাখংবনা কংলৈপুং মযোলদা পান্দ্ৰিঙৈ, 'সোবাবেন অবিবা অহুম'না মনিপুৰগী মকওইবা মফমশিংদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবম্বগী ৱাফম 'চেংলৈবোল' পুযাদা ইবি।

অদুবু নোংদা লাইবেন পাখংবগী হেক মমাংদা লৈবম্বা 'সোবাবেন অবিবা অহুম'গী মবক্তা লৈনখিবা মবী অসি যাম্না ফবা হাযবদু ওইখিদে অমদি মতম অদুদা ওইখিবা লৈঙাক্লোনগী ফিভম অসি অমগা অমগা মুক্লবা, পাঙ্গল- শক্তি শাগৎনবা মীচং খোম্বগী মওং কযা 'পোইবৈতোন খুম্বোকপা' কৌবা পুযাদা চাওনা মমি তাই। লোইননা মতম অদুগী লৈঙাক্লোন অমদি খুন্নাইলোনগী ফিভম্না, মতম অদুগী ইতিহাসকী ৱাবী-ৱাখোং কযাবু লোৎনা-থুপ্না অ্যালেগোৰিকেল ওইনা ইবগা থনম্বা অসি পোইবৈতোন খুম্বোক্কী অহানবা শকক্তা নিংথিনা উবা ফংই। তংদু লৈতাবা লৈঙাক্লোন লৈত্ৰবা মতম অদুগী মনিপুৰদা চেংলৈ, ঙানবা অমসুং লুৱাংগী মবক্তা শক্তি মুন্নবকপা কয়া অসিবু পোইবৈতোন খুম্বোক্তা ৱাবা, তোকপা অমসুং শবি হাযনা মশক লোৎনা ইদুনা উৎলি। ডা: গুনিন্দ্ৰানা অমুক্কসু 'লৈহৌ-নোংহৌ' পুযাগী ৱাফম পনলদুনা

'সোবাবেন অবিবা অহুম' গী মনুংদা অমা ওইবিবা ৱাবা হায়বসি চেংলৈনি, তোকপনা লুৱাংনি, শবিনা ঙানবা খমচিংকোন্নি হায়না পীবি।

পোইবৈতোন খুম্বোক পুযাগী মতুং ইন্না তোকপনা ৱাবাবু ফাদুনা চাথোকখ্রবদা, ঙানবা খমচিংকোন্না পোইবৈতোনবু খমনুং সৱাগী লমদমদগী কৌরুবা অসিনা তাকপদি মতম অদুদা নোংদা লাইবেন পাখংবা অসি কংলাদা নিংথৌ ওইদ্রি অমদি শক্তি লৈত্রি হায়বসিনি। অমবোমদা অমুকসু খাবশিংগা ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদগী মীচং ওইদুনা লাক্লবা ঙানবশিংনা তাঞ্জা অসিদা খাবশিংগী মতেং লৌখিদবা অসিনা তাক্লিবা ৱাফমদি খাবাশিংগী লৈঙাক্লোনগী ওইবা শক্তি মবাই চাইথবকপনা ওইবা যাই। শম্না হায়ববদা মতম অসিদা ওইখিবা মনিপুবগী লৈঙাক্লোনগী ফিভম অসি কাং- খোং চাইবা হায়বদুনি হায়না থমজনিংই। ঙানবা খমচিংকোন্না পোবৈতোন কৌথোকপা চৎখিবা, তোকপা তোকমু মৈশাংবগী শক্তম ওইনা পুথোকলিবা লুৱাংশিংনা, পোইবৈতোন অমসুং ঙানবা খমচিংকোন্না লুচিংবা, ঙানবা কাঙলুপ থেংনবা ঙমগদবা মতিক মথৌনা লৈবা মীওই অমা প্রোজেক্ট তৌনবা হোৎনবকখি। তাঞ্জা অসিদা লুৱাংশিংনা লোত্তুনা লৈবিবা শেন্লেং (লোল্লাং) পাখংবগী মচানিপা নোংদা লাইবেন পাখংববু নিংথৌজাশিংগা অমত্তা ওইনা হৌমিন-কামিন্নবকপা অঙোমশিংগা পুনলগা, মযাম্না যানববা নিংথৌ অমা ওইনা প্রোজেক্ট তৌখিববা হায়বসিনি।

পোইবৈতোন খুম্বোক্কী তোপ- তোপ্পা মওং অমদি পোবৈতোন খুম্বোকপগা মান্নবা ৱাবীশিং অসি মনিপুবদা খুন্দা- লৈতাবিবা চীংমীশিংগী ৱাবীদা অযাম্বনা তাঙ্কক অমদা নৎত্রগা তাঙ্কক অমদা যাম্লমক মান্নবা অসিনি। পোইবৈতোন্না 'খমনুং' কৌবা অনেম্বা মফমদা লৈবা, মীশি-মীনা তোইবা মফম অমদগী খুল হোংলকপগুম, থাদৌ, কুকি, চিনশিংগী খুম্বোক ৱাবীদসু 'নোইঙম' কৌবা অনেম্বা মফমদা লৈবা,

নোইঙমপা কৌবা নিংথৌ অমনা পানবা লমদম অমদগী খুল হোংলকপা ওইনা তৌই। পোবৈতোন খুম্থোক্তা তৌবগুম নোইঙমদা পাল্লিবা নিংথৌ অদুগী মবী-মতা চোংথু কৌবা অমনা খুল হোংলকপগী ব্রাফম, খুল হোংলকপা মতমদা লম্বীদা অখুবা শুকং ফাওবকপগী ব্রাবী, শুকংগী মচিলদা অচৌবা নুঙ অমনা থিংদুনা লৈবম্বগী ব্রাফম, নুঙ অদু পোইবৈতোন খুম্থোকপদা শল লাবনা ইম্থোকপা অমদি চোংথুগী ব্রাবীদনা ভগলপা কৌবা অকনবা নুপা অমনা থাংগৎপগী ব্রাফমনচিংবা কযা অসি ইমান মান্নবি। মসিগীসু মথক্তা যাম্না মান্নবা ব্রাফম অমনা চোংথুগী মবী-মতা নেমনেহনা শুকং অমা ফাওবগা লাকপা মতমদা পোং- চৈ খবা কাউবম্মী হাযদুনা লৌবা চৎখিবা অমদি পোবৈতোন খুম্থোকপদা চক্রিবা অমসুং মাগী নুপী তাংগ্রিবীনা পোং-চৈ কাউবম্মী হাযদুনা লৌবা চৎখিবগী ব্রাফম্নচিংবা কযা অমসু লৈবি।

পোইবৈতোন অমসুং মাগী কাঙবুনা তাই- পোং- মীগী লম যৌবকপা মতমদদি নোংদা লাইবেন পাখংবনা কংলাদা ফম্বাল তোংদুনা লৈবম্লে। মনিপুবদা ওইবল্লিবা ফিভম অদুদা পোবৈতোনগা লোযননা খুল থোকমিন্নবকপা মীওই কযা থোংনাং, তখেল, শেনবী- কাবো, তাঙ্খুল, চকপা, কেগে- মোইবাং অমসুং পোইবৈ- মৈতৈনচিংবা কাঙলুপশিংদা চংখি। পোবৈতোন অমসুং মাগা খুল থোকমিন্নবকপা কাঙলুপ অমদি লুব্রাং ওইখি। অতোপ্পা কাঙলুপ অমনা খুমন শলাই ওইখি। মতমগী মতুংইন্না পোইবৈতোননা লুব্রাং অমসুং খুমন শলাইগী পুকোক ওইখি। অসুম্না লমদম অসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈমীন্নবিবা চীংমী-তম্মীশিং অসি কনা কনানো, মাইকৈ অসোমদা কযাম পাক-শন্না খুন্দা-লৈতাবম্বগে হাযবনচিংবা ব্রাফম নৈনবকপা মতমদা পাক-চাওববা মণিপুবগী ঙমখৈ কদায যৌনা শন্দোক্লম্বনো হাযবদু থংনবা হোৎনবদা কান্নববা ইতিহাসকী মচাক ওইগনি।

**অঙনবা মতমগী বর্মা (ম্যনমার) ঃ** নোংদা লাইবেন পাখংবনা খৃষ্টগী অহানবা চহী চাদা মণিপুরদা পানবা মতমদা, বর্মাগী ওইবা অপুনবা লৈবাক নৎত্রগা নিংথৌ অমত্তা লৈত্রি। বর্মাগী অহানবা নিংথৌনি হায়না লৌনবিবা অভি বাজা অসি নেপালগী কপিলাবাস্তুদগী খুল থোবকপা শাক্য শাগৈগী নিংথৌ অমনি হায়না বর্মিজ ক্রোনিকলশিংদা পীবি। মহাক অসি অপ্পব বর্মাগা নক্কবা তাগুরাংদা গৌতম বুদ্ধ (৫৬৩-৪৮৩ বি.সি.) না পোকত্রিঙৈ মমাংদা 'অহানবা তাগুরাং নিংথৌ শাগৈ' শেমগৎতুনা পানখিবা নিংথৌ কুম্ভামাথোইগী ইহান হানবা লেজেন্দবি নিংথৌনি হায়না লৌই। অভিবাজানা শিববদা মাগী মচানুপা অনীগী মনুংদা অতোনবা কন বাজাঙেনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা তাগুরাংদা লৈহৌবগা, মচানুপা অহল কন বাজাঙিনা মখা পাংনা ইবাবতি (ইনৱা-টুই) তুরেলগী থোংলম তুংইন্না চৎখিদুনা কলে হায়না কৌবা চিন্দবিন অমসুং ইবাবতি তুরেলগী তাফম মনাক্তা লৈবা মফম অমদা মচানুপা মোদ্দুসিক্তাবু নিংথৌ হাপলল্লগা মহাক মশানা আবাকানলোমদা চৎখিবগী ৱাফম থম্মী। মতম অসিদা টিবেটো-বর্মন ওরিজিন ওইবা মীওইশিংনা কবো ভেলিগী খা থংবা শকক অমা ওইবিবা কালেদা হান্নদগী লৈবে হায়বসি লেজেন্দ অসিগা মরী লৈনবা অর্থব ফাইবেগী মখাগী ৱাফম অসিদগীসু খবগী মখৈদি খংবা ঙম্মী। "The tribes Pyu Kanian, and Sak are described as then in the land, and Kan Rajagyi made his son Muddusitta king over them" (Phayre, 1998 8) শাগৈ অসিগী অবোইবা নিংথৌ ভিনাকা বাজা অসি চাইনাবোইদগী কুমথবকপা 'তকক' অমসুং 'তবেত'[১] হায়না খংনবা মীওইশিংনা তাগুরাংদগী তান্থোকখি অমদি মালেদা চেন্দুনা মফম অদুদা শিখি। শানশিংগী মরমদা শুগাইনা নৈনবিবা হোল এস: হাল্লেটনা 'তকক' (তাইযোক) শিং অসি চাইনিজ-শানশিংনি হায়না পীবি।

[১] তকক অমসুং তবেৎ 'তকক' শিং অসি 'শান তাইয়োক' হায়না খঙনবা 'যুনানিজ শান' শিংনি হায়না কোলকুহোন্না মাগী 'এথনিক হিষ্টরি ওফ দ শানস' তা পীবি। অদুবু অথব ফাইবেনদি 'তকক' অমসুং 'তবেত'শিং অসি চাইনিজ অমসুং মানচুশিংনি হায়নসু থম্মী।

মখা তাবকপদা, অনীশুবা মীওই খোঙলুপ অমা, ধজা বাজা কৌবা নিংথৌ মচা অমনা অমুক লুচিংদুনা নোংপোক ভারতলোমদগী লাকখি হায়না থাজনৈ। মহাক অসি গৌতম বুদ্ধগী মতমদা পানলম্বা লেজেন্দবি নিংথৌ অমনি হায়না বর্মিজশিংনা লৌনৈ। মহাক্না ভিনাকা বাজগী লুখ্রা ওইহৌববী নাগাহশিন কৌবী মহাবানি লৌদুনা নোংপোক ভারত নৎত্রগা নেপাললোমদগী লাকপা অনীশুবা নিংথৌ শাগৈ শেমগত্তুনা 'অরিবা পাগান' (ওল্ড পাগান) হায়না খঙনবা তাগুব্রাংগী মনাক্তা অনৌবা কোনুং শেমদুনা 'অনীশুবা নিংথৌ শাগৈ' লিংখৎখি। শাগৈ অসি নিংথৌবোল তবাতকক্লা মথং-মথং পানলবা মতুংদা য়ুনানলোমদগী কুমথবকপা শানশিংগী শাফুনা মখা তানা তাগুব্রাং অমসুং মসিগী মনাক্তা লৈবা ৎমদবদগী চেনখিদুনা মযাই থংবা বর্মাগী প্রোম(প্রাই) মনাক্তা লৈবা শ্রীখেত্র হায়বা মফম অদুদা অমুক কোনুং শেমদুনা পানখি। শাগৈ অসিগী নিংথৌ মচা মহা থম্নাবানা শ্রীখেত্রদা কোনুং শেমদুনা পানখিবা অসি গৌতম বুধনা শিবা মতম অদুব্রাইদনি হায়না সাব অর্থব ফাইবেনা অসুম্না থম্লি। He was the first of the dynasty established at or near Prome about 483 years before Christ, according to Maha Rajaweng (Phayre, 1998 10)

অসুম্না লেজেন্দ অসিদা ইতিহাসকী মচাক শবা যাওবি হায়না লৌবা তাববদি, খৃষ্টগী অহানবা চহীচাগী মতম অসিদদি তাগুব্রাংগী অব্রাং অমসুং নোংচুপ থংবা অপ্লব বর্মাগী লমদম অসি নোংদা লাইবেন পাখংবা অমসুং মহাক্কা হৌবকফম- কাঙফম মান্নবা মীওইশিংগী মখুত্তা তাবে হায়বসি উৎলি। খবা থেংথববা মতমগী ব্রাবোল ওইববসু ব্রাফম অসিগা মবী লৈননা সাই উং টুননা মাগী লাইবিক 'শান ষ্টেট' তা অসুম্না পীবি। "Shan of the Northwestern group include all those who are scattered over northern Myanmar proper from

Manipur, Assam (Ahom) to Bhamo (Baan Maw) Over this stretch of land, the Shan established their *baan* and *mong* " (Sai, 2009 21) তৌবতবু খৃষ্টগী অহানবা চহীচাগী মমাংদা মণিপুব অমসুং অপ্পব বর্মাগী শরুক খবদা নোংপোক অমসুং অৱাং নোংপোক ভাবতলোমদা (বঙ্গলাদেশ যাওনা) পাক- শন্না খুন্দা লৈতাবম্বা সাইনো- টিবেটিযান লোন্দা যুম্ফম ওইবা চকপা, চকমা, চাখা, শ্যাক্যনচিংবা মোঙ্গোলোইদ কাঙলুপশিংনা লৈবাক মচা-মচা শেমদুনা পানলম্মী। অদুবু চিন (Ts 'in) নিংথৌ সি- ৱাং- টি (২৪৬- ২১০ বি:সি:ই:) গী মতমদা চাইনিজশিংগা লৈঙাক্লোনগী ওইনা মুক্রবকপদগী অমদি অতৈ মবম কযাদগী চাইনিজ - শ্যামীজ লোন্দা যুম্ফম ওইবা তাই/ লাইশিংনা হৌজিক্কী অপ্পব বর্মা অমসুং মণিপুবগী লমদমলোমদা মথং-মথং কুমথবক্তুনা, মণিপুবগী হান্না লৈবম্বা মীওইশিংগা পুনশিন্নবগা মণিপুবগী কংলাদা কোনুং শেমদুনা মাইকৈ অসোমদা পাক- চাওববা পোইবৈ- ৱাংঙম (কংলৈপাক) লৈবাক লীংখৎখি। মণিপুবগী কংলা, অপ্পব বর্মাগী তাগুৱাংনচিংবা মফমশিংদা হান্না লৈবম্বা টিবেটো- বর্মন লৈবাকশিং লৈখা তাবকখি।

তাগুৱাং, পাগান অমসুং শ্রীখেত্রনচিংবা মফমশিংদা পানলম্না পিযু লৈবাকশিংনা মবাই চাইথখ্রবদা, থমুদবিট (১০৭-১৫২ সি.ই.) কৌবা পিযু শিংগী অবোইবা নিংথৌগী মবী-মতা অমনা 'পাগান লৈবাক' শেমদুনা নিংথৌ ওইখিবগী ৱাফম লৈ। থমুদবিটনা পাগানশিংগী অহানবা নিংথৌনি হাযবসি স্কোলাব কযা অমনা যানিংদবা ফোংদোকই। মখোযনা নোংপোক ভাবতলোমদগী হৌবকপা পিযুশিংগা, পাগান নিংথৌশিংগা শম্নবিবা মবী অসি শেমজিন-শাজিনবনি হাযবা ৱাফম থম্মী। ৱাফম অসি লৈবনা 'আর্লি পাগান' গী অহানবা নিংথৌনি হাযনা লৌনবিবা, শ্রীখেত্রদা পানলম্বা পিযুগী অবোইবা নিংথৌ থপিনন্য (৮৪- ৯৪ সি: ই:)গী 'নেফিযু' থমুদবিট (১০৭- ১৫২ সি: ই:) দগী 'মিদল আর্লি

পাগান' গী অবোইবা নিংথৌ খে-লু (৮২৯- ৮৪৬ সি: ই:) ফাওবা অসি পিযু তংখাই পাগান তংখাইগী নিংথৌনি হাযনা লৌবগা, 'লেট আর্লি পাগান' গী অহানবা নিংথৌ পযিনবয্য (৮৪৬- ৮৭৮ সি: ই:) না প্যাগানগী অহানবা নিংথৌনি হাযনা লৌবা মাল্লি। মবমদি স্কোলাবশিং অসিগী ৱাবোল মতুং ইন্না পাগানগী অহানবা নিংথৌ অসি পযিনবয্যনি হাযনা পী। পাগান হৌদোকখিবা চহী অসি অবিবা ক্রোনিকল খবদা ১০৭ বি: সি: ই: নি হাযনা পীববসু পয়িনবয্যগী নিংথৌ ওইবগী চহী অসি ৮৪৬ সি· ই: নি হাযনা 'মান্নান যাযাৱিন' (গ্লাস পেলেস ক্রোনিকল) গী মতুং ইন্না পীবি। পযিনবয্যদগী সোক্কাটে (১০২০-১০৪৪ সি: ই:) না পানবা মতম অসিবু 'অঙনবা পাগান' (আর্লি পাগান) অমসুং সোক্কাটেগী মথংদা পানখিবা অনৌবথা (১০৪৪-১০৮৬ সি ই·) গী মতমদগী পাগানগী অবোইবা নিংথৌ[২] কিযাউস্বা (১২৮৯-১২৯৭) গী মতম ফাওবনা 'পাগান ইম্পাযাব' (১০৪৪-১২৯৭ সি. ই.) হাযদুনা পীবি। স্কোলাবশিং অসিগী মতুং ইন্না হাযবিবা পাগানশিং অসি চাইনাগী নান -চাও লৈবাকলোমদগী কুমথবকপা ম্রানমা/বর্মা হাযনা খংনবা টিবেটো-বর্মন লোন ঙাংবা মীওই কাঙলুপশিংনি হাযনা থম্মী।

অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু তাগুৱাংগী লেজেন্দবি নিংথৌশিংনা পানলম্বা মতমদসু, মখোযগী লৈঙাক্লোন অপ্পব বর্মা অমসুং নিংথি (চিন্দৱিন) তুবেলগী নোংচুপ থংবা লমদমশিং যৌখিবগী ৱাফম লৈতে। শ্রীখেত্রদা পানলম্বা পিযুশিংগী লৈবাকসু অযাম্বা মতমদা চিন্দৱিন অমসুং ইবাবতি (ইবাৱাদি) তুবেল অনীগী চীল্লোক্লফম মু-তুবেলগী তম্পাক, কিযাওসে-গী লৈতেম মান্নবা লমদম অমসুং মিনবুগী লমদমদগী পংহেন-হেন্দোকপা ঙমখিদে। অমবোমদা খুৎকল-পাঙ্গল্লবা

[২] পাগানগী অবোইবা নিংথৌসি 'পিক্টোবেল গাইদ টু পাগান' দদি শ্যাওমুনিট (১৩২৫- ৬৯ সি ই) নি হায়ন্য পীবি।

পাগান লৈবাকসু অৱাংলোমদা তাগুৱাং, মখাবোমদা প্রোম (প্রাই) গী মনাক্তা লৈবা শ্রীখেত্রগী লমদমশিং অসিদগী হেন্না পংচাও চাওথোকপা ঙমখিদে। মসিনা মবম ওইদুনা-ইতিহাসকী তবাহুমদোইশুবা চহী চাগী মতম অসিৱাই ফাওবদি বর্মিজ লৈবাকশিংগী লৈঙাক্লোন অপ্পর-বর্মাগী লমদমশিং অসিদা ইযৌমক যৌখিদে হায়বা যাই। ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিদা অপ্পর বর্মাদা মণিপুরগা যুমলোন্নখিবা লৈবাকশিংদি মোংযাং(মোহনযিন) অমসুং মোংক্বাং (মোপ্বাং/ মোগুৱাং) লৈবাকশিংতনি। অদুবু মোগুৱাং যাওনা অপ্পর বর্মাদা লৈবা শান ষ্টেটনা শাফোংলকপা অসিসু খৃষ্টগী তবানীথোইশুবা চহীচাগী মতুংগী বাতনি।

তশেংনমক হায়বা তাববদি মোগুৱাংলোমদা লৈবাক শেমদুনা লৈবক্লিবা শানশিং অসিদি খৃষ্টগী তরুকশুবা চহীচাগী তঙ্খাই অদুৱাইদা লৈহাও চেনবা স্বেলি (নাম মাও) তুবেলগী তমপাক্তা কুমথৎক্লগা লৈবাক মচা-মচা লিংখৎপা হৌবকখিবনি। ৱাযম অসিগী মতাংদা সাই অং টুন্না মোং-মাও-লোংদা পানখিবা নিংথৌ মশিং অসি খুন লাই (৫৬৮-৬৩৮ সি. ই.) দগী হৌবগা অবোইবা নিংথৌ সাও পোবেংইন (১৬০৪-১৬৩২ সি ই.) ফাওবদা নীফুমঙানি হায়না থম্মী। তৌবতবু মাও-শানশিংনা মাইকৈ অসোমদা খুৎকল-পাঙ্গলবা লৈবাক অমা ওইবকপসিদি খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহী চাদা মোঙ্গোলশিংনা, ১২৫৩ ইংদা নান-চাও লৈবাক থুগাইখ্রবা মতুংদা, নান-চাওদগী চেনলকখিবা শানশিংগা তোৎশিন-তিনশিন্নববা মতুংগী ৱানি।

সাই অং টুনগী লাইৱিক, 'শান ষ্টেট'গী মতুং ইন্না অপ্পর বর্মাদা শানশিংনা নিংথৌ পানবা লৈবাক লিংখত্তুনা লৈবম্বা অসি মিযিনসাইং অমসুং পিনযাদা খৃষ্টগী চহী ১২৯৮ দগী ১৩৬৪ ফাওবনি, সগ্যাইংদা খৃষ্টগী চহী ১৩১৫ দগী ১৩৫২ শুপ্নগী চহী ৩৭ বোমতনি, অদুগা ইনৱা (অভা/ অৱা) দা পানখিবা অসিনা খৃষ্টগী চহী ১৩৬৪ দগী ১৫৫২

ফাওবনি। (সাই, ২০০৯:৮৯-৯০) হাযবিবা লৈবাকশিং অসি মণিপুব, মোগুব্রাং নৎত্রগা মোহযিনদা পানবা মাও শানশিংগী মখা নৎত্রগা অৱাশিংগী মখাদা লৈবম্বনা অযাম্বনি। কসে শান (মৈতৈ কবো), ত্রিলাপ শান (অৱা-কবো) অমসুং লেমহৌবিবা চাইনাগী যুনানগা তাইনবা মফমদা লৈবা শানশিংবু কবো নৎত্রগা 'শানৱা' হাযনা খঙনবম্বগী ৱাফম পেম্বর্টন্না মাগী লাইবিক 'দি ইষ্টর্ন ফ্রন্টিযাব ওফ ব্রিটিস ইন্দিযা'দা থম্মী। অদুবু হাযবিবা মতমশিং অসি ফাওবা নিংথি তুবেলগী তম্পাকশিং অমদি কবো ভেলিবোমদা লানশিনলক্লুনা মণিপুবগী লৈঙাক্লোন্দা শীংনবদি কযা তৌখিদে।

অমবোমদা অমূক, সমূদ্রগা নক্লবা থাতোনদা পানখিবা মোনশিংনা ইবাৱাদি তুবেলগী দেলতাবোমদা লৈখিবনা, তাই/লাই, শানশিংনা খুন্দা-লৈতাবিবা অপ্পব বর্মাগী লমদমশিংদা মাই ওনশিল্লকপগী ৱাফম লাপ্পা লৈখি। লোইননা পেগুদা পানখিবা থাতোনগী মোনশিংগী চাদা-নাওদাশিংনা খৃষ্টগী তককশুবা চহীচাদা পেগুদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা শেমগৎপদা ঙাইখিবা, অমদি মখোযগী ইথিল অপ্পব বর্মাদা যৌবকখিদবনা মাইকৈ অসোমগী লৈঙাক্লোনদা পেগুগী নিংথৌশিংগী ৱাযমসু থাপ্পা লৈখি। মসিদা নত্তনা খুৎকন-পাঙ্গনলবা বর্মিজ লৈবাক কযাসু, অপ্পব বর্মাবোমদা খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মতুংদগী শাফোংলকপনা অযাম্বনি। খুদম ওইনা অভাদা কোনুং ওইদুনা, অহানবা ওইনা খুৎকন-পাঙ্গনলবা শান-বর্মিজ লৈবাক অমা শেমগৎলকখিবা, থদোমিনবয্যা (১৩৬৪-১৩৬৭ সি ই ) অসিসু খৃষ্টগী তবামবিশুবা চহী চাদগীনি। মমিং লৈববা বর্মাগী তৌঙু শাগৈ (১৫১০-১৭৫২ সি ই ) অমসুং অলুংপযা নৎত্রগা কোনবুৱাং শাগৈ (১৭৫২-১৮৮৫ সি ই ) অসিসু খৃষ্টগী তবামঙাশুবা চহীচাগী মতুংগী ৱাফম ঙাক্তনি।

ৱাফম কযা অসিনা মবম ওইদুনা মণিপুবগী মনুং চনলম্মী হাযনা থমজবিবা হুক্কাং ভেলিদগী হৌবগা নিংথি তুবেলগী নোংচুপ থংবা

লমদমশিং যাওনা অরাং অমসুং নোংচুপ থংবা বর্মাগী লমদমশিং অসি ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতম, খৃষ্টগী অহানবা চহী চাগী মমাংদগী হৌদুনা চাইনাগী য়ুনানলোমদগী কুমথবকপা তাই/লাই, শানশিং অমসুং মখোয়গী মচা-মগুশিংনা মপুং ওইনা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখি। রাফম অসি হোল্ট এস. হাল্লেটনা থল্লিবা মখাগী রাবোল অসিদগীসু খংবা ঙম্মী। "The origin of the Shan kingdoms in the valley of Irrawaddi is evident from the Burmese chronicles, which tell us that some years previous to the building of old Pagan (B C 523), the Burmese had been driven southwards by an irruption of the Chinese from the upper valley of the Irrawadi This shows that the Shans of Yunan who are called Shan-Tayoks, or Chinese Shans, by the Burmese, were already spreading down the valley of Irrawadi " (Colquhoun, 1985 331)

অসুম্না নোংদা লাইবেন পাখংবনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা পানবা মতম অসিদগী হৌবগা তবাহুমদোইশুবা চহী চাগী মতম অমদি মদুগী মতুং তাবকপা অযাম্বা মতমশিংদা অপ্পব বর্মাগী লমদম অসি, নোংদা লাইবেন পাখংবা অমসুং মহাক্কা হৌবকফম -কাঙফম মান্নবা তাই-লাই, শানশিং অমসুং অঙোম, নিংথৌজা অমদি মখোয়গা নক্না লৈমিন্নবম্বা লুরাং-খুমন অমসুং অতৈ যেক-শলাইগী মনুংদা যাওবিবা মীওই কাঙলুপ কযানা খুন্দা-লৈতাবম্বা লমদম অমা ওইবম্মী হায়বসিনি। মসিগী মতাংদা থেংলবা মতম ১৭৯৮ ইংগী মতুং, বর্মিজশিংনা মাইকৈ অসোমদা লৈবাক শন্দোবক্তুনা মফম খবা লৌশিনখ্রবা ফাওবদা অপ্পব বর্মাদা লৈবিবা মপুং ওইবা লমদম অসি মণিপুরগী পাক-চাওববা লমখৈ মনুং চনলম্মী হায়বসি মথক্তসু পঞ্জখ্রবা কেপ্টেন পেম্বর্টনগী মখাগী রাবোল অসিদগীসু খবগী মখৈদি খংবা ঙম্মী। "The names by which this territory was known to Dr Buchanan, were those of Mrelap Shan, or

Shan tributory to the Burmahs, and Kasi Shan or the western portion of it, tributory to the Kasis. Kathees, or Cassayers, by all of which names the people of Muneepoor. '' (Pamberton, 2000 108) মথক্কী ৱাফমশিং অসিদগী থমজনিংলিবদি, মমাংদা কোলকুহোনগী লাইবিক্তা পনখ্রিবা অঙনবা মতমগী তাই/লাই/শানশিং অসি অতৈ কনাসু নত্তে মণিপুবগী হান্না লৈবন্বা মীওই কাঙলুপশিংগা তোৎশিন-তিনশিন্নখ্রবা অমদি কংলাদা কোনুং ওইদুনা মণিপুবগী লৈঙাক্লোন্দা শরুক যামিন্নদুনা, পাক-চাওববা মণিপুব অমা শেমলম্বা মণিপুববোমদা লাকখিবা মীওইশিং অদুনি।

**অঙনবা মতমগী ত্রিপুবা ঃ** অঙনবা মতমগী মণিপুবগা থংনবম্বা, মণিপুবগী নোংচুপ অমসুং খা-নোংচুপ্তা লৈবম্বা খ্বাইদগী লিববা লৈবাকশিংগী মনুংদা ত্রিপুবাসু (টিপেবা/টুই-ফ্রা)সু অমনি। ত্রিপুবীশিং অসি মোঙ্গোলোইদ ওবিজিন ওইবা, হিন্দুশিংনা কিবাটা হায়না থংনবা সাইনো-টিবেটিয়ান ওবিজিনগী মীওই কাঙলুপ অমা ওইজববসু মখোযগী ইতিহাসকী অহৌবা শরুক অসি হিন্দুশিংগী মিথ মহাভাবতকা শম্নহল্লি। মহাভাবতকী ৱাবীদা যাওবা যযাটিগী অহুমশুবা মচা দ্রুহ কৌবা অমনা গঙ্গা তুবেলগী খোংলম তুংইন্না নোংপোক পাংনা চৎখিদুনা, গঙ্গা(বঙ্গলাদেশতা পদ্মা), ব্রহ্মপুত্র(বঙ্গলাদেশতা জমুনা) অমসুং মেঘনা[১] তুবেলশিংগী ইতিনফমলোমদা 'ত্রিবেগ' হায়না কৌবা লৈবাক অমা লিংখৎখিবা ওইনা তৌই। ত্রিপুবাগী নিংথৌবোলগী ৱাবী ইবা

---

[১] মণিপুবদগী হৌবকপা ববাক তুবেলনা সাওথ অসামগী কবিমগঞ্জ দিষ্ট্রিক্ট অমসুং বঙ্গলাদেশকী শিলেটকা তাইনবা মফম অমদা সুবমা অমসুং কুশিযাবা তুবেল হায়না অনী থোক্লা খাইদোক্লদুনা চেনখ্রবা মতুংদা, ধাকা দিবিজনগী মনুংদা লৈবা কিশোবগঞ্জ দিষ্ট্রিক্টকী উপজিলা অমা ওইবিবা ভাইবব বাজাবগী মনাক্তা অমুক পুনশিন্নববা মতুংদগীদি সুবমা অমসুং কুশিযাবা তুবেলবু মেঘনা তুবেল হায়না থংনবে। ৱাফম অসিনা ত্রিপুবাগী অবিবা কোনুং অমদি লৈবাক অসি বঙ্গলাদেশকী মযাই অসিৱাইদা লৈবম্মী হাযবসি তাকই।

'বাজমালা' গী মতুং ইন্না যযাটিগী মচা দ্রুহ্ অসি শাগৈ অসিগী তবেৎশুবা নিংথৌনি। অদুবু মিথ অসিগী মতুংইন্না ত্রিপুবা লৈবাক লিংখৎখিবা মীওই অমা ওইনা লৌবা তাববদি দ্রুহনা ত্রিপুবাগী অহানবা মিথোলোজিগী ওইবা নিংথৌনি হায়না লৌবদা কাইবোই।

লাইওই- তিনওইবা (মিথ)তা যুম্ফম ওইবা ৱাবী অসিগী মতুংইন্না দ্রুহ্দগী মথং-মথং শমথবকপা শাগৈ অসিগী নীফুমঙাশুবা নিংথৌ দৈত্যগী মচা ত্রিপুবনা প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবদগী মহাদেবগী ববনা ত্রিপুববু হাৎখি অমদি ত্রিপুবগী লুখ্রা ওইহৌববী মহাবানি হিবাবতিনা ত্রিলোচন কৌবা মচানিপা অমা পোকখি। ত্রিলোচন মতিক-মগুণ লৈবা প্রজাশিংবু লুনা তৌবা নিংথৌ অমা ওইখি। মহাক্না মতম অদুদা কামকপ্তা নিংথৌ ওইবম্বা হিবম্বা / হিবম্বা দেশকী নিংথৌমচানুপী লুহোংদুনা লৌখি। ত্রিলোচননা শিববা মতুংদা মমাপোকপা মপুবোক্কী হিবম্বা লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা লৈরুববা দৃকপতিনা, মপানা হিংলিঙৈদা ত্রিপুবাগী নিংথৌ ওইনবগীদমক্তা 'যুববাজ' হাপ্পুববা মনাওনুপা যাইমা দক্ষিনবু লান্দা মাইথিবা পীদুনা ত্রিপুবাগী নিংথৌ ওইখি। দক্ষিননা খা পাংনা চৎখিদুনা মেঘনা তুবেলগী মপান্দা হৌজিক বঙ্গলাদেশকী মনুং চনখ্রবা খোলোমা (খোলোংমা) হায়বা মফম অদুদা কোনুং শেমদুনা পানখি। ত্রিপুবাগী কোনুং অসি নিংথৌবোল কযাগী হাক্তক্তা মথং-মথং হোংলক্লুনা সাউথ ত্রিপুবাগী মনুংদা গোমতি তুবেলগী তোবর্বান্দা লৈবা উদযপুব হায়বা মফম অদুদা অমুক ওইবম্লে। অবোইবদা হৌজিক্কী আগর্টলাগী মফম অসিদা ১৮৪৯ ইংদা মহাবাজ কৃষ্ণচন্দ্র মনিক্যগী মতমদা হোংলকখি হায়না পীবি।

ত্রিপুবাগী নিংথৌবোলগী ৱাবী ইবা 'বাজমালা' দা শাগৈ অসিগী নিংথৌ চাম্মা-মবিফুমঙাগী মমিং পনলবসু, হিষ্টোবিকেল ওইবা নিংথৌশিং অসিদি মনিক্য হায়না মিংথোল ফংলবা নিংথৌশিং অসিতনি হায়না 'ইতিহাসেব আলোকে-ত্রিপুবা মণিপুব' নচিংবা লাইবিক খবদা

ইবি। ত্রিপুবাগী নিংথৌশিংনা 'মানিক্য' হাযবা মিংথোল অসি কবন্বা মতমদা লৌখিবনো হাযবগী ময়েক শেংফাত্তবা ৱাফম লৈববসু, মিংথোল অসি ত্রিপুবাগী চাম্মা-নীফুমঙাশুবা নিংথৌ বত্না- ফানা ১২৮০ ইংদা লৌখিবনি হাযনা অযাম্বা লাইবিকশিংদা পীবি। বত্না- ফাগী মমাংদা পানখিবা ত্রিপুবাগী অযাম্বা নিংথৌশিংগী মিংগী অবোইবদা 'ফা' হাযবা মিংথোল অসি হাপ্লবম্মী। অদুবু বত্না-ফাগী মতমদগীদি 'মানিক্য' হাযবা মিংথোল অসিনা মহুৎ শিনখবে। বত্না-ফা অসি ত্রিপুবাদা অহানবা শেল মযেক হৌদোকখিবা নিংথৌনি হাযনসু থম্মী। বত্না-ফাগী মতুংদা ত্রিপুবাদা পানখিবা মরু ওইবা নিংথৌশিংগী মবক্তা ধর্ম্মা মানিক্য (১৪৩৯-১৪৬২ সি. ই:), ধন্য মানিক্য (১৪৬৩-১৫১৫ সি: ই:), বিজয মনিক্য (অহানবা) (১৫৩২-১৫৬৩ সি.ই:), অমব মানিক্য (১৫৭৭-১৫৮৬ সি· ই.) নচিংবনি।

ধন্য মানিক্যগী মতমদা বেঙ্গোলগী নিংথৌ আলাউদিন হুসেন সাহনা ত্রিপুবাদা হঞ্জিল-হঞ্জিল ১৫১২, ১৫১৩ অমসুং ১৫১৪ ইংদা লান্দাবকপদা ধন্য মনিক্যনা মাইথিবা পীখিবা অমদি মহাক্কী ঙমখৈ বেঙ্গোল, অসাম, বর্মাগী লমখৈশিং যৌনা শন্দোক্লম্বগী ৱাফমশিংসু লৈ। নিংথৌ অসিগী মতমদা তখেলশিংনা মণিপুবদসু লান্দাবক্লম্বগী বাফম চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি। "*লমলৈ চানৌৱাগী কুমদি শক ১৪২৬। মযাং লান হৌবকএ। অঙৌপাম্বা লোইজাঙম্বনচিংনা মযাং নাএ। ঙমদনা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মচা ইবুংঙো নোংথোনবনচিংনা . যাইস্কুল লালোয পুম্নমক্কা শিমিন্নখিএ।*" অহানবা লালথেংনবদা মাইথিববা মণিপুবগী তেঙ্গোলনা অমুক্কা হন্না মযাংগা লাল শোক্লখি। "*মযাং ঙমএ। লান্দি কাম্বা নুংমা চেংবা, তৈমা চেংবা, লাংগা তৈবাসুং ফাযএ। লানলু পৈ অচৌবা অপিশা থোন্নবমএ।*" (কুম্বাবা, ২০০৫.২১)।

মযাং (তখেল) শিংনা লান্দাবকপা মতম অসি মণিপুবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮ সি: ই:) না পানবা মতমনি। লান্দা মাইথিবগী

মতাং অসি, লোৎপা যাবোইদৌবা ৱাফম নত্তনা অতৈদি মশা-মশাগী নিংথৌবোলগী ৱাবীদা কযা ইনদবনা, ধন্য মানিক্যনা মণিপুরদা মাইথিখিবগী মতাং অসি ত্রিপুরাগী নিংথৌবোলগী ৱাবী ইবা 'রাজমালা' দা পনলমদবা ওইরম্বা যাই। ধন্য মানিক্যগী মথংদা পানখিবা মরু ওইবা ত্রিপুরাগী নিংথৌ অসি বিজয মানিক্যনি। মহাক্কী মতমদা লৈবাক কযা লৌশিনলম্বা অমদি শেল (পৈশা) মযেক কযাবক হন্না যৈথি (শাখি) হায়বগী ৱাফম লৈ। মাগী মতমদসু ধন্য মনিক্যগী মতমদা তৌখিবগুম ত্রিপুরীশিংনা মণিপুরদা লান্দাবকখি। লাল অসিদা ত্রিপুরীশিং শাথিনা মাইথিখি। ৱাফম অসি 'চৈথারোল কুম্বাবা'দা মখাগী ইবি। "*লাইতোঞ্জম মুসেবাগী কুম শক ১৪৫৫ লান্দি তখেল ঙমএ।*" লাল অসিদা ফাবকপা লানফা মযাম্বু 'তখেন খোং' (ত্রিপুরী কেনেল) তৌহনখিবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অমুক্কসু অসুম্না ইবি। "*ৱাইরোকপা লমমাগী কুমদি শক ১৪৫৬ তা তখেনকোং তৌএ।*" (কুম্বাবা, ২০০৫:২৪) খৃষ্টগী তবাতক্কশুবা চহীচাগী মতুংদগীদি ত্রিপুরীশিং অসি বেঙ্গোলগী নৱাবশিং অমসুং মোঙ্গোলশিং থেংনববোমদা হেন্না মাই ওনশিনখিবগুম তৌই। তৌবতবু মথক্কী ৱাফম কযা অসিনা ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদগী ত্রিপুরা অমসুং মণিপুর হায়বা লৈবাক অনী অসি যুমলোন্নবম্মী হায়বসি তাকই।

অসুম্না অসুম চেন্থবকপা ইতিহাসকী ইচেলনা তবানীপালশুবা চহীচা যৌবকপা, অনীশুবা ধর্ম্মা মানিক্য (১৭১৪-১৭৩৩ সি: ই:)গী মতমদা জুগোটবোয কৌবা নিংথৌ শাগৈগী ঈ অমনা মহাকপু নিংথৌ ওইহনবীনবগীদমক বেঙ্গোলগী নবাব সুজা-উদ্দি-মহম্মদ-খান তাক্লুবদগী বেঙ্গোলগী নবাবনা ত্রিপুরাদা লান্দাবক্লুনা ত্রিপুরাগী তম্পাক্কী শরুক্কী মপুং ওইবা লমদম ওইরম্বা সিলেট, মাইমেনশিং, নোৱাখালিগী লমদমশিং লৌশিনখি। জুগোটবোয়না জোগোট মনিক্য (জাগাট মনিক্য) হায়বা মিংথোল লৌদুনা বেঙ্গোলগী নবাবগী মখাদা 'ভেসেল কিং' অমা

ওইনা লৈখি। মতৌ অসুম্না তবানীপালশুবা চহীচাগী অঙনবা তঙ্খাইদগী মপুং ওইবা ত্রিপুবাগী অযাম্বা তম্পাক্কী শকক মখে মাংখি। অদুগা মখা তাবা মানিক্য শাগেগী নিংথৌশিংনা লেমহৌবিবা ত্রিপুবাগী মপুং ওইবা চীংগী শকক, হান্নদি মযাই ওইবপ লৈবম্বা, হৌজিক্লা খ্বাইদগী মতাই ওইহৌববা অগর্টালাদা কোনুং শেমদুনা পানখি। অদুবু ত্রিপুবাগী নিংথৌ বীবচন্দ্র মান্যিক্য (১৮৬২-১৮৯৬ সি: ই:) গী মতম ১৮৭১ ইংদা ব্রিটিস ইন্দিযা গভর্ণমেন্টনা অগর্টালাদা মখোযগী এজেন্ট অমা থম্বা হৌখিবদগী অমদি মোগলশিংনা ব্রিটিসকী মখাদা লৈখ্রবগী তুংদা মনীংতম্বা ত্রিপুবাগী ৰাবী থুপচিনখি। লোইননা ১৯৪৯ ইংগী সেপ্টেম্বব তাং ৯দা ইন্দিযা গভর্ণমেন্টকা মর্জব অ্যাগ্রিমেন্ট অমা তৌনদুনা ভাবতকী মনুং চনখি।

**অঙনবা মতমগী অসাম** ঃ হৌজিক-হৌজিক মণিপুবগী খা, অৰাং অমদি নোংচুপকী ঙমখৈদা লৈবিবা অসাম, নাগালেন্দ, মিজোবাম অমদি মেঘালযা হাযবা লৈবাক অমত্তা, ইতিহাসকী ঙল্লিঙৈ মতমদা লৈবমদে। অসাম হাযবা ৱাহৈ অসিমক অহোমশিংনা অপ্পব অসামগী লমদম অসি খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহী চাদা খুন্দা- লৈতাববা মতুংদতা কৌনবকপা মমিং ওইনা তৌই। মসিগী মম্যাংদা লোৱাব অসামগী শককশিং অসিবু কামৰূপ হাযনা খংনবম্বগী ৱাফম থেংনৈ। মবম অদুনা ইতিহাসকী ঙল্লিঙৈ মতম অসিদা লমদম অসোমদা লৈবম্বা মৰুওইবা লৈবাকশিং অসি কামৰূপ, টুই-ফ্রা (ত্রিপুবা) অমসুং বোবোশিংগী লৈবাক মচা-মচাশিংনি। হাযবিবা লমদমশিং অসিগী মনুংদা খাসি-জযেন্তিযা হিলসকী শৰুক খবা নত্তনা অযাম্বা শৰুক্তি অ্যাষ্ট্রো-মোঙ্গোলোইদ অমদি সাইনো-টিবেটিযান ওবিজিন ওইবা, অর্য্যশিংনা কিবাটা হাযনা খংনবা, মীওইশিংনা অযাম্বা মফমশিংদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবম্মী।

অসিগুম্বা অ্যাষ্ট্রো-মোঙ্গোলোইদ অমসুং মোঙ্গোলোইদ

ওবিজিন ওইবা মীওইশিং অসিগী মনুংদা তম্পাক্তা খুন্দাবম্বা হাযবদি লোৱাব অসাম, জলপাইগুবি, কোচ-বিহাব, বেঙ্গোলনচিংবা মফমদা খুন্দা-লৈতাবম্বা মীওইশিং অসি, গঙ্গা-জমুনাগী লৈতেম মান্নবা লমদমশিংদা লৈবিবা হিন্দু অর্য্যশিংগা হেন্না নকশিন্নবা নৎত্রগা নকশিন্নহনবগুম তৌই। লোইননা লোৱাব অসামগী মফম খবদা অ্যাষ্ট্রো-মোঙ্গোলোইদ ওবিজিনগী মীওইশিংনা নিংথৌ ওইনা পানলম্বগী ৱাফমসু থেংনৈ। খুদম ওইনা কামরূপকী অহানবা লেজেন্দবি নিংথৌ অসি মহিবাং দানব কৌই হাযনা লৌনৈ। নিংথৌ অসিগী মতুংদা ঘাটক আসুব, শম্বব আসুব অমসুং বটনা আসুবনা মথং-মথং পানখি হাযনা পীবি। মমিংশিং অসি যেংলগা গেটনা মখোয অসি আর্য্য নত্তবা কাঙলুপকী মীওইশিংনি হাযনা থম্মী, "No details are given regarding these rulers but the applications Danab and Asur suggest that they were non-Aryans " (Gait, 2008 12) লেজেন্দবি ওইবা ৱাবী অসিগী মতুং ইন্না আসুবশিং অসিগী মথংদা মোঙ্গোলোইদ ওবিজিন ওইবা কিবাটা হাযনা খংনবা কাঙলুপকী মীওইশিংনা হৌজিক্কী গুৱাহাটি (প্রগজ্যোটিশপুব) দা পানখি। অসিগুম্বা কিবাটা নিংথৌশিং অসি অষ্ট্রোলোইদ (অষ্ট্রো-মঙ্গোলোইদ ওইবম্বা যাই) ওবিজিন ওইবা নাবাকা আসুব কৌবা নিংথৌ অমনা অমুক প্রগজোটিশপুব (হৌজিক্কী গুৱাহাটি)দগী মোঙ্গোলোইদ ওবিজিন ওইবা কিবাটাশিং তাম্থোক্লগা কামরূপকী নিংথৌ ওইখি অমসুং মহাভাবতকী লান্দা কৌববশিংগী মীচং চংখিবা ভগদত্তা অসি নবাকা আসুবগী মচানি হাযনা হিন্দুশিংগী মিথতা পীবি।

মতাং অসিদা পনবা যাবদি মহাভাবতকী লান্দা অচৌবা শকুক যাখিবা ঘটোকচা অসি কিবাটা কাঙলুপকী নিংথৌ শাগৈ ঘটাকা হাযবা অদুদা পোকপনি অমদি কিবাটা শাগৈ অমা ওইবিবা উটকাচাশিং অসিগা

ঘটাকাশিংগা পুনশিন্নববা মতুংদা ঘটাকচা (ঘটোকচা) হায়বা কাঙলুপ অসি থোবকপনি হায়না নগেন্দ্রনাথ বসুনা মাগী লাইবিক 'দ সোসিয়েল হিষ্টবি ওফ কামৰুপা' তা পীবি। ৱাবোল অসি মিথ (লাইওই-তিনওইব) গী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা ৱাফম ওইববসু, লমদম অসিগী হায়বদি লোৱাব অসাম অমসুং বেঙ্গোলনচিংবা মফমশিংদা খুন্দাবম্বা অমদি খুন্দাবিবা মোঙ্গোলোইদ ওবিজিনগী মীওইশিং অসি অযাম্বনা গঙ্গা-যমুনাগী তম্পাক্তা খুন্দাবিবা হিন্দু অর্য্যাশিংগা হেন্না নক্লবা মবী লৈনৈ নৎত্রগা লৈনহনলি হায়বসি উৎলি। ৱাফম অসিমক্তি লোৱাব অসাম অমসুং বেঙ্গোলদা খুন্দাবম্বা মোঙ্গোলোইদশিংবু, পান-হিন্দুইজমগী ৱাখল্লোন শন্দোক্লম্বা অর্য্যাশিংনা মখোযগী 'মিথ' মহাভাবত অমসুং অতৈ ৱাবীশিংদা পুশিনলম্ববা হাযবদুদি মখা তানা থিজিনবগী মথৌ তাবি। ৱাফম অসিগী মতাংদা এদৱার্দ গেটনা মাগী লাইবিক 'এ হিষ্টবি ওফ অসাম' দা অসুন্না থল্লি। "Numerous similiar instances occur in further India, and even in Java, where many of the events narrated in the Mahabharat have been given a local habitation (Gait,2008 15)

কামৰুপকী অহানবা ইতিহাসকী ওইবা নিংথৌ অসি খৃষ্টগী অহুমশুবা চহীচাদা ভৌমা-বর্মণ (বর্মণ) শাগৈ হাযনসু খংনবা নিংথৌ শাগৈ অসি হৌদোক্তুনা পানখিবা পুশ্যা বর্মন (২৭৫-৩০০ সি: ই:/ ৩৫০- ৩৭৪ সি:ই:)* নি হাযনা পীবি। শাগৈ অসিগী খ্বাইদগী চাওবা নিংথৌ অসি শাগৈ অসিগী অবোইবা নিংথৌ অমসু ওইবিবা ভস্কবা বর্মণ (৬২০-৬৫০ সি: ই:/৬০০-৬৫০ সি:ই:)* নি হাযনা লৌনৈ। মহাক কনৌজদা পানখিবা হর্সবর্ধন (৬০৬-৬৪৭/৬৪৮ সি:ই:)গী মতমগী নিংথৌনি। কামৰুপকী নিংথৌ ভস্কবা বর্মনগী ৱাফম 'হর্সচবিত্র' অমদি চাইনিজ লমকোইবা হিউইন্-সিযাং গী ৱাবোলদা যাওবনা, নিংথৌ

* ক্রোনোলোজিগী মতাং অসি লমায ৪৮গী ফুট নোটতা য়েংবীয়ু।

অসিগী ৱাবী-ৱাখোং ময়েক শেংহনলি। ভস্কবা বর্মণগী মথংদা সলা-সটাম্বা (৬৬৫-৬৭৫ সি: ই:) নিংথৌনা মাগী মমিংদগী লৌদুনা থোনবা সলা- সটাম্বা শাগৈ হৌদোকখি। শাগৈ অসিনা কামরুপ্তা চাওবাক্লা চহী চহুমলোমলোম, হায়বদি শাগৈ অসিগী অবোইবা নিংথৌ ট্যিাসা সিমহা (৯১৫-৯৩০ সি: ই:)গী মতম ফাওবা পানখি। নিংথৌ অসিগী মতুংদা ব্রর্মাপালা (৯৩০-৯৬০ সি: ই:/৯০০-৯২০ সি: ই:)*



সেন্ট্রেল শিবসাগরদগী কিলোমিটর মরিবোম চৎলগা, এ টি বোদতা লৈরিবা, অহোম নিংথৌশিংগী মক ওইবা কোনুং অমা ওইবম্বা 'টালাটাল ঘর'। ফোটো অইবা

না পালা শাগৈ লিংখত্তুনা শাগৈ অসিগী অবোইবা নিংথৌ ধর্ম্মা পালা (১০৩৫-১০৭৫ সি: ই:/ ১০৬০ সি: ই:)* গী মতম, খৃষ্টগী তরামাথোইশুবা চহীচা ফাওবা কামরুপ্তা পানখি। মথক্তা পঞ্জখ্রিবা কামরুপ্তা পানখিবা নিংথৌশিং অসিনা মখোযগী পাবী-পুবী অসি মিথোলোজিকেল হেবো নাবাকা আসুরদগী হৌবকপনি হায়না থম্মী। হিষ্টোরিয়ান নগেন্দ্র নাথ বসুনসু হায়বিবা মতম অসিদা কামরুপ্তা পানখিবা নিংথৌবোল কুম্বা অমদি নিংথৌ শাগৈ অহুম অসিবু পুন্না 'ম্লেছ শাগৈ' হায়দুনা পী। কামরুপ লৈবাক্লা লৈখা তাখ্রবা মতুংদা, হৌজিক্কী অপ্পব

* লমায় ৪৭ অমসুং ৪৮ দা পীরিবা কামরুপ্তা পানখিবা নিংথৌশিংগী ক্রোনোলোজি অসি অহানবগী অসিনা নগেন্দ্র নাথ বসুগী 'দ সোসিএল হিষ্টরি ওফ কামরুপা' অদুগা অনীশুবা অসিনা ৱিকিপেদিয়া (ৱেবসাইট)তা য়ুম্ফম ওইজবনি।

অসামগী লমদমদা চুটিযা, কছাবী, অহোম লৈবাক্লচিংবা অদুগা লোৱাব অসামগী লমদমনা কোচ-কমাটাকা, বাবো-ভুযান লৈবাক্লচিংবা থোবকখি।

অসামগী লমদমদা মণিপূবগী ঙমখৈগা তৎন-থানবা যাখিদবা শকুক অসি অপ্পব অসামনি। হাযবিবা লমদম অসিগী অযাম্বা শকুক অসি মতম কুইনা মণিপুবগী মনুং চনবা নৎত্রগা 'আউটব ফ্রন্টিয়াব' গী শকুক অমা ওইনা লৈবম্বদগী খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মতুংদগীদি লৈবাক মচা-মচা কযা মাইকৈ অসোমদা থোব্বকপা হৌবকখি। পনবা যাবা লৈবাকশিংগী মনুংদা চুটিযা (ছুটিযা) লৈবাক, অহোম লৈবাক অমসুং কছাবী লৈবাকনচিংবনি। হাযবিবা লৈবাকশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মথক থংবা অসামগী শকুক্তা লৈবম্বা লৈবাক অসি হৌজিক্কী টিনসুখিযাগী লমদমদা লৈবিবা সাদিযাদা কোনুং শেম্লগা পানলম্বা চুটিযা লৈবাক্নি। অদুবু চুটিযাশিং অসি মখোযগী নিংথৌ গৌবি নবাযনগী মতমদা খবা মথি ফোংলম্লবসু, ১৩৭৬ ইংদা অহোম নিংথৌ শুটুফা (১৩৬৯-১৩৭৬ সি: ই:) হাৎলুবদগী অহোমশিংগা উংখৎনবক্কুনা ১৫২২ ইংগী অদুৱাইদা চুটিযা লৈবাক থুপচিনখবে। মখা তাবকপদা ১৬৭০ ইংদদি চুটিযাশিং অসি অহোমগী মখাদা পুবা লৈখবে।

অপ্পব আসামগী লমদমদা চুটিযা লৈবাক্কা হেক থংনবদা লৈখিবা লৈবাক অসি অহোম লৈবাক্নি। অহোম হাযবিবা কাঙলুপ অসি চাইনাবোমদগী খুল থোবকপা, অপ্পব বর্মাগী মোং-মাও-বোং (পোং)লমদমদা খুন্দাবম্বা তাই/লাই/শানশিংগী কাইথবকপা মচেৎ অমনা হৌজিক্কী কাচিন ষ্টেটকী মনুংদা লৈবা 'লেদো বোদ' ফাওদুনা খুল হোংলক্লগা শেমখিবা লৈবাক অমনি। কাঙলুপ অসিগী লুচীংবা সুকাফা (১২২৮-১২৬৮ সি: ই:) না লমদম অসিদা থুংলবা মতমদা মাইকৈ অসোমদা অকনবা/অচৌবা লৈবাক অমত্তা লৈবমদে। ৱাফম অসিনা

মরম ওইদুনা ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদগী হৌনা লমদম অসি মণিপুরগী লমখৈ মনুং চনলম্বা 'আউটর ফ্রন্দিযার'গী শরুক অমা ওইরম্বা যাই হাইরসি মযেক শেংহনলি। সুকাফানা হৌজিক্কী শিবসাগর দিষ্ট্রিক্টকী মনুংদা লৈবা চারাইদেওদা কোনুং শেমদুনা পানখি। সুকাফানা পানবা মতমদা মহাক্কী লৈবাক্কী ঙমখৈ অসি চাওবাক্না অরাংদা বুর্হি দিহিং তুরেল, খাদা দিখৌ/দিখু তুরেল, নোংপোক্তা পটকাই চীং অমসুং নোংচুপ্তা টি-লাও (ব্রহ্মপুত্র) তুরেলনি। মতমগী মতুং ইন্না অহোম লৈবাক অসুম-অসুম চাওখৎলক্কুনা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী খোংলম তুংইন্না খা-নোংচুপলোমদা শন্দোরকখি। অদুবু মখোযনা মণিপুরগী লমখৈ মনুং চনলম্বা পটকাই চীংগী চীংথকলোমদা কাখৎলক্কুনা মণিপুরগী লৈঙাক্লোন্দা শীংনবা অমদি কৈদৌনুংদসু তৌখিদে।

অহোমশিংগী মথংদা লমখৈ পরিং অসিদা লৈবাক শেমদুনা পানখিবা কাঙলুপ অসি কছারীশিংনি। অহানবদা মখোযনা দিখৌ অমসুং দিমা (ধনশ্রী) তুরেল অনীগী মরক্তা লৈরম্বদগী অহোমশিংনা মথং-মথং তকথোরক্কুনা দিমাপুর (৮৩৫-১৫৩৬ সি: ই:), মাইবোং/ম্যাইবং (১৫৪০- ১৭৫৭) অমসুং হৌজিক কছারগী লমদমদা লৈবা খাসপুর (১৭৫৭-১৮১৩ সি: ই:) বোমদা মথং-মথং হোংলকখি। কছারীশিংনা মশক মচু থোকপা লৈবাক অমা ওইনা শাফোংলকখিবা অসি মথক্তা পঞ্জখিবগুম্ব খৃষ্টগী তরাহুমদোইশুবা চহী চাগী মতম অদুরাইদগীতনি। মমাংগী মতমদদি কছারী নিংথৌরোলগী ক্রোনোলোজিদা নিংথৌ পানখিবগী রাফম লৈববসু মমিংগীতা ওইনা খুল্লাকপা /খুল নিংথৌ ওইনা লৈরম্বগী রাফম ওইনা তৌই। টিবেটো-বর্মণ লোলদা য়ুম্ফম ওইবা, বোবোশিংগা হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা ট্রিপুরী-কছারীশিং অসিবু মণিপুরী মৈতৈশিংনা, ইতিহাসকী ঙল্লিঙৈ মতমদগী ময়াং নৎত্রগা ময়াং-থোংনাং হায়না খঙনদুনা লাকখি। হাইবিবা ময়াং-থোংনাংশিং

অসি মণিপুবী কাঙলুপ শেন্নকপদা তোংশিন-য়ানশিন্নখিবা অমদি মযাং- থোংনাংগী লুচিংবা কযা মণিপুবগী লৈঙাক্লোন্দা যাওখিবনা, মযাং-থোংনাংশিংনা লৈবম্বা লমদমশিং (শরুক খবা) মণিপুবগী ঙমখৈগী মনুং চনলম্বা যাবগী ওইথোকপা লৈ।

অদুবু মরু ওইবা ৱাফম অমদি অপ্পব আসামগী লমদমদা ব্রহ্মপুত্র তুবেল যৌনা ঙমখৈ শন্দোক্লম্বা মণিপুবনা খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মতুংদগীদি অহোমশিংগী লৈবাক্কী লমখৈগা অমগা অমগা খবা ননশিন্নবা (ওভবল্যাপ্পিং)লৈখিববা হায়বসিনি। ৱাফম অসিদা মিৎযেং থন্নকপা মতমদা লৈবাক অনী অসি অযাম্বা মতমদা মরুপ-মপাং, মবী-মতা ওইবগী লৈনবা মবীনা নম্না উই। খুদম ওইনা অহোম নিংথৌ সুহুংমুং[৩] (১৪৯৭-১৫৩৯ সি· ই·) গী মতমদা অহোম নিংথৌকোলগী নিংঙোল অমা মণিপুবগী নিংথৌদা থাজখি হায়বগী ৱাফম 'অহোম বুবনজী'দা মখাগী অসুম্না থন্নি। "Chaopha Shuhum offered a girl of Lanmakhru family, named Khukdang to the Raja of Keshe (Manipur) " (Buranji, 1985 77) ৱাফম অসি চৈথাবোল কুম্বাবদা পন্দ্রবসু মণিপুবগী নিংথৌকোলগী নিংঙোল অমা তেখাও (অহোম)গী নিংথৌদা মৈদিংঙু কবোম্বা (১৫২৪-১৫৪২ সি. ই ) গী মতমদা থাজখি হায়বগী মতাংদা মখা গী অসুম্না পীবি। "*তেখাও লৈমা খোংনাম্বী চঙখিএ। শামু তেখাওঙম্না খোকলকএ। তেখাও লুসুং অদুদৈ শাইএ।*" (কুম্বাবা, ২০০৫:২৪)। ৱাফম অসি লৈবনা অহোম নিংথেমনুবী অমা মণিপুবদা থাজবক্লবা মতুংদা মণিপুবগী নিংথৌবোলগী চনুবা অমসু অহোম নিংথৌদা থাজখিবগী ৱাফম ওইনা তৌই। "The Raja Chaomen, sent the Katakis Khrugdengkang and Nanangpalam with a princess as a return offier to the king, Shuhumpha Chaopha Shuhun informed his three queens of the matter They did not like it The princess was

[৩] অহোম বুবনজিদা অহোম নিংথৌ সুহুংমুং অসি সুহুম নৎত্রগা সুহুমফা হায়নসু পী।

received with honour " (Buranji, 1985 77)

মথক্কী ব্রাবোল অসিনা মণিপুরগা তেখাওগা লৈনবম্না মরী, নিংথৌকোল নিংঙোলশিং চাবৌ-মৌবৌনবা, খুদোলপোৎ পীনবা, খুৎশা, কলা-বিদ্য হৈবা মী অমগা অমগা ওন্নবা / তম্নবা, তেখাও (অসাম)তাবা তোইনা চৎনবা যাবা লম্বী (বেগুলব বোদ) অমা লৈবম্বা যাবগী ব্রাফম কয়া মযেক শেংহনলি। মসিদা নত্তনা মণিপুরীশিংনা তেখাও লৈবাক অমসুং মণিপুরগী মরক্তা চৎথোক- চৎশিন তৌবা মতমদা লম্বীদা নৎত্রগা, মনাক নকপা খুলশিংদা লৈবা প্রজাশিংনা অপনবা পীখিদবা, চৎনিংবা মতমদা চৎথোক- চশিন তৌবা যাখিবা /ঙমখিবা কয়া অসিনা তেখাও (অহোম) লৈবাক অমসুং মণিপুর য়ুমলোন্নবা লৈবাক অমা ওইখি হাযবসি তাকই। মসিগী মথক্তা লৈবাক অনী অসি শা- লালগী মতমদসু অমগা অমগা মতেং পাংনখিবা, মরুপ- মপাং ওইবা লৈবাক অমসু ওইখি। খুদম ওইনা মহারাজ জয় সিংহ (১৭৫৯- ১৭৬১ সি. ই: অমসুং ১৭৬৩-১৭৯৮ সি: ই:) গী মতমদা কোনবুরাং শাগৈ (১৭৫২-১৮৮৫ সি: ই:) গী নিংথৌ সিনবিয়ুশিন (১৭৬৩-১৭৭৬ সি: ই:) না ১৭৬৪ ইংদা মণিপুরদা লান্দাবক্কুনা মণিপুর লৌশিনখ্রবদা অহোম নিংথৌ সুবেমফা (সর্গদেও বাজেশ্বব সিংহ)না ১৭৬৫ অমসুং ১৭৬৮ ইংদা মতেং পাংলকখিবগী মতাং, মখা তাবকপদা মোও- মাবিযা (মাও-মাবিযা) গী লালনা অব্রাবা তাববা অহোম লৈবাক্তা মণিপুরনা ১৭৯২ ইংদা লাম্মী তেঙ্গোল থাদুনা মতেং পাংলুবা কয়া অসিনা তাই/লাই/শানশিংগা হৌবকফম- কাঙফম মান্নবা অহোমশিং অমসুং মণিপুরগী নিংথৌশিংগী মরক্তা তৎন-থানবা যাদবা মরী অমা লৈনখিবগুম তৌই। মণিপুরনা ১৯৭৪ ইংদা অহোমশিংগী মতেং পাংখিবগী মতাংদা ফ্রানসিস হেমিল্টন্না অসুম্না থম্লি। "When Major Wood was in Asam 1794, a party of the Monipur people called Magalus (Meckley R ) had come

to the assistance of Gaurinath, " (Hamilton, 1987 82)

অতোপ্পা ৱাফম অমনা খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মমাংদা মণিপুবীশিংনা মখোযগী লৈবাক্কী ঙমখৈ লেংদনা থম্লবা অমসুং 'আউটব ফ্রন্দিযাব' শন্দোক্লবগীদমক হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা, মচিন্মনাও ওইবা অপ্পব বর্মাগী তাই/লাই/শানশিংগা তোইনা লাল শোক্লবন্বা অদু হাযবিবা চহীচা অসিগী মতুংদগীদি বর্মিজ নিংথৌশিংগা লাল শোক্লবনা মরু ওইবা থবক ওইবকখি। শন্না হাযবদা খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মতুংদগীদি মণিপুবগী নোংপোকলোমদা বর্মিজ লৈবাক অমসুং নোংচুপলোমদা অহোম হাযবা খুৎকল-পাঙ্গলবা লৈবাক অনী মাইযোক্লবা তাবকপদা, হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা, খবা হেন্না নক্লবা অহোমশিং নাথৈবন্নগা বর্মাবোমদা ওনশিনখিবা মানলি। অমবোমদা অহোমশিংসু মণিপুববোমদা মাই ওনশিনলকপগী মহুত্তা, ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিদা মপু পান্দনা লৈবন্বগা চপ মান্নববা, ব্রহ্মপুত্র তুবেল তম্পাক্কী লৈহাও চেনলবা লমদম লোৱব অসামলোমদা কুমথখিদুনা মোগলশিংগা থেংননবা হোৎনবনা মরু ওইবা থবক ওইখি।

অসুম্না অঙনবা মতমগী মণিপুবগা যুমলোন্নবন্বা লৈবাকশিং যেংলুবগা মণিপুবগী ঙমখৈ অসি ইতিহাসকী অযান্বা শরুক্তা, মণিপুবগী অৱাং-নোংচুপ্তা আসামগী লমদমদা লৈবিবা পটকাই চীংগী নোংচুপ থংবা চীংখোং-চীংযা, অৱাং- নোংপোক্তা শান/কাচিনশিংগী হুক্বাং ভেলি, নোংপোক্তা নিংথি তুবেলগী ৱাংমদা লৈবিবা শানশিংগী পোং লৈবাক, খাদা আবাকান/পেগু/মোনশিংগী লৈবাক অমসুং নোংচুপ্তা ত্রিপুবী/কছাবীশিংগী লৈবাক্লা মণিপুবগী ফ্রন্টিযাব বাউন্দবী ওইখি। ❑

# ৩. হৌখিবা মতমগী মণিপুরগী ঙমখৈ

নীংতম্লবা মণিপুবগী অহানবা, 'মণিপুব ষ্টেট অ্যাসসেমব্লি' হৌদোকপা নুমিৎ, ওক্টোববগী তাং ১৮, ১৯৪৮ ইংদা, মণিপুবগী নিংথৌ মহাবাজ বোধ চন্দ্র (১৯৪১-১৯৫৫ সি·ই·) না মণিপুবগী পাক - চাওববা ঙমখৈগী মতাংদা চাওথোক্লা মীযামদা লাওথোকখি, "Read her political history from 24 A D She had her dominion over a wide area extending as far as the southern portion of China in the north, the gold mines in the Sibasagar valley, the river Chindwin in the east and south, and Chandrapore (Cachar) in the west" (Sanajaoba,




চাইনা, বর্মা, বেঙ্গোলনচিংবা লৈবাকশিংগা য়ুমলোন্নবা উৎলিবা পাক- চাওববা মণিপুবগী ঙমখৈ উৎপা মেপ। মেপকী সোর্স শিলোং ১৯৪৯ (২০০৫), ময়েংবম অনন্দমোহন সিংহ। (পাক-চাওববা মণিপুবগী ঙমখৈগী মপাদা MANIPUR হায়না ইশিন্দুনা উৎপা)।

993 435-436) হৌজিক্কী মীবোলনা ৱাফম অসি তাবদা অঙকপা যাওদবা নত্তে। কবম্না,কনাগী মতমদা মণিপুরগী অসুক পাক-চাওববা ঙমখৈ অমা লৈবম্বনো ? লৈবমদবা তাবগনা নীংতম্লবা লৈবাক অমগী অহানবা ষ্টেট অ্যাসসেমব্লীগী মীফম অমদা, লৈবাক অমগী নিংথৌ অমনা, অসিগুম্বা ৱাফম অমা মহাক্কী প্রজাশিংগী মফমদা কবম্লা থমখিবনো? ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম থিবা তারকই। লাইওইখ্রবা ইপা-ইপুশিংনা লোংনা-থুপ্লা তুংগী মীবোলগীদমক থম্বীবম্লবা, পুৱাবী অমদি মতমগা চুনববা, মবী লৈনবা লাইবিক- লাইশু কযা হঙ্গৎনা যেংবগী তঙাই ফদবা লাকই।

মতম অমদা লৈবম্বা মণিপুরগী পাক-চাওববা ঙমখৈগী মতাংদা, মণিপুরদা ব্রিটিসনা পাল্লিঙৈ মতমদা, মণিপুরগী জোইন্ট কম্মিস্নাব ওইবম্বা কেপন্টেন পেম্বর্টন্না মাগী লাইবিক 'দি ইষ্টর্ন ফ্রন্টিযাব ওফ ইন্দিযা' দা অসুম্না ইবি। "The territories of Munneepoor have fluctuated at various times with the fortunes of their princes, frequently extending for three or four days' journey east beyond the Ningthee or Khyendween river, and west to the plains of Cachar" (Pamberton, 2000 20) অমবোমদা অমুক মণিপুরগী নোংপোক থংবা ঙমখৈ অসি নিংথি (চিন্দৱিন) তুবেলনা ওইবম্মী হাযবগী মতাংদা মাইকেল শ্যাম্সনা মহাক্কী লাইবিক 'এন একাউন্ট ওফ এন এম্বেসি টু দ কিংদম ওফ অভা' হাযবা অসিদা, বর্মাগী নোংচুপ থংবা ঙমখৈ তাক্লকপা মতমদা অসুম্না ইবি। "On the N W it is separated from the kingdom of Cassay by the river Keen-duen" (Symes, 1800 3)

ইতিহাসকী তাক্কক অমদা মনিপুরগী ঙমখৈ অসি অৱাংদা অসাম, নোংপোক্তা (অৱাং- নোংপোক্তা) সিংপো / জিংপো (কাচিন) শিংগী লৈবাক অমদি নোংচুপ্তা কছাব যৌনা শন্দোক্লম্বগী মতাংদা ফ্রান্সিস

হেমিল্টন্না মাগী লাইবিক ‘এন একাউন্ট ওফ অসাম’ দা মখাগী অসুন্না থল্লি । " there can be little doubt that Manipur or its dependencies are bounded on the east by Nora and Chingpho, on the north by Assam, and on the west by Kachhar " (Hamilton, 1987 83) মালেমনা শক খংলবা অর্কিওলোজিষ্ট এ: কে: শর্ম্মানা মাগী লাইবিক, ‘আর্লি মেন ইন ইষ্টর্ন হিমালাযাস’ দা ইম্ফাল তুবেল অসি টোলেমিগী ‘মিনো’ তুবেলনি হাযনা ইবি, "The Imphal or Manipur river (Minno of Ptolemy) traverses the valley of Manipur, starting from hills to the north of the valley flowing through the Chin Hills and then joins the Chindwin in Burma " ( Sharma, 1996 38) । ব্রাফম কযা অসিনা মণিপুব হাযবা লৈবাক অসি ঙল্লিঙৈ ইতিহাসকী মতমদগী হৌনা পাক-চাওববা ঙমখৈ অমা লৈবক্লবা, মালেম্না শক খংলবা লৈবাক অমনি হাযবসিসু তাক্লি।

**মনিপুবগী নোংপোক অমসুং খা- নোংপোক ঙমখৈ :** অবিবা লাইবিকশিংদা মণিপুবগী খা-নোংপোক থংবা ঙমখৈ অসি, মণিপুব তুবেল অমসুং নিংথি তুবেল অনীগী ইতিন্নফম, বর্মা (ম্যানমাব)গী মনুংদা লৈবিবা কালে(কলেব্রা)গী লমদম অসি যৌবম্মী হাযবসিসু ডা: হাওবম বিলাসিনিনা ইদিট তৌবগা ফোংবা ‘নিংথৌবেল লম্বুবা’ অনীশুবা শরুক্তা ইবিবা, *“হাওবৈ নোংপোকলা পাংবাবম যিংথি লাইজ ঈবম যিন্না অযুম পোইবৈ মৈতৈ- ঈ চীংঙু নোংথৌ সোবাবেলনা মমোম নোংবাল্লোন্ নোংমোইনু অহোংবীদা ললওল্লকপা যি নোংবাল্লোন নোংমোইনু অহোঙবী তুসাকোল্ তুবেল লোকচা থাংব্রাই সাবেন্ থংলোন যিগা চাকপা অংগঃ ঈ যিংথি যিযাচাও চোইনৌ সনা পোকপা যিগা লাইজ যিবম ২ মকপু... ”* (বিলাসিনি, ১৯৯৪:২) হাযবা অসিনা, লমদম অসি খৃষ্টগী অহানবা চহীচাগী মতম অসিব্রাইদা, অঙোম নিংথৌ পুবৈবোম্বগী ওইবম্না লমদমনি হাযবসি তাকই।



মতম চুপ্পদা মণিপুরগী নোংপোক ঙমখৈ পবিং ওইদুনা লাকখিবা হৌজিক্কি বর্মাগী মনুং চনখ্রবা নিংথি (চিন্দৱিন / চিন-দুই) তুরেল। ফোটো অইবা

অসুম্না অঙোম নিংথৌ পুৰেবোম্বনা মচানুপী নোংমোইনু অহোঙবী মৈদিংঙু খুইয়োন তোমপোক (১৫৪-২৬৪ সি.ই:)তা থাজবা মতমদা উনখিবা মণিপুর তুরেল অমসুং নিংথি তুরেল অনীগী ইতিনফম যাওনা অঙ্গোচীং অমসুং নিংথি তুরেলগী নোংচুপ থংবা লমদমশিং অসি, ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদগী মণিপুরগী লমখৈ মনুং চনলম্মী হায়বগী মতাংদা, 'যাংবী-থিবেন' কৌবা পুযাদসু অসুম্না ইবি। ". *অংগো চিংজাও পোকপা কুপত্রেং সনা মহিনা অঙোম পোকএ।*"(যোইঙাম্বা, ১৯৯৫:৬৫)। অমবোমদা সনামহিগী মিংখৈবোল চাম্মা হুম্ফুনীপালগী মনুংদা 'অংকো' নৎত্রগা 'অঙ্গো' হায়বসিসু অমা ওইবনা, অঙ্গোচীং অসি মণিপুরী মৈতৈশিংগী থাদোক্লবা যাদবা মফম অমা ওইনা লৈবকই হায়বসি তাকই। মতাং অসিদা পনবা যাবা অমনা, হৌজিক বর্মাগী মনুংদা লৈখ্রবা অঙ্গোচীংগী মমিং অসি ফাওবা মণিপুরীশিংনা কৌখিবনি হায়বগী মতাংদা 'বর্মা গেজেটিয়ার, অপ্পর চিন্দৱিন দিষ্ট্রিক্ট (ভোল. এ)' দা অসুম্না ইবি। "The Shans and Burmese are plain dwellers, and



মণিপুবগী কংপাত খুলদগী কিলোমিটব তবাহুমদোইবোম নোংপোকলোমদা চৎলগা লৈবা ম্যানমাবগী ফাইলেন খুলদগী নম্বা, মতম অমদা মণিপুবগী ওইবম্বা অঙ্গো (অঙৌ) চীং অমসুং কবো ভেলিগী শরুক অমা। যোটো (২০১৩) অইং

rarely give names even to the mountains which they see everyday Accordingly there is no name in Burma for this range but the Manipuris call it the Angaw Ching or Angaw Mountains " (Grant. 1960-83-84) ৱাবোল অসিনা অঙ্গোচীংগী মমিং অসি 'অঙোম' নৎত্রগা 'অঙৌ' হাযবা অসিদগী লৌদুনা কৌখিবা/থোনখিবা ওইবম্বা যাই। মবমদি অঙোম নিংথৌশিংবু 'অঙৌ' নৎত্রগা 'অঙৌপানবা' হাযনা খংনবম্বগী ৱাফম লৈ।

মনিপুবগী নোংপোক অমসুং খা নোংপোক মাইকৈবোমদা লৈবিবা বর্মাগী লমদমশিং অসিদা নত্তনা মনিপুবগী নোংপোক মাইকৈদা লৈবিবা হৌজিক্কা উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চনখ্রবা কসোম, লম্বুই, সোকপাওনচিংবা অবিবা খুঙ্গংশিং অসি অঙোম নিংথৌ পুবৈবোম্বগী মতমদগী হৌনা মহাক্কী লৈবাক্কী মনুং চনলম্মী হাযবসিসু 'নিংথৌবোল লম্বুবা' দা ইবিবা মখাগী ৱাবোলশিং অসিদগীসু খবগী মখৈদি খঙই।

*"হাওবৈ নোংপোক লাইনা পাংববম অঙৌবা পুবৈবোম্বনা থৌদু নুঙলেন লৈসেমচীং খোইমোম চীঙখোঙ পুথিবনা তালোই মকুম্বী তোন্নেম নুংকাংচনু নুংসাং খোংনাংচনু ও মক্তা তাল্লোইনুযিনপাবম ... লোইবী মচীং কানা কসোম তানতা লমপুই খংনদা সোকপাও মনিল নাইবা হেম্বা খুনকং ও মকপু .।"* (বিলাসিনি, ১৯৯৪ ·৬) হাযবিবা ৱাফমশিং অসিনা, হৌজিক্কী উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চনবা থৌবাল তুবেলগী হৌবকফমলোমদা লৈবিবা কসোম, লম্পুই, সোকপা ওনচিংবা খুলশিং অসি অঙোম নিংথৌ পুবৈবোম্বনা শেন্বা মফমশিংনি হাযবা তাক্লি । অঙোম নিংথৌ পুবৈবোম্বা, তাংখুল অমসুং মৈতৈ হাযব অমা থাইনদ্রিবৈ মতমদা লৈবম্বা, হৌজিক্কী উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টকী লমদম যাওনা বর্মাগী নিংথি তুবেল ফাওবগী মনুংদা (হেনলম্বসু যাই) লৈবিবা লমদমদা পানলম্বা নিংথৌ অমনি । নিংথৌ অসিনা মনিপুবগী কংলাদা পানখিবা নিংথৌজা (নুং নাং)শাগেগী নিংথৌ নোংদা লাইবেন পাখংবগী লৈঙাক্লোন্দা যাওখিবনা মবম ওইদুনা, নিংথৌ অসিগী লৈবাক্কী মনুং চনলম্বা পাক- চাওববা লমদম পুম্নমক, নিংথৌ অসিগী মতমদগী হৌনা মণিপুবগী ঙমখৈগী মনুং চনখি হাযনা লৌবা যাই।

মনিপুবগী অৱাং- নোংপোকলোমদসু হৌজিক বর্মাগী মনুং চনখ্রবা কাচিন ষ্টেট অমসুং সাগ্যাইং দিবিজনগী মনুংদা লৈবিবা হুক্কাং ভেলি যৌবম্মী হাযবসি ওবেল হিষ্টবি (চীনবুং পুৱাবী) অমদি অতৈ সোর্স কযাদগীসু খংবা ঙম্মী । 'পোইবৈতোন খুন্থোকপা' কৌবা লাইবিক্তা যাম্না লোৎনা- থুপ্পা (অ্যালেগোবিকেল) ওইনা শক্লোন লৌবিবা ৱাবা হাযবসি চেংলৈনি, তোকপা হাযবসি লুৱাংনি অমদি শবি হাযবসিনা ঙানবা খমচিংকোননি হাযনা 'লৈহৌ নাউফমলোল' কৌবা পুযাদা ইবি। পোইবৈতোন খুন্থোক্কী মতুংইন্না তোকপনা ৱাববু ফাদুনা চাথোক্লবদা শবিগী শক্তম ওইনা উৎলিবা ঙানবা খমচিংকোন্না, লৈনুং লমদা চৎতুনা

লৈনুং থোঙাবেল কৌথোক্লুবা, থোঙাবেলনা খুল থোকসি য়াদ্রবদা থোঙাবেলগী মনাওনুপা চীংখোং পোইবৈতোননা খুল থোবকপা, মতুং তাবকপদা থোঙাবেলগী মনাওনুপা চীংখোং পোইবৈতোননা পাখংবগী মখুত্তা মাইথিববদা, থোঙাবেল লাক্কুনা মচল ইবেম্মা লাইস্নাবু পাখংবদা থাজখিবা কয়া অসি যেংলুবগা খম-নুংগী নিংথৌ থোঙাবেলনা, নোংদা লাইবেন পাখংববু মথক থোংবা নিংথৌ অমা ওইনা শক খঙখিববা হাযবসিনি। অসিগুম্বা খমনুংগী লমদম অসি মৈতৈগী লৈহৌ- নোংহৌ ৱাবীদা থাদোক্লবা যাদবা মফম অমা ওইদুনসু লাকই। খুদম ওইনা "... *চীংঙু খোইযুম অশিবনা লৈশাতাউ, নোংশাতাউ, লৈখোমতাউ, নোংখোমতাউ কৌব লাই মবিমকপু মালেম মাযকৈ মবি লৈঙাকহল্লগা ১) মালংকোন, ২) মালৈকোন, ৩) পোংলৈকোন, ৪) লৈনুংকোন, ৫) লৈখাকোন, ৬) খমলৈকোন অমসুং ৭) খমুংকোন কৌবা মালেম*




MAP 16 Eastern Myanmar border with Yunnan Siam and French Indochina

অপ্লব বর্মাগী য়ুনানগা তাইনবা লমদমশিংদা লৈবিবা খা অমসুং শেনৱী (শেনবী), লাই- কা (লৈখা) নচিংবা উৎপা মেপ। মেপকি সোর্স শান ষ্টেট, অং- সাই- টুন

*লৈবোল তবেৎমক শেঙ্গা লোইখি।"*(নীলবীর, ১৯৯৯:৪)।

লৈহৌ-নোংহৌ পুযাগী ৱাবোল অসি ইতিহাসকী মচাক্লা থন্না যাওববা ৱাবোলনি হায়বসি, ৱাফমশিং অসিদা যাওবিবা 'পোংলৈকোন' মৈতৈশিংনা নিংথি তুবেলগী নোংপোক্তা লৈবা যুনানিজ শানশিংবু পোং হায়না খংনবগ্বা, 'লৈখাকোন' হায়বগা হৌজিক বর্মাগী মনুংদা লৈবিবা সাউর্দন শান ষ্টেট অসিবু মতম অমদা লৈখা হায়না কৌনবগ্বা, 'খমলৈকোন' অমসুং 'খম্লুংকোন' হায়বগনা হৌজিক বর্মাগী মনুংদা লৈখ্রবা মতম অমদা টিবেটকা থংনবগ্বা 'খম' বিজনগী লমদম অসি ওইবগ্বা যাই হায়বগী ৱাফম লৈবনা, পুযা অসিদা পল্লিবা লমদম তবেৎমক, মতম অমদা পাক- চাওববা মণিপুরগী মনুং চল্লম্মী হায়না লৌবা যাই। খমনুং সৱাগী লমদম অসি তাংদাংবা মফম লেপ্পা ঙমদ্রবসু, চাওবাক্লা ইন্দিযা, চাইনা (যুনান) অমসুং বর্মাগা তাইনবা /থংনবা লমদম অসিৱাইদা ওইবগ্বা যাই হায়না লৌনবি। হিষ্টোবিযান ৱাহেংবম ইবোহলগী মতুং ইন্নদি, Kham-nung Sawa in the trijunction of Tibet, Burma and Assam " (Ibohal, 1986 78) হায়না পীবি। লমদম অসি হৌজিক্কী হুক্কাং ভেলি লৈবিবা মফম অসিগা চাওবাক্লা মান্নে। তশেংনমক হায়ববদি হৌজিক্কী অৱাং থংবা বর্মা অমসুং খা-নোংপোক থংবা যুনানগী শরুক খবা অসি মতম অমদা টিবেটকী মনুং চনলমবা 'খম' বিজনগী শরুক অমা ওইবম্মী অমসুং মনিপুরগা যুমলোন্নবম্মী।

মখা তাবকপদা খমনুং (খম- নুং) হায়বসি 'খম' লমদমদা লৈবগ্বা 'নুং' কৌবা মীওই কাঙলুপ অমদগী লৌবগা, অপুনবা মমিং অমা ওইনা *কৌখিবা/থোনখিবা ওইবগ্বা যাই অমদি খমনুংগী নিংথৌ হায়বদি,* খমনুং-চাওফা নৎত্রগা শ্যাবৱাদগী লৌদুনা খমনুং-সৱা কৌখিবা ওইবগ্বা যাই হায়বসিনি। 'নুং' নৎত্রগা 'জুং' শিং অসি খৃষ্টগী মমাং তরুকশুবা চহীচাগী মতমদা চিন (Ts' in) শিংনা চাইনিজ লৈবাক শন্দোবকপদগী

কানসুগী খা- নোংচুপ থংবা টিবেটকী মাইকৈবোমদা মাংখি হায়না শানশিংগী মবমদা নিংথিনা নৈনবিবা প্রো:টি:দে: লকৌপ্যোবিনা, এ· আব: কোলকুহোনগী লাইরিক 'এথনিক হিষ্টরি ওফ দ শানস' কী ব্রাহৌদোক পীবদা যাওবি । হায়বিবা 'নুং' নৎত্রগা 'জুং' শিংগী মশা অমা মনিপুরবোমদা চৎখি /লৈখি হায়বগী মতাংদা লাইরিক অসিমক্তদা অসুম্না ইবি, "The descendants or modern representatıves of the Jung, , more westwards an ımportant ethnologic part of the Munıpur-Chıttagong and of the Kırantı groups, "(Colquhon 1985 xL) শ্যাম সোসাইটিগী চেফোং অমদা যাওবা, 'দি থাই পিপল' হায়বা হেদ্দিংগী মখাদা ইবা আর্টিকল অমদা, 'নুং' শিং অসি চাইনাগী তাই কাঙলুপ অমনি হায়না পীবি। বর্মিজ স্কোলার উ মিন নাইংনা ইবা 'নেম্নেল এথনিক গ্রুপস ওফ ম্যানমার' দা 'নুং' শিং অসি ব্রিটিস রেকোর্দ খবগী মতুং ইন্না ম্যানমারদা বাৱাং কৌই, কাচিন ষ্টেটকী হুক্কাং ভেলিদা খুন্দাই হায়না পীবি। (উ মিন, ২০০০:১৮)প্রো· গাংমুমৈনসু মণিপুরী মৈতৈশিংগী মপা-মপুশিংনা মতম অমদা হুক্কাং ভেলিদা খুন্দারম্বগী মতাংদা জি: এ· গ্রিয়র্সনগী ৱাফম পনল্লদুনা অসুম্না থম্মী । " the ancestors of the Meıteıs were among theır kınsmen who mıgrated from Chına to upper wateı s of the Irrawaddy and Chındwın rıvers of upper Burma They lıved ın Hukwang valley, the present land of the Kachıns before they moved ınto the Manıpur Valley " (Gangmumeı, 1991 17) ৱাফমশিং অসি য়েংলুবগা খম-নুংগী লমদম অসি, বর্মাগী হুক্কাং ভেলি নৎত্রগা মসিগী মনাক্কী লমদমশিংদা লৈবম্বা যাই হায়বসিনি।

অমবোমদা পোইবৈতোন্না খমনুং-সৱাদগী খুল থোবকপা অসি, মনিপুরগী জেসামী অমসুং নাগালেন্দগী মেলুরী অনীগী মরক্তা চেনলিবা বর্মাগী নিংথি তুরেলদা তাবা টিজু তুরেলগী খোংলমদা হাইগৎলক্লগা

ইবিল/লিনৱাই তুবেল নৎত্রগা থৌবাল তুবেলগী খোংলম মতুং ইন্না লাক্লমবা য়াবগী মতাংদা শ্রীখুমল্লস্বম যাইমা সিংহনা ফোংবা 'পোইবৈতোন খুম্হোকপা'গী লাইহল্লবা মৈতৈলোন্দা অসুম্না থল্লি, *"চিংখোং পোইবৈতোন অসিনা অহানবা লাকপা নোংপোক মৈবম পাংবা চীংদগী লাক্লগা মখা মাযকৈগী চীংদা চীংগী খুঙ্গং মশীং শুনা চৎলম্লগা মৈতৈ তম্পাক যৌবগা অমুক নোংপোক্কী চীংযাদা থুংনা অমুক চৎখি।"* (যাইমা, ১৯৭১:৩৯- ৪০)।



মণিপুবগী অৱাং খম থেংবা নাগালেন্দগা তাইনবা জেসামিগী মফম অমদা চেনক্লিবা অপ্লব বর্মাগী চিন্দৱিন তুবেলদা তাবা টিজু তুবেল। ফোটো (২০১৩) অইবা

থৌবাল অমসুং ইবিল তুবেলগী হৌবকফম অমা ওইবিবা মরু অসিগা নিংথি তুবেলদা তাবিবা টিজু নৎত্রগা টাই-হো তুবেল অসিগা, উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টকী ঙাবী খুল্লেনগী মমাংদা লৈবিবা পাওযি অমসুং চীংজাবোইগী মবক্কী লমদম অসিৱাইদগী অমনা বর্মাবোমদা জেসামী, মেলুবী, লালুবী অমসুং অমিমীনচিংবা লমদমশিংগী মনাক্তা ফাওদুনা

চৎথ্রগা, হুকাং তম্পাক্কী মথক্তা লৈবিবা চীংশাংশিংদগী হৌবকপা নিংথি তুবেলদা তাখি। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি তুবেল অসি বর্মাবোমদা তাখি/তাখিদে হায়না চন্দ্রকীর্ত্তি (১৮৫০- ১৮৮৬ সি:ই:) মহাবাজগী মতমদা ব্রিটিসকা য়েৎনবকপগী মতাংদা 'চৈথাবোল কুম্বাবা' দা অসুম্না ইবি। *"হাওনদি ঙাবী কৌবা, সাহেবনদি নবিযা কৌবা, মৈতৈনদি লাই ই তুবেন কৌবা অদুনা অৱাং পাংনা চেনখৎলক্কুনা থাশিমৈ খুনৌগী নোংপোক পাংবা অদুদা তুবেল ২ মা তিন্নদুনা নোংপোক মখা পাংনা চেনখিদুনা অৱাদা তাখিবা অদু উববদা হল্লকএ।"* (ইবুংঙোহল, খেলচন্দ্র, ১৯৮৯:৪১৭) অদুগা ইবিল তুবেল অমসুং থৌবাল তুবেলনা মফম অসিৱাইদগী হৌবল্লগা, মণিপুব তম্পাকলোমদা থোল্লকপনা, হুকাং ভেলিদগী খুল হোংলকপা মীওই কয়া, লম্বী অসোমদা লাক্লম্বা যাবগী ওইথোকপা লৈ। থোঙাবেলগী লৈবাক হুকাং ভেলিগী লমদম অসি তাইবং (তাই- পোং) লৈবাক ওইবম্বা যাই হাযবগী মতাংদা পি : গোগোইনা মখাগী অসুম্না থল্লি। "Even to this day the Hukawng Valley is known to the Tai people as Mao-Pong Tai Pong, it is believed, is another name for Mao-Pong and it extended from Kameng (Ka-maing), which was twenty-five miles north-west of Mong-Kawng, to the Patkai" (Gogoi, 1999 252) মবম অসিনা থোঙাবেলনা পাখংবগা যানদুনা মণিপুব তম্পাক্কী মখা থংবা শকক্তা লৈখিবনা, মহাক্কী লৈবাক খমনুং সৱাগী লমদম হাযবদি হুকাং ভেলিগী লমদম অসি নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদগী হৌদুনা মনিপুবগী ঙমখৈ মনুং চনলম্বা যাই হাযবা ৱাফম থমজবি।

নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতুং তাবকপা নিংথৌশিংগী মতমদসু নিংথি (চিন্দৱিন) তুবেলগী ৱাংমা ফাওবা মণিপুবগী 'পোলিটিকেল বাউন্দবী' নৎত্রগা 'আউটব ফ্রন্টিয়াব' শন্দোক্লম্বগী ৱাফম লৈবি। লমদম

অসি অযাম্বা মতমদা মণিপুবগী শকুক অমা ওইদুনা লাকই হাযবসি 'বর্মা গেজেটিয়াব, অপ্পব চিন্দবিন দিষ্ট্রিক্ট' তা ইবিবা মখাগী ৱাবোল অসিদগী খংবা ঙম্মী। "During the reign of Tarokpyemin in the thirteenth century, when Burmese kingdom lost many of its outposts, it was subdued by the Manipuris, and it seems to have paid tribute to Manipur until the conquest of that state by Alaungpaya (1753-1760) " (Grant, 1960 10-11) গেজেটিযাব অসিদা ইবিবা ৱাফমগী মতুংইন্না তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী থৌদোক অসিগী মমাংদসু, বর্মিজ ইবা (বর্মিজ চহী) হৌবা মতম, (৬৩৮ সি.ই.) হাযবদি খৃষ্টগী তবেৎশুবা চহীচাদা, বর্মিজশিংনা বর্মাদা শক্তি লৈবা কাঙলুপ অমা ওইনা শাফোংলকত্রিবৈঙেদা 'নিউ যাজাগ্যিও'[1] হাযনসু খংনবা মখোযগী অবিবা কোনুং নিউপেত অসি, মণিপুবীশিং অমসুং চিনশিংনা মাং-তাকহনখি হাযবগী মতাংদা অসুম্না ইবি, "About the begining of the present Burmese era (AD 639) the place is said to have been destroyed by Manipuris and Chins, and a new seat chosen at Teinnyin with the assistance of the Mohnyin Sawbwa " (Grant, 1960 9)

মণিপুবগী নোংপোক থংবা মাইকৈ অসোমদা ঙমখৈ শন্দোকপা অমসুং হান্না লৈবম্বা মফমশিং অমুক হন্না লৌশিনবগী থবক অসি মনিপুবগী নিংথৌশিংগী তৌদবা যাদবা থৌদাং ওইবকখি । মৈদিংঙু কিযাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮ সি· ই:) গী মতমদা পোং নিংথৌ চৌফা[2]

[1] য়াজাগ্যিও হান্না নিউপেট হাযনা খংনবম্বা যাজাগ্যিও অসি অপ্পব চিন্দবিন দিষ্ট্রিক্টকী মনুংদা লৈবা কলে টাউনসিপকী থেভেন্যু সার্কল অমনি। মমাংঙৈগী মতমদা শান নিংথৌ মচা-মচাশিংনা কোনুং শেমদুনা পা ালম্বা মফম অমনি। ব্রিটিসনা বর্মা লৌশিনলবা মতুংদা ১৮৯৩ ইংদা কলেৱাদা হোংদ্রিবৈঙেদা, মতম খবা কলে-কবো সব-দিবিজনগী হেদ ক্বাটব ওইবম্বা মফমনি। (সোর্স ক্কোট, হার্দিমান, গ্রান্ট ব্রাউন) ।

[2] চৌফা খেকখোম্বা মণিপুবগী ইতিহাসতা চৌফা খেকখোম্বা হায়না খঙনবা পোং নিংথৌ অসি হৌজিক কাচিন ষ্টেটকী মনুং চনশ্রবা মোহয়িন (মোং- য়াং) অমসুং মোগুয়াং (মোং- ক্বাং)গী লমদম অসিবাইদা কো ুং শেমদুনা মোং- মাও- বোং (পোং) লৈবাক্সা পানথিবা মু- হুং- খুম/চৌ- হু- মু/সু-হেপ-ফা হায়নসু খংনবা পোং নিংথৌ সাও- হুম- ফা (১৪৬১-১৪৯০ সি ই ) অসি ওইবা য়াই হায়না থমজনিংই। (সোর্স সাই- অং- টুন, পেম্বর্টন, গোগোই, চৈথাবোল কুম্বাবা)।

(চাও-ফ্রা/শ্বাওবা) *খেকখোম্বা* (শুহুংখুম /চৌ- হু- মু)গা মৈদিংঙু কিয়াম্বগা অনীগী অপুনবা লাম্মীনা অপ্পর বর্মাগী কবো ভেলিদা * লৈবা শানগী লৈবাক অমা ওইখিবা 'কবো কিয়াং' অমুক হন্না লৌশিনলম্মী অমসুং নিংথৌ অনীনা যেন্নবম্মী। নিংথৌ অনীনা য়ানবগী মতুং ইন্না, চিন্দৱিন অমসুং মু তুবেলগী মবক্তা লৈবিবা নোংপোক্তা নোৱাজিবি ফাওবা শন্দোক্লিবা চীংশাং পবেংনা লৈবাক অনীগী ঙমখৈ ওইখি । খাবোমদনা ঙমখৈ অসি মিযাটোৱাং নৎত্রগা মীযাচীং ফাওবা অদুগা অৱাংদনা মুংখুমগী মনাক্তা হৌবিবা মযাম্না শীংথানবিবা হৈনৌ পাম্বী হৌবা লম ফাওবনি হায়না কেপ্টেন পেম্বর্টন্না শান (শেনৱী) ক্রোনিকলদা যুম্ফম ওইবগা ইবা 'কিংদম ওফ পোং' হায়বা সেক্সন্দা পীবি।

মথক্কী ৱাফম অসিগা মৰী লৈননা প্রো: গাংমুমৈনা 'চৈথাবোল কুম্বাবা'দা যুম্ফম ওইবা মখাগী ৱাবোল অসিসু থম্লি।"Cheitharol Kumbaba gives the boundary in very clear terms in the north east Mungkhong Mungyang was for Manipur and the land of the dwarf mango groves was for Pong, in the east, it was upto Loijiri hills, in the south upto Miyotong . Regarding Shamjok (Thaungdut), the eastern portion was for Pong and the western portion was for Manipur" (Gangmumei, 1991 , 196) মতাং অসিদা থমজনিংবা ৱাফম অমনা যেন্নবিবা লম অসি হৌজিক ঐখোযনা চাওবাক্লা কবো ভেলি হায়না খংনবিবা শমজোক (থাংদুট), খম্বৎ(খমপাত) অমসুং কালে (কলেৱা)গী

* কবো ভেলি মপুং ওইনা নাগালেন্দ, মণিপুর অমসুং মিজোরামগী নোংপোক থংবা বর্মাগা তাইনবা চীংখোং- চীংয়াদগী হৌবক্লগা নিংথি তুবেল রাংমা লানলগা লৈবিবা মু তুবেলগী হৌবকফম লমদমশিং অসি চাওবাক্লা কবো ভেলিগী শরুকশিংনি। অসিগুম্বা পাক- চাওববা লমদমশিং অসিগী মনুংদা ১৪৭০ ইংদা মৈদিংঙু কিয়াম্বা অমসুং পোং নিংথৌ খেকখোম্বনা লান্দাদুনা লৌশিনলবা মতুংদা মণিপুরনা ফংহৌবিবা শরুক অসিদি, নিংথি তুবেলনা মপুং ওইবা ঙমখৈ ওইবগা মসিগী মনুংদা লৈবিবা শমজোক(থাংদুট), খম্বৎ (খমপাত) অমসুং হৌজিক্কী কলেৱাগী মপুং ওইবা শরুক খবা অসিতনি। কবো ভেলি অসি হৌজিক্তি বর্মাগী সাগ্যাইং দিবিজনগী মনুংদা মপুং ওইনা লৈব্রে।

লমদম অসিগী মনুংখক্তা ওইদবে। খুদম ওইনা শমজোক্কী মনিং থংবা শকক্কী লমখৈ পবিং অসিনা খা-পাংনা লাক্তুনা চিন্দৱিন অমসুং মু তুবেলগী মবক্কী চীংশাং পবিংদা খাইনৈ হায়ববনিনা, হৌজিক্কী কবো তম্পাক হায়না খংনবিবা এবিয়া অসিদগীদি চাওবাক্লা শকক অহুমলোম




পোং লৈবাক মেপ অসিদা মপুং ওইনা মাও (পোং) লৈবাক, লোইননা মোগুংবাং, মোহয়িন, কালে, শেনৱি, কিয়াওসেনচিংবা মফমশিংসু উৎলি।

সোর্স হিষ্টরি ওফ দ শান ষ্টেট সাই অং টুন

হেন্না চাওবা নিংথি তুবেলগী ব্রাংমদা লৈবা পাক-চাওববা লমদম অমা মনিপুবগী ওইখি হায়না থমজবি।

নিংথৌ অনীনা লম যেন্নখিবগী ব্রাবী অমদি মনিপুবগী পাক -চাওববা ঙমখৈগী মতাংদা নিংঙোমবা মনিজাওগী 'লইমা যেংলিঙৈদা খুনু কাবা (চেংলৈবোলনে)' হাযবা লাইবিক্তুদা অসুম্না ইবি। *"মৈতিংঙু ক্যাম্বগী মনাই অঙম্বা (লৈপুবা মন্ত্রি) খ্বাই লৈশাংখোম্বগা, পোং নিংথৌগী মন্ত্রি চাকপাক তেতেগা লম যেননৈ। মৈতিংঙু ক্যাম্বগীনা নোংপোকলোমদা নিংথি ব্রাংমা লান্দুনা লোইজবি তিলান চীঙ্গী মখৈবু মৈতৈ নিংথৌগী লম ওইদুনা মাযচৌ থাংগংচামবনা থৌদু নুঙদা লাইবিক ইদুনা মৈতৈগী লমখৈ খঙনবা লৈনুংদগী যুংদুনা থমখি। মখাবোমদনা তখেল বিশখাও মখৈ, নোংচুপলোমদা কছাব মলুগ্রাম মখৈ, অব্রাংলোমদা শিবসাগব লম অসিগী মখৈদি পোং নিংথৌনা খুৎ থিংজিনদবা হাযনা লেপনদুনা মশু মপু লম যেননাবে।"* (মনিজাও, ১৯৯৪:১০-১১) নোংপোক্তা নিংথি তুবেলগী ব্রাংম্না ফাওবা ঙমখৈ শন্দোক্লম্বগী থৌশিল অসি মৈদিংঙু মুংযাম্বা (১৫৬২-১৫৯৭ সি: ই:) গী মতমদসু মখা তানা চৎথবম্মী। মহাক্না ১৫৬৬ ইংদা মুংখোং (মোগুব্রাং) নচিংবা মফমশিংদসু লান্দাদুনা, মফমশিংদুদা পানলম্বা শান নিংথৌশিংবু মাইথিবা পীবম্মী অমদি ১৫৭১ অমসুং ১৫৮২ ইংদা *শমজোক*[৪] (থাংদুট) তা লান্দাদুনা অমুক হন্না লৌশিনলম্মী।

[৪] *শমজোক* কবো ভেলিগী অব্রাং থংবা শকক্তা, চিন্দবিন তুবেল তোর্বান্দা তাবা, ইতিহাসকী অয়াম্বা তাক্কক্তা মণিপুবগী মনুং চন্না লৈবকপা, কবো-শানশিংগী প্রিন্সিপালিটি অমনি। লমদম অসিগী মনুং চন্না অঙ্গোচীং লৈ। লমদম অসিবু শানশিংনা শুব্রাংশুপ অদুগা বর্মিজশিংনা থব্রাংদুট হায়নসু খংনৈ/কৌনৈ। অতাদা পানথিবা কোনবুব্রাং শাগৈগী নিংথৌ অলুংপয়া (১৭৫২-১৭৬০ সি ই) না লৌশিন্দ্রিঙৈ ফাওবা লমদম অসি মণিপুবগী মনুং চনলম্মী। (সোর্স বর্মা গেজেটিয়াব অপ্পব চিন্দবিন দিষ্ট্রিক্ট, (ভোল- এ)। অলুংপয়াগী মতুংদা লমদম অসি মণিপুরগী অমুক ওইবম্মী। গম্ভিব সিংহ মহারাজগী মতমদদি মপুং ফানা লমদম অসি মনিপুরগী অমুক ওইবে।



ওই বর্মাগী কোনুং অভা (অৱা) দগী পংলাপ- লাপ্তনা সাগ্যাইংদা লৈবা কৌমুদৌ (কৌঘমুদৌ) পেগোদা ওই। যেৎ কৌমুদৌ পেগোদাগী থোংদা গবিবনৱাজ নিংথৌনা থাংনা হক্লম্বা (হৌজিক্তি শিন্দোকখ্রবা) থোংগী থোংবা মনাক্তা অইবা। ওইগী ফোটো অইবা

অদুবু মণিপুবদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মবক্তা মাইকৈ খুদিংমক্তা খ্বাইদগী পাক-চাওনা 'পোলিটিকেল বাউন্দবী' শন্দোকখিবা নিংথৌ অসি মৈদিংঙু পামহৈবা / গবিবনৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮ সি: ই ) নি। নিংথৌ অসিনা ১৯১৭ ইংদগী ১৯৪৮ ইং ফাওবা হঞ্জিল-হঞ্জিল কযাবক হন্না শমজোক (থাংদুট) তা লান্দাখি। শমজোক জয় তৌবগীদমক নিংথৌ অসিগী মমিংবু 'শমজোক ঙম্বা' হায়নসু কৌই। নিংথৌ অসিগী মতমদা পোং লৈবাক্কী মোংপো অমসুং ক্যিথোন কৌবা নিংথৌ মচা অনীনা মনিপুবগী নিংথৌ গবিবনৱাজদা বর্মিজশিংগী মখূত্তগী ঙাকথোকপীনবা চঙজফম লৌখি অমদি গবিবনৱাজনা মিটো (ম্যেদো) সহব থুগাইখি অমসুং পোং নিংথৌ মচা অনী অসিদা মুংখোং (মোগ্বাং) অমুক হঞ্জিনবীখি হায়না কেপ্টেন পেম্বর্টন্না মাগী লাইবিক 'দি ইষ্টর্ন ফ্রন্টিযাব ওফ ইন্দিযা' দা ইবি । মসিগীসু মথক্তা নিংথৌ অসিগী মতমদা নিংথি তুবেলগী ৱাংমদা লৈবম্বা মণিপুবগী মাংথ্রবা লমদমশিং অমুক হন্না লৌশিনবতা নত্তনা চিন্দৱিন অমসুং মু তুবেল লাম্থোক্লুনা বর্মাগী কোনুং

অভা (অৱা/ইনৱা) গী হেক নাতোন শুমাংদা লৈবিবা সাগ্যাইং[°] ১৭৩৮ ইংদা লৌশিলম্মী। জি: ই: হার্ভেনা মাগী লাইবিক 'হিষ্টরি ওফ বর্মা' দা থৌদোক অসিবু মখাগী অসুম্না থন্নি। "In 1738 when the king garrisoned these two places and Mingin in the Upper Chindwin district against them, they simply cantered past, camped at Thalunbyu west of Sagaing, burnt every house and monastry up to the walls of Ava, and stromed the stockade built to protect the *Kaughmudaw* pagoda slaughtering the garrision like cattle in a pen and killing the commandant, a minister of the Hluttaw Council, the old door-leaves of the Pagoda's eastern gateway show a gash made by the sword of Gharib Newaz when he was forcing an entrance " (Harvey,1926 208)

গরিবনৱাজনা সাগ্যাইং লৌশিনখিবা মতম অসি বর্মাগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী মতিক মথৌনা লৈবা তৌঙু (১৫৭৭-১৭৫২ সি: ই:) শাগৈনা অভাদা কোনুং শেমদুনা পানখিবা মতমনি। সাগ্যাইং লৌশিনলবা মতুংদা গরিবনৱাজনা কবিগীদমক থাইলেন্দ, লাওস, কম্বোদিয়া ফাওবা লমখৈ শন্দোক্লম্বা খ্বাইদগী খুৎকল-পাঙ্গলবা তৌঙু নিংথৌগী কোনুং মখুত্তা তাববা ফাওবদা লৌশিনখিদবনো হায়বসি থিজিনবদা কান্নববা ইতিহাসকী মচাক ওইগনি। অদুবু মসিগী ওইবা যাবা মবম অমদি পাক-চাওববা মৰৈবাক 'হোমলেন্দ টেবিটোবি' হুদোক্লম্লগা অনৌবা 'পোলিটিকেল টেবিটোবি' অমা শেমদুনা লৈবাক লিংখৎপা পামখিদবা অসিসু অমা ওইবম্বা যাই।

[°] *সাগ্যাইং* -ইৰাৱতি তুৰেলগী মপান্দা তাবা, বর্মাগী ময়াই ওইবপ্রা, মন্দলেদগী কিলোমিটর ২০ লোমদমক লাপ্পা লৈবা সহর অমনি। সহর অসি মপুং ওইনা ১৩১৫ ইংদা বর্মিজ-শান নিংথৌ সৌয়ুননা 'সগ্যাইং কিংদম' লিংখৎতুনা ১৩৬৪ ইং ফাওবা কিংদম অসিগী কোনুং ওইবম্মী। সহর অসিদা ফাওববা কৌঘমুদৌ পেগোদা লৈ। লমদম অসি হৌজিক-হৌজিক্তি ম্যানমাবগী মনুংদা মণিপুরগী থংনবা দিবিজন অমা ওইনা লৈবে।

**মণিপুবগী নোংচুপ অমসুং খা নোংচুপ ঙমখৈ ঃ** মণিপুবগী নোংচুপ অমসুং খা- নোংচুপ মাইকৈদা মনিপুবগী পাক- চাওববা লমদম অমা লৈবম্মী হাযবসি ইতিহাসকী ওইবা ৱাফমদতা নত্তনা লাইওই- তিনওইবা (মিথ) অমসুং লেজেন্দ কযাদসু মযেক শেংনা ইদুনা যাওবি । নোংচুপ (খা- নোংচুপ)মাইকৈ ঙাকপা লাই অমা ওইবিবা ইবুধৌ থাংজিং কোইবেল লাইগী লমখৈ অসি হৌজিক্কী লুসাই চীং যাওনা বর্মাগী মনুংদা লৈবিবা ফালম, টিদিম অমদি তখেল - মযাংগী লম শোক্লা শন্দোক্লম্বা যাই হাযবসিসু চীংঙু থাংজীংবু শৈথাবকপদা য়াওবিবা ৱাবোল, "*চীংঙু থাংচীং লাইমরু যাইবী পনলোই তানবা, তখেন লাকচিন ফম্বা, মযাং শকান তোংবা, পাঙন তম্পাক কোইবা, থৌদু নুংকাং শাকাং থক্তা ফম্বা...* ।" হাযনা 'সনামহি লাইহুই' দা শৈথাবিবা অসিনসু খবমখৈ তাকই। মণিপুব অমসুং মিজোবামগী মনুংদা লৈবিবা লুসাই চীংগী লমদমশিং অসি ইবুধৌ থাংজীংনা কোনবা লমদমশিংনি হাযবসি মিজোবামগা হেক থংনবা, বেহিযাংগী চিবুজাংদা, থেংলবা মতমদা হাযবদি মহাবাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদা যুংলম্বা, ইবুধৌ থাংজীং অমসুং




অপ্পব অসাম, শিবসাগব, ফালম, কছাবনচিংবা য়াওবা পাক- চাওববা মণিপুবগী মেপ । মেপকী সোর্স মণিপুবী আর্টকী ৱাবী -শীংবুন, (অহানবা শরুক) ১৯৭৩ মুতুৱা বহাদুব ।

ইবেনথৌ যেকপা নুং অসিনসু তাকই। ৱাফম অসিগী মতাংদা 'চৈথাবোল কুম্বাবা' দা অসুম্না ইবি। "*৮ নি শগোলশেন্দা ... তুইযাইদগী নুং ৪ চিংদুনা পাদচিহ্ন যেকএ।*" (কুম্বাবা, ২০০৫:৩৯৮)। মাইকৈ ঙাকপা লাইনিংথৌ থাংজীং অসি হিষ্টোবিকেল পার্সোনেলিটি অমা ওইবম্বা য়াই হাযবগী মতাংদা প্রো: গাংমুমৈনা অসুম্না পীবি, "There is strong belief that Thangjing Koirel Lai is the founder and protector of Moirang But while an examination is made of the circumstances of his advent at Thangjing hills and Moirang as given in the chronicle, one is tempted to think that he was a historical king who was deified at a later stage and worshipped as the most important God of Moirang " (Gangmumei, 1991 173) মসিদসু নত্তনা, মতম অমদা লৈবম্লা পাক- চাওববা মোইবাংগী লমখৈগী মতাংদা প্রো: গাংমুমৈনা বিষ্ণুপুরদগী ত্রিপুবাগা তাইনবা ঙমখৈ ফাওবা অমা, অমদি খুগা তুবেলদগী কবো ভেলিগী তুমু ফাওবা যৌনা শন্দোক্লম্মী হাযনা পীবি। (গাংমুমৈ, ১৯৯৯ :১৪৪).

মণিপুরগী নোংচুপ মাইকৈবোমদসু ত্রিপুবা যৌনা ঙমখৈ শন্দোক্লম্বগী মতাংদা, মাইকৈ ঙাকপা লাই তবাগী মনুংদা অমা ওইবিবা তোলোংখোম্বা লোযলাকপবু 'থোংনাং নিংথৌ' হাযনসু শৈথাবিবা অসি যেংলুবগা, তোলোংখোম্বা লোইযালাকপগী কাঙলুপ অসি থোংনাংশিংগা মবী লৈনবা নৎত্রগা থোংনাংশিংগী নিংথৌ অমা ওইবম্বা যাই হাযবা ৱাফম অসি 'খুনুং লিচৎ শাজৎ' কৌবা লাইবিক্তা লাইনিংথৌ লোইযাবাকপবু শৈথাবিবা অসিদগীসু খবগীমখৈদি খংবা ঙম্মী। "*হে ইপু থোংনাং নিংথৌ লোইযাবাকপা থোংনাং চীংবু তান্না খনবা থোংনাং মানলৈচীং, লিন্দু যাংতেকচীং...*"(খুনুং লিচৎ শাজৎ, ১৯৭০:৫১) অসুম্না থোংনাংশিংগী নিংথৌ লোইয়ালাকপা অসি মাইকৈ ঙাকপা লাই

অমা ওইবা, অমদি থোংনাং নিংথৌ লোইযালাকপনা পাখংববু কংলাগী নিংথৌনি হাযনা লৌখিবনা, থোংনাং (তখেল/কছাবী) শিংনা খুন্দা - লৈতাবম্বা হৌজিক্কী কছাব অমসুং নোর্থ কছাব(দিমা হাউসা) হিলসগী লমদম অসি ফাওবা নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদগী হৌনা মণিপুবগী বাউন্দবী মনুং চল্লি হাযনা লৌবা যাই।

ইতিহাসকী ঙল্লিঙৈ মতমদগী মনিপুব অমসুং ত্রিপুবা (টুই-ফ্রা) হাযবা লৈবাক অনী অসি মতম শাংনা যুমলোন্নদুনা লাক্লবা লৈবাকশিংনি। মমাংঙৈদগী হৌনা মনিপুবীশিংনা ত্রিপুবী/ কছাবীশিংবু মযাং থোংনাং হাযনা খঙনদুনা লাকই। মনিপুবদা খুন্দা -লৈতাদুনা লৈখিবা ত্রিপুবীশিংনা মৈদিংঙু পুনসিবাগী মতমদা অঙোমশিংগা খৎনবক্লবদা ত্রিপুবীশিংনা নিংথৌগী মাইকৈদা লেপখিবগী মতাংদা ‘ইতিহাসব আলোকেব ত্রিপুবা- মনিপুব’ দা অসুম্না ইবি। “*মনিপুবগী নিংথৌ পুনশিবগী হাক্তক্তা (খৃষ্ট ১৪০৪-৩২) ত্রিপুবা অমসুং মনিপুবগী মনুংদা মবি লৈনবা হৌখি। ‘কুমফিলোল’ হাযবা পুযাদা ইবি, মণিপুবগী নিংথৌগা অঙোম শাগৈগা লাম্ছেংনখিবদা মনিপুবগী কুশ্নী হাযবা মফমদা খুন্দাখিবা ত্রিপুবাগী তখেল প্রজাশিং নিংথৌগী মীচঙ চঙখি।*” (বীবমঙ্গল, পান্নালাল, ২০০৭ : ১৩৪) পদ্মশ্রী আব: কে. ঝলজিৎনা মাগী লাইবিক ‘মনিপুব ফ্রোম ১৫০৪ টু ১৭০৯’দা তখেলশিংনা মৈদিংঙু কবোম্বা (১৫২৪-১৫৪২



মেপ আসদা মেদিএভেক ত্রিপুবাগী ঙমখৈ অসি পাকপা য়াব পাকহল্লবসু মণিপুব অমদি মণিপুবগী মনুং চনলপ্প মফম কযাদি মপুং ওইনা শোক্তনা অদুম্মক থল্লি। সোর্স ত্রিপুবা ষ্টেট ইষ্ট : বাউন্দবী দিস্পুটে (২০০২), মহাবাজকুমাব বিক্রমকিশ্বব দেব বমর্ন।

সি: ই:) গী মতম ১৫৩৩ ইংদা মখোয়গী লুচিংবা (চীফ) পনচমাগী মখাদা মনিপুরদা লান্দাবকই হায়না ইবি । মখা তানা, লান্দাবকপা লাশ্মীশিং অদু মনিপুরনা মাইথিবা পীখি অমসুং লানফাশিং অদুনা খোং



হৌজিক-হৌজিক ওইরিবা (এপ্রিল ২০১৩ ইং) তখেল খোংগী শকক অমগী শক্তম ।

অমা তৌহনখি হায়বগী মতাংদা অসুম্না পীবি । "To commemorate this victory, a canal named Takhen Khong ('Tripura Canal') was dug in the capital It served as a very useful boat way for a long time Remnants of the canal can still be seen in Brahmapur in Imphal" (Jhaljit, 1999 ·13) মণিপুরগী নিংথৌ গরিবনৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮ সি: ই:)গী মতমদসু তখেলদা মণিপুরনা হিঞ্জিল-হিঞ্জিল লান্দাখি । "The king of Manipur availed himself of this crisis in Tripura, crossed the northern frontier and occupied a portion In order to perpetuate the great achievement the king of Manipur took the title of 'Takhelngamba' or the victor of Tripura and also got a book written named 'Takhelngamba' or the conquest of Tripura" (Chattyopadhyai, quoted/referred by Biramangol, Pannalal in 'Itihaser Aloke Tripura-Manipur,' 2007 135) অসুম্না মিথ অমসুং ইতিহাসকী ওইবা ৱারী-ৱাখোং কয়ানা তখেল

(ত্রিপুরা) অমসুং মনিপুর হায়বা লৈবাক অনী অসি যুমলোন -কৈবোন্নদুনা লাক্লবা লৈবাক্লিহায়বসি তাকই।

মণিপুরগী নোংচুপ থংবা ঙমখৈ অসি ইতিহাসগী থেংলবা মতম ফাওবদা ত্রিপুরা/টিপেরাগা থংনবম্বগী মতাংদা, সহদেব বিক্রম কিশ্বরদেব বর্মননা লেংশিনলগা ফোংবা 'ট্রিপুরা ষ্টেট ইষ্টর্ন বাউন্দরী দিস্প্যুট' হায়বা লাইবিক অসিদা অইবা অসিনা অসুম্না থম্লি। "In 1828 there was a dispute between the Tripura State and



মিজোরামগী আইজোল ম্যুজিয়মদা লৈরিবা পাখংবগী পাফল, শগোল তোংবা লাম্মীনচিংবা যেকপা অহকপা নুং। ফোটো অইবা

Manipur regarding the possession of Thanghum, a village west of Surma and Barak close to Manipur" (Burman, 2002 5) তশেংনমক হায়বদি, হায়বিবা মতম অসিদা মণিপুরগী ঙমখৈ অসি, মণিপুরনা ১৮১৯ ইংদা বর্মাগী লান্দা মাইথিববা মতুং ওইবনা, যাম্না পীকশিনলবা মতমগী রাফমনি। অদুবু মতম অসি ফাওবদা, মণিপুরগা ত্রিপুরাগা ঙমখৈ থংনবম্বা অমদি সুরমা[৪] তুরেলগী নোংচুপ

[৪] সাওথ অসামগী করিমগঞ্জ দিষ্ট্রিক্টতগী বঙ্গলাদেশকী শিলেট চংলমদাইদা ববাক তুরেলনা সুরমা অমসুং কুশিয়ারা তুরেল হায়না অনী থোক্লা খায়দোক্লুনা চেল্লি। তুরেল অনী অসিনা ধাকা দিবিজনগী মনুংদা লৈবা ভাইরব বজারগী মনাক্তা অমুক পুনশিন্দ্রিঙৈ লমদমগী শকক অসিবু, (সাওথ অসামগী শকক খবা য়াওবগা) সুরমা ভেলি হায়বগসু খঙনৈ।

থংবা শকুক ফাওবা মণিপুবগী লমখৈ শন্দোক্লম্বগী ব্রাফম, থৌদোক অসিনা নীংশিংহল্লি। লোযননা লাইবিক অসিমক্তদা যাওবিবা 'ট্রিপুবা মেডিযিভ্যা ল পেবিওদ' হাযনা মিংথোনবা মেপ অসিদা ত্রিপুবাগী, লৈবাক অসি পাকপা যাবা মখৈ পাক্লবসু, চিন হিলস অমসুং শিবসাগবনচিংবা, মতম অমদা মণিপুবগী মনুং চনলম্বা মফমশিংদি অযাম্বা শোক্তনা থল্লি। মসিদসু নত্তনা মিজোবাম মিউজিয্যমদা লৈবিবা মণিপুবী শগোল তোংবা লান্মী অমদি পাখংবগী পাফলনচিংবা যেকপা, মিজোবামদগী ফংখিবা অহকপা নুঙ অসিনা মাইকৈ অসোমদা থেংলবা মতম ফাওবা, মণিপুবগী লমখৈ মনুং চনবা লমদম অমা ওইবম্মী হাযবগী খুদম-চাংদম ওই।

**মণিপুবগী অৱাং অমসুং অৱাং-নোংচুপ ঙমখৈঃ** অমবোমদা অমুক মাইকৈ ঙাকপা লাই অমা ওইবিবা কৌববেনবু থাবকপদা, *"হে ইপু কৌববেন- ও কৌবা লৈমাচা... শেকরা তাউদনপুং শেনচীং চীংনুপোক চীংশাং নাপোম তবামঙা পানববু খুনেৎনবা... ।"*



পটকাই চীংদগী হৌবকপা অপ্পৱ অসামগী লমদমদা চেনলিবা দিখৌ নৎত্রগা দিখু তুবেল অসিগী মমিংদগী লৌদুনা মণিপুবীশিংনা অপ্পৱ অসামগী লমদমবু তেখাও লৈবাক হায়না কৌনৈ। ফোটো অইবা

*(খুনুং লিচৎ শাজৎ, ১৯৭০:৫১)* হাযদুনা 'খুনুং লিচৎ শাজৎ' কৌবা লাইবিক্তা থাবিবা অসিনা, অৱাং-নোংচুপ লমগী পাক-চাওববা লমদম কযা অমসু লাইনিংথৌ কৌববেন-না কোনবা লমনি হাযবা তাক্লি। ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদগী হৌনা অৱাংদা দিখু /দিখৌ/দুই- খৌ তুবেলদগী খাদা দিমা (ধনশ্রী) তুবেল অমসুং নোংপোক্তা পটকাই* চীংশাং অমদি নোংচুপ্তা তি- লাও/ দুই- লাও (ব্রহ্মপুত্র) তুবেল অনীগী মবক্তা লৈবা লৈতেম মান্নবা তমপাক, মপুং ওইবা অপ্পব অসামগী লমদম অসিবু মনিপুবীশিংনা দিখৌ (দুইখৌ) তুবেলদগী লৌদুনা তেখাও লৈবাক হাযনা কৌই। লমদম অসিগী মনুংদা মপুং ওইবা শিবস্যাগব, জোহার্ট অমসুং গোলাঘাটকী লমদমশিং যাওই। মসিগী হেক থংনবা দিমা তুবেলগী খা থংবা শকক্তা লৈহৌবিবা দিমাপুব, লমদিং অমদি মাইবোংগী লমদমশিং অসিবুনা হিবম্বা দেশ নৎত্রগা কছাবীশিংগী লৈবাক হাযনসু খঙনবম্মী। মাইকৈ অসোমদা লৈবম্বা মণিপুবগী ঙমখৈ অসি, তি-লাও (ব্রহ্মাপুত্র) তুবেল যৌবম্মী হাযবসি ১৯৬২ ইংগী 'অ্যাংগ্লো মণিপুবী ট্রিটি' গী শেমদোক্লবা (বেক্টিফাই) তৌববা শকক্তগী লৌথোকপা ৱাবোল, "So soon as the Englısh shall enable me to work the gold mıne on the banks of the Rıver Barrampooter ın the Domnıons of Meckley " (Sanajaoba, 1993 15) হাযবা অসিদগীসু খংবা ঙম্মী। ট্রিটি অসিগা মবী লৈনবা ৱাবোল সবোজ নলিনি পেবেটনা ইংলিসতা হন্দোক্লবা চৈথাবোল কুম্বাবা, 'দি বোযেল ক্রোনিকল ওফ মণিপুব' দা অসুম্না ইবি। "Yipungshı Aananda Saı the Lakpa of Khwaı along wıth Jaganath Das left to see the Brıtısh" (Parratt, 2005 173)

---

**পটকাই হিলস* মণিপুব, মেঘালয়, মিজোবাম অমসুং নাগালেন্দগী লমদমদা লৈবিবা হিমালয় চীংগী লোইবোই নেমথবকপা চীংশাং পবেংশিং অসিবু পটকাই হিলস হায়না খঙনৈ। বর্মাবোম থংবা পটকাই চীংগী শরুকপু বর্মিজ লোন্দা 'কুমোন টোবাংদান' হায়নসু কৌই। পটকাই হায়বসি তাই- অহোম বাহৈ 'পৎ' (ককপা/থদৎপা) অমসুং 'কাই' (যেন) হায়বা অসিদগী থোবকপনি হায়বা ৱাফমসু লৈ।

মণিপুরগী অরাংথংবা ওমখৈ অসি শিবসাগরবোমদা লৈরিবা ব্রহ্মপুত্র (টি- লাও) গী লমদমশিং অসি যৌনা শন্দোক্লম্মী হায়রসি মক ওইনা মথক্কী ট্রিটি অসিগী মরী লৈনবা প্রপোজেল অসিদগী খংবা ঙম্মী। মসিদা নত্তনা মাইকৈ অসোমদা শন্দোক্লম্বা মণিপুরগী ওমখৈগী মতাংদা গোলপুরা অমসুং বংগপুরদা ১৮০৭ ইংদগী ১৮০৯ ইং ফাওবা, ব্রিটিস



লাইরিক- লাইশু কযাদা মতম অমদা মণিপুরগী মনুং চনলম্মী হায়না ইরিবা শিবসাগরগী লমদম। ফোটো অইবা

গভর্ণমেন্টা অসামগী মরমদা রিপোর্ট অমা পীখৎনবগীদমক ষ্টেসন তৌদুনা লৈবম্বা, ব্রিটিস মচা ফ্রান্সিস হেমিল্টনগী 'এন একাউন্ট ওফ অসাম' দা মখাগী অসুম্না থম্লি। " West from Nora, according to Raja Brajanath, are the Tikliya Nagas and Nagas subject to Monipur, and extending to nearly the parallel in longitude of Koliyabar, where the territory of Monipur bounds with that of Kachar" (Hamilton, 1987 82) মহাক্না মখা তানা নোবা লৈবাক্কী লৈফম (লোকেসন) গী মতাংদা বর্মাদগী লৌকব্বা মেপ পনল্লদুনা অসুম্না অমুক্কসু থম্লি। "The maps procured in Ava notice noth-

ing that can be interpreted to represent Nora, as it probably is a small territory entirely surrounded by Chingpo, Monipur and Asam " (Hamilton,1987 82-83) ৱেবসাইট অমসুং অতৈ সোর্সশিংদগী ফংবা ইনফোর্মেসনগী মতুং ইন্না নোবা লৈবাক অসি অপ্পর অসামগী মার্গেবিটা, টিনশুখিয়া অমদি অরুনাচল প্রদেশকী লোহিট দিষ্ট্রিক্ট অমদি বর্মাবোমথংবা পটকাই চীংগী মফমশিংদা লৈবম্মী হাযবগী লিখুন ফংই । হৌজিক-হৌজিক নোবাশিং অসি শিবসাগর দিষ্ট্রিক্টকী দিসাংপানি, চোলাপথর, টিনশুখিয়া দিষ্ট্রিক্টকী পোংহৈমুখ, জোরহাট দিষ্ট্রিক্টকী টিতাবারনচিংবা মফমশিংদা খুন্দাবি ।

তশেংনমক হাযবা তাববদি নোবাশিং অসি মতম অমদা (তবানীপালশুবা চহীচা যাওবা) বর্মাগী মুংখোংদা লৈবাক মচা (প্রিনসিপালিটি) অমা শেমদুনা পানল্লম্বা তাই-খমযাং হাযনা খংনবা তাই - শানশিংগী কাঙলুপ মচা অমনি । অসামদা অহোম লৈবাক লিংখৎখিবা শুকাফা/সৃকানফা (১২২৮- ১২৬৮ সি: ই:) না খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাদা খুল থোবকপদা খমযাং কাঙলুপকী মীওই কযা যাওবকখি । মতম অমদা মখোযনা বর্মাবোম থংবা পটকাই চীংগী লমদমদা 'খমজাং'কৌবা লৈবাক শেমদুনা পানলম্বগী ৱাফমসু লৈ । অপ্পর অসামগী লমদম যৌবকপদা মখোযবু মোন (মন) নাম হাযনসু খঙনৈ । "The Community called Nara in Assam is called by the Tai Man Nam and the Man Nam are Tai" (Gogoi, 1999 271)

নোবা(নব) নৎত্রগা তাই-খমযাংশিং অসি তাই অহোমশিংগা মখোযগা চৎন - লোনচৎ, হৌবকফম- কাঙফম মান্নবনা অহোমশিংগী মবক্তা তিনশিনখি । অহোম নিংথৌ সুহুংমুং (১৪৯৭ - ১৫৩৯ সি:ই:) না ১৫২৪ ইংদা নোবা বাজাগী মচানুপী লুহোংখিবা অমদি মখা তাবকপা চহীশিংদা নোবাশিং অহোম লৈবাক্তা হোংলকখিবগী ৱাফমশিং লৈ । অসামদা লৈবা অহোমশিংগা নব (নোবা) শিংনা লৈনবা মবীগী মতাংদা

কে: সি: তেনসুবনা অসুম্না থল্লি। "*আসামদা লৈব অহোমশিং অসি নব হাযবিব কাঙবু অসিগি মচামসুসিংনি হাযনা মখোয মসানা সক তাকচবনি। মখোযনা হুক্কাং তমপাক অসিবু নবগি লৈবাক হাযনা খঙনবম্বগী ব্রাবী সীঙবুল মখোযদ লৈবি।*" (তেনসুব, ২০০২:৩০)

নোবাশিংনা খুন্দাবম্বা মফমশিং অমদি নোবা লৈবাক্কী লৈফম (লোকেসন) যেংলুবগা মনিপুবগী ঙমখৈ অসি যামদ্রবদা, তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মতম ফাওবদি অৱাংদা শিবসাগবগা নক্লবা ব্রহ্মপুত্র তোর্বানগী লমদমশিং অমদি অৱাং- নোংপোক্তা বর্মাগী হুক্কাং ভেলি যৌনা শন্দোক্লম্মী হাযবগী থাজনিংঙাই ওইবা ব্রাবোল ফ্রান্সিস হেমিল্টন্না মনিপুবগী ঙমখৈ অসি নোংপোক্তা নোবা অমসুং চিংপো (শিংপো) শিংগা যুমলোন্নবম্মী হায়না মাগী মথক্তা পনখ্রিবা লাইবিক অসিদা থল্লিবা অসিনা তাক্লি। হেমিল্টনগী মথক্কী ব্রাবোল অসি যেংলুবগদি খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাদা, অপ্পব অসামদা অহোমশিংনা লাকখ্রবা মতুংদগীদি মনিপুবগী অৱাংথংবা ঙমখৈ অসি ব্রহ্মপুত্র তুবেলনা ওইবম্বা অদু অহোম লৈবাক্তা ওইখিবম্বা তাই। অৱাং- নোংপোকলোমদসু হুক্কাং ভেলি যৌনা শন্দোক্লম্বা মনিপুবগী ঙমখৈ অসি খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাদা যুনানগী নান-চাও লৈবাক মোঙ্গোলশিংনা থুগাইববকপদগী চেল্লকপা তাইশিংনা, হান্না অপ্পব বর্মাগী মুংখোং অমসুং মুংযাংলোমদা লৈবম্বা তাই/শানশিংগা পুনশিন্নদুনা মশক মচু থোকপা মাও-শান (পোং) লৈবাক অমা শেমগৎলকপদগী, মনিপুবগী অৱাং-নোংপোক ঙমখৈ অসি পোং লৈবাক্তা ওইখি।

ইতিহাসগী ঙনল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা মণিপুবনা অৱাং অমসুং অৱাং-নোংপোক মাইকৈবোমদা তোইনা চৎথোক-চৎশিন তৌনবম্মী হায়বসিসু ব্রাবী-ব্রাখোং কযা অমদগী খংবা ঙম্মী। লম্বীশিং অসিগী মনুংদা মণিপুবগী অৱাং- নোংপোকলোমদা নিযম নাইবা (ফোর্মেল ওইবা) লম্বী

অমা মৈদিংঙু কবোম্বা (১৫২৪ - ১৫৪২ সি: ই:) গী মতমদা ফাৎখিবা/ হাংখিবগী মতাংদা 'চৈথাবোল কুম্বাবা' দা অসুম্না ইবি। *"লৈতোন কোংঙালোল মানবগী কুম শক ১৪৫৮ তেখাও লম্বী ফাৎত্র।"*(কুম্বাবা, ২০০৫:২৪)। চৈথাবোল কুম্বাবগী ৱাবোল অসিনা, মাইকৈ অসোমদা লম্বী অসি হান্না পংচৎ- চৎনবম্বদগী, লৈবাক নিংথৌগী মিৎয়েং মখাদা খবা নিংথিনা শেমখিবগী ৱাফম ওইনা তৌই। মতৌ অসুম্না খৃষ্টগী তবাহুমদোইশুবা চহীচাদগী তবামাপনশুবা চহীচাগী তাঙ্কক অসিৱাই ফাওবদি মনিপুবগী ঙমখৈ অসি অৱাং-নোংপোক্তা সিংপো (কাচিন)শিংগী লৈবাক্তা থংনদুনা লাকখি।

অসুম্না খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদগী হৌনা, নোংদা লাইবেন পাখংবগী ফম্বাল তোংবা মতমদা লাকখিবা /য়াওখিবা শাগে/শলাইগী নিংথৌশিং, মাইকৈ ঙাকপা লাইশিং/নিংথৌশিং অমদি মখোযনা কোনবা লমশিং/মফমশিং যেংলুবগসু নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদগী হৌনা লৈবক্লবা মণিপুবগী পোলিটিকো-কলচবেল বাউন্দবী লাকশিনবা যাই। 'শঙলেন পুবা পুযা', 'পাখংবা ফম্বাল' নচিংবা পুযাশিংগী মতুংইন্না নোংদা লাইবেন পাখংবগী ফম্বাল কাবগী থৌবম কংলাদা পাংথোকখি। থৌবম অসিদা যাওখিবা মরুওইবা মীওইশিংগী মনুংদা অঙোম নিংথৌ পুবৈবোম্বা, লুৱাং নিংথৌ লংমাইবা, মোইবাং নিংথৌ পোংলাহল, খুমন নিংথৌ অবোং অমদি মাইকৈ ঙাকপা লাই-নিংথৌশিং, মমিং ওইনা খবদং পনলবদা নোংচুপ মাইকৈ ঙাক্লিবা (ঙাকপা অমা ওইবিবা) হনকোই নিংথৌ, অৱাং-নোংপোক ঙাক্লিবা থংৱাই মাবহন (মার্জিং), খা-নোংপোক ঙাক্লিবা শেল্লোই নুংখোংবা লংমাই নুংলাওবা, থোংনাংশিংগী নিংথৌ লোইযালাকপা অমসুং কৌবা চীংদগী খোইমোম কোবৌনচিংবা কয়া লাকখিবা / যাওখিবা অসিনা নোংদা লাইবেন পাখংববু ময়াম্না য়ানববা/শক থংলবা কংলাগী নিংথৌ অমা ওইনা লৌই হাযবসি তাকই।

মখা তানা হেন্না কুপ্না য়েক/শলাইশিংগী অমদি মাইকৈ ঙাকপা লাই-নিংথৌশিংনা কোনলম্বা/পুবম্বা লমদমশিং য়েংলুবগা, নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতম হায়বদি ইতিহাসকী অহানবা চহীচাগী মতমদগী লৈবক্লবা মণিপুরগী ঙমখৈ অসি চাওবাক্লা নোংপোক্তা হুক্কং ভেলিগী শরুক যাওনা মণিপুর তুরেল ( কতে খোং) অমসুং নিংথি (চিন্দৱিন) তুরেল অনীগী তাইনফম কলেৱাগী লমদম ফাওবা অমা, নোংচুপ্তা অসামগী কছার অমসুং নোর্থ কছার (দিমা হাওসা) হিলসকী মপুং ওইবা শরুকশিং অমসুং মিজোরামগী শরুক যাওবা অবিবা ত্রিপুরা (টুই-ফ্রা) গী ঙমখৈগা তাইনবা লমদমশিং, খাদা মিজোরামগী চমপাই অমদি আইজোলগী শরুক যাওনা বর্মাগী কালেগী মনুং চনবা ফালম অমসুং টিদিমগী লমদমশিং, অমসুং অৱাংদা হৌজিক্কী নাগালেন্দ ষ্টেট যাওনা অসামগী গোলাঘাট, জোর্হাট অমসুং শিবসাগরগী অযান্না শরুক মখৈনি।

মণিপুরগী অবিবা মতমগী পাক-চাউরবা ঙমখৈ অমদি লৈমাযগী ফিভমগী মতাংদা 'লৈহৌ নাউফমলোল' কৌবা পুযাদা ইবিবা ৱাবোল, *"খা খোংনা মশা তরেং পোকযে। মশা অমনা লৈপাক খোং কৌদুনা পোং লৈপাক মখোযদা ফাওযে। মশা অমনা মযাং খোং কৌদুনা তখেল মযাংগী ফমবাল মখাদা হোবিযে। খোং অমানা ক্বা খোং কৌযে। কুসু পাথান তুরেল মাপনমকতা ফাওরুইয়ে। খোং অমনা যামপি খোং কৌদুনা খাকি, পাসা ফাওনা মুংকল খৈবীক্তা ফাওরুইযে... ।"* (অমুবী, ১৯৮১:৪)হাযবনচিংবা লোৎনা-থুপ্না, প্রমান-পাম্বে ওইনা অবিবা লাইবিক-লাইশুশিংদা ইদুনা থম্বীবম্লবা ৱাফম কয়া অসি নিংথিনা থিজিন-হুমজিনলবদি মণিপুরগী অবিবা পুৱাবী (ইতিহাস) অমসুং ঙমখৈ মখাতানা নৈনবকপদা অচৌবা মতেং ওইগনি। ❑

# ৪. হৌজিক্কী মণিপুরগী ঙমখৈ

হৌজিক-হৌজিক লৈবিবা মণিপুবগী ঙমখৈ অসিদি ব্রিটিস লোইলম শন্দোকপশিংনা মখোযগী লৈঙাক্লোনগী খুদোং চানবা হাযদুনা, লমদম অসিদা খুন্দা- লৈতাজবিবা মীওইশিংগী অনীংবগী মাইযোক্তা শেমখিবনি হাযবদা থোইনা লানলোই। ব্রিটিসনা পাল্লিঙৈদগী হৌনা মণিপুবীশিংনা মখোযগী মাইযোক্তা অপান্বা/অনীংবা ফোংদোকপা যাহনলমদে। খৃষ্টগী তবামাপলশুবা চহীচাদা ব্রিটিসনা মখোযগীতা ওইবা ৱাখল্লোন্দা মণিপুবগী ঙমখৈ শেমদোক-শেমজিন তৌখিবদগী ফংবা চৈনা অমদি থম্মোই শোকপা ৱাফম, মতম অমগী চযোলগী চেফোং 'বেজিষ্টেন্স' তা নিংথিনা ফোংদোল্লি। চেবোল অসিদা, ব্রিটিসকী শুপ্নম শাসন্না, ঙমখৈগী ওইবা লমগী ৱাফম অসি মণিপুবীশিংগী কোক্তগী তপ্না- তপ্না মমি শামখ্রে হাযনা ইবি (বেজিষ্টেন্স, ভোলুম ।।।, ১৯৭৮)। অসুম্না হান্না লৈবন্বা অমদি ওইবন্বা ফিভম কযা অসি যেংলুবগা হৌজিক -হৌজিক ওইবিবা মণিপুবগী ঙমখৈ অসি ব্রিটিসনা লাত্রিঙৈ অমদি মণিপুবনা ভাবক্তা পুন্দ্রিঙৈদা লৈবম্বা অদুদগী যাম্না পীকশিনলে হাযবদা হাযমনবা থোক্লোই।

**মণিপুবগী অৱাং ঙমখৈঃ** মনিপুবনা ১৮১৯ ইংদগী ১৮২৬ ইং ফাওবা চহী তবেৎ খুন্তাকলুবদগী শোন্থবকপা তাঞ্জা, অহানবা অ্যাংগ্লো- বর্মিজ

ৱাব (১৮২৪- ১৮২৬ সি:ই:) লোইশিনলকপা মতম, অমসুং 'ট্রিটি ওফ যান্দাবু' (১৮২৬) ব্রিটিস অমসুং বর্মানা সহি তৌনখ্রবগী মতুং অসিদা, ব্রিটিসশিংনা লোইলম শন্দোবকপা অমদি অঙ্গামীশিংনা থংনবা খুলশিংদা ইবাং হৌবকপা কযা অসিনা মবম ওইদুনা মণিপুরগী অৱাং ঙমখৈ অসি নিংথিনা ঙাক-শেন্দুনা থম্বদা অৱাবা অমা ওইবকখি । তশেংনমক হায়ববদি তবামাপলশুবা চহীচাগী তাঙ্কক অসিৱাইদগী হৌনা 'কলচবেল বাউন্দবী' অমগী মনুংদা ওইবকপা লৈঙাক্লোন অমগী মনুংদা লৈমিন্নবম্বা, হৌবকফম-কাঙফম মান্নবা কাঙলুপ কযাগী মীওই কযা, লৈরু-লৈরুবা মফম অমসুং মতমগী মতুং ইন্না অমগা-অমগা লাপথোক্লবকপা, অনৌবা মতম্না পুবকপা খুন্নাইলোন, চৎনলোন, শেম্মিৎলোন অমদি লৈঙাক্লোনগী ওইবা ৱাফম কযানা মখল-মখা কযাগী শাফু পীবক্লবদা, মপুং ওইবা কলচব অমসুং পুৱারীগী ৱারী কাওথোক্লদুনা, ফুরুপ/কাঙলুপ মচা-মচা কযা থোবকপা হৌবকখি। অসিগুম্বা ফুরুপ/কাঙলুপশিং অসিনা হান্না যুম্ফম অমত্তদা লৈমিন্নবম্বা ৱাফম্বু কাওথোক্লবপা মতমগা, ব্রিটিসশিংনা মণিপুরগী অপুনবা শক্তম্বু মচেৎ-মচেৎ থুগাইদুনা খুদম চন্নবা হোৎনবকপা তাঞ্জাগা চানখি।

অমবোমদা মণিপুরগী অৱাংথংবা মাইকৈদা অঙ্গামীশিংনা ঈবাং হৌবকপা হায়বসিদা চেন্নবিবা মরী লৈনবা ৱাফম অসি অযাম্বা মতমদা মণিপুরগী কোনুং কংলাদা লান্দাবকপগী ৱাফম ওইনা তৌদে। অঙ্গামীশিংগী অকোইবদা লৈবিবা মাও, মাবাম অমসুং পাওমাই খুলশিংগা লাল শোক্লবগী ৱাফম ওইনা তৌই। মবম অদুনা থৌওং অসি মণিপুরগী 'পোলিটিকো-কলচবেল বাউন্দবী' অমগী মনুংদা লৈবিবা মীওইশিংগী মবক্তা থোকখিবা, খুল- খুলগী ওইবা ইবাং/ইহৌনি হায়না লৌবা যাই। অদুবু ব্রিটিসনা ঙাইহাক লৈতনা মাইকৈ অসোমদা খুৎ থিংজিনলকপা অমদি ইনশিল্লকপনা মবম ওইদুনা অঙ্গামীশিংগী ইবাং লেপ্লা লৈখিদে।

ৱাফম অসিনা মবম ওইদুনা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা, হান্নগী ৱাবী-ৱাখোং যেংদনা, মখোযগী লৈঙাক্লোন্দা খুদোং চানবগীদমক, মাইকৈ অসোমদা অঙ্গামী অমসুং মখোযগী খাবোমদা লৈবা চীংমী খুলশিংগী মবক্তা



ওই কোহিমাদা লৈবা ষ্টেট ম্যুজিযমদা থান্নবা মথক থংবা শকক কয়া মচেৎ- মচেৎ কাইখ্রবা মহাবাজ গম্ভিব সিংহগী খোঙ্গুলনচিংবা য়েকপা অহকপা নুংগী কোকফাই -শুজা কাববা হৌজিক-হৌজিক ওইবিবা ফিভম। ফোটো অইবা যেং কোহিমাদা য়ুংলম্বা হৌজিক্কা নাগালেন্দ ষ্টেট ম্যুজিযমদা থমখ্রবা কংলাশা, গম্ভিব সিংহ মহাবাজগী খোঙ্গুলনচিংবা হকপা নুংদগী যেকথোকপা নমুনা। ফোটোগী সোর্স মণিপুব এন্দ দ নাগা হিলস, ১৯৮৩ জেমস জোনষ্টোন।

তাংদাংবা ঙমখৈগী মযেক শেংবা পবিং অমা লৈবগী তঙাই ফদবা লৈবে হাযনা লৌখি। অসিগুম্বা ঙমখৈ অসিনা মণিপুব অমসুং অঙ্গামীশিংগী ঙমখৈ পবীং ওইনা ৱাহম্লোক পীখি। মমৈথংদা মণিপুব অমসুং নাগা হিলস অমদি ইবোই লোইবদা মণিপুব অমসুং নাগালেন্দ ষ্টেকী ঙমখৈগী খুৎমাবা ওইখি।

অহানবা অ্যাংগ্লো- বর্মিজ ৱাব (১৮২৪-২৬সি:ই.) দা বর্মিজশিংনা মাইথিখ্রবদা, অৱাং- নোংপোক ভাবতকী লমদম অসিদা

ব্রিটিসশিংনা হুম- হুমদুনা খাবৈ- খবা শাবা হৌবকখি । হাযবিবা তাঞ্জা অসি গম্ভীব সিংহ মহাবাজনা, চহী তবেৎ খুন্তাকলুবা মতমদা কাং- খোং চাইশ্লবা মনিপুবগী লৈঙাক্লোন অমসুং ওমখৈ অমুক হঞ্জিলনবা হোৎনবকপা মতমনি । মহাক্কী মতমদা অৱাং মাইকৈগী চীংগী (নাগা হিলসকী) লমদম পুন্নমক্কী মযোল ওইবা খুঙ্গং কোহিমা (থিবোম্মে)দা নুঙদা খোঙ্গুলনচিংবা হক্তুনা লমদম অসি ফাওবা মণিপুবগী মনুং চনবা লমদমনি খংনবা লেংদ্রবা খুভম থনম্মী । ৱাফম অসি 'চৈথাবোল কুম্বাবা' দা অসুম্না বেকোর্দ তৌবি । "*২৫নি শগোলশেন্দা শ্রীমৈদিংঙু চীংলেন নোংদ্রেনখোম্বা মহাবাজনা থিপুমৈগী ঈশিংখোং পুখ্রি মপান্দা খুতা ১ নমঙা ১ নুঙ ২ মদা খুদাদা শ্রী মহাবাজগী খোঙ্গুল যেকএ । নমঙাতা নোংশা শনতৌ ২ মা যেক্তুনা ইবোই ১ হামেং ২ ওক ১০০ অসি যাওতনা হাওখুন পুন্নমক্কা শ্রীমহাবাজনা নূং হোংএ । অদু নুমিত্তা মেবামেচনৈ ১ তোনলোই চামৈ ১ পিংতেমৈ খুনৌ ১ খুলেন ১ উতু ৱাশামৈ ১ ৱাহামৈ ১ খিশামৈ ১ হাওখুন ৬ মনা মন ৬০০ লোই হাবৈএ ।*" (কুম্বাবা, ২০০৫:২৪৩)গম্ভিব সিংহগী মথৌনা মবীংজেল অমদি মবৈবাক মজাতিবু নুংশিবা মতৌ উবদা ব্রিটিস গভর্ণমেন্ট নুংনাংবা পোকখি । "The ambitious Manipuri would have been a very dangerous neighbour for our vassal Purunder Singh, whom we were then endeavouring to establish on the throne of Upper Assam, and the Government began to feel uncomfortable in prospect of Gumbheer Sing's operations " (Mackenzie, 2001 101-102)

মখা তানা গম্ভীব সিংহনা অসামলোমদা লানশিল্লকতনবা, কেপ্টেন জেনকিন্স অমসুং কেপ্টেন পেম্বর্টন্না ব্রিটিস গভর্ণমেন্টা পীখিবা রিপোর্টকী মতুং ইন্না, হান্নগী বাউন্দবীদগী যাম্না পিকশিন্না, দোয়েং অমসুং ধনশ্রী তুবেল অনীগী মবক্তা লৈবিবা উমংনা মনিপুব অমসুং অসামগী

বাউন্দরী ওইহনখি । " In 1835 indeed the forest between the Doyeng and the Dhunsiri was declared to be the boundary between Manipur and Assam " (Mackenzie, 2001 102) অদুবু লাইবক থিবদি ব্রিটিসনা মণিপুববু খুৎ পুনশিন্দুনা থমখিবনা, মতম অদুগী মনিপুবগী মনুংমক্তদা অঙ্গামীশিংগী ইবাং নোংমা- নোংমগী



লংথবাল কোনুং মমাংদা লৈবিবা অৱাশিংবু নিংথি তুবেল তোববান ফাওবা তকথোক্লম্বা মহাবাজ গম্ভিব সিংহগী অশাবা মূর্ত্তি । ফোটো অইবা

হেনগৎলক্ষ্মী । তশেংনমক হাযববদি অঙ্গামীশিংগী ৱাফম অসি মণিপুবগী মনুংদা খুল অমগা খুল অমগগী মবক্তা, খুলগী ঙমখৈ (ভিলেজ বাউন্দবি) গী ৱাহৌদগী খৎনবকপা অমদি খবা শোনবা নৎত্রগা শান্তি পামজবা খুলশিংনা মণিপুবগী নিংথৌদা ৱাকৎলবগী ৱাতনি । অদুবু ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা ৱাথোক অসি, অঙ্গামী অমসুং মণিপুবগী ওইবা ঙমখৈগী ৱাহন্থোক পীদুনা খুল-খুলগী ঙমখৈনা মণিপুব অমসুং অঙ্গামীশিংগী মবক্কী ঙমখৈ পবিং ওন্থোক্তুনা মখোয়গী লোইবম লৈঙাক্লোন্দা খুদোং চানবা শেম- শাবগী মতম যৌবক্লে খনখি ।

অঙ্গামী অমসুং মখোযগা খুল লোন্ননা লৈবিবা মাও, পাওমাইশিংগী মবক্তা থোবক্লিবা ৱাথোক অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মাইকৈ অসোমদা ঙমখৈ পবিং অমা যাৎপগী মতাংদা, মতম অমদা বেঙ্গোলগী লেপ্টনেন্ট গভর্নব ওইবম্বা আলেকজেন্দব মেক্কেঞ্জিনা মাগী লাইবিক 'দ নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিযাব ওফ ইন্দিযা' দা, ১৮৪১ - ৪২ গী লোন্নবা নিংথম থাগী মতমদা নাওগোংগী প্রিন্সিপাল এসিস্টেন্টগী ফম পুখিবা লেপ্টনেন্ট বিগসনা চীংলোন কযা লান্দুনা চৎলম্মী হাযনা ইবি। লোযননা মতম অদুদা মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইখিবা কেপ্টেন গোর্দোন (১৮৩৫ - ১৮৪৪ সি: ই:) গা তানবগা লম ওনবগী থবক অসি জিবি তুবেলগী মথক থংবা শকুক্তগী হৌনবা লেপ্লবম্মী হাযনসু মখা তাবি। অসুম্না বিগ্ স- গোর্দোন লাইন অসি (১) ববাক তুবেলগী নোংপোক থংবা মক্রু (মকু) তুবেলগী হৌবকফম চীংশাং পবেং নৎত্রগা দুটিংঘুব চীংজাও (২) পোপোলংমাইচীংগী নোংপোক থংবা পবিংদা চেনলিবা বাবাক তুবেলদা টাইফানি তুবেলনা তাবিবা মফম , (৩) ববাইন (বুবাইন) চীংজাওদগী চেন্থবক্লিবা টাইফানি তুবেলগী হৌবকফম, (৪) ববাইন চীংশাংগী মতোল নৎত্রগা ঈশিং তুংলিবা মফমদগী অসামলোমদা অৱাং পাংনা চেনথবিবা মৌ (মাও) তুবেলগী হৌবকফম ফাওবা অসিনা মণিপুব অমসুং অঙ্গামীশিংগী খ্বাইদগী ফবা বাউন্দবী ওইগনি হাযনা পীবি। (মেক্কেঞ্জি, ২০০১:১০৭)। অসুম্না ১৮৪২ ইংগী লোইবকপা শকুক্তা লেপ্টনেন্ট বিগ্স অমসুং কেপ্টেন গোর্দোন অনীনা মণিপুব অমসুং নাগা চীংশাংগী মবক্তা মযেক শেংফাৎতবা ঙমখৈ পবিং অমদি যাৎপা হৌখি। আলেকজেন্দব মেক্কেঞ্জিগী মতুং- ইন্না ১৮৪২ ইংগী বিগ্স- গোর্দোন লাইন অসি ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা চুম্মী হাযনা 'বি- এসর্ট' তৌববসু, মনিপুবগী মনুং চনলম্বা নাগা ভিলেজশিং যাওদবে হাযনা মণিপুবনা য়াখিদে হায়না থম্মি। (মেক্কেঞ্জি, ২০০১:১২২)।

বিগ্স-গোর্দোন লাইন অসিবু মণিপুরী অমসুং আঙ্গমী অনীমক্না থৌশাবমদে অমসুং লুম্না লৌবমদে। পংকুই কুইদনা কাঙলুপ অনীগী মবক্তা অমুক হন্না ঙমখৈগী উংখৎনবা থোবকলম্মী। ৱাফম অসিগী মতাংদা ডা: চন্দ্রমনিনা 'পোলিটিকেল কনসলটেসন্স' কোট তৌবদুনা মহাক্কী লাইবিক 'মনিপুর ইতিহাস' তা অসুম্না থল্লি । *"মতম অসিদা ফৌলোংদগী নাগা অনিখক মনিপুরদা লাক্লগা মখোযগী খুলশিংদা পোপোলোং, খোজমা অমদি টুজিং খুলশিংদা লৈবা অঙ্গামী নাগাশিংনা ইতৎ তত্তনা লান্দাগে হাযদুনা কিহল্লে মরম অদুনা মণিপুর সরকারদা মখোযবু ঙাকপিযু হাযজরম্মী।"* (চন্দ্রমনি, অগষ্ট ১৯৭০:১৩৭) অঙ্গামীশিংনা মাইকৈ অসোমদা ঙাইহাক লৈতনা ইবাং হৌবকপা অসিনা মরম ওইদুনা ১৮৫৮ইংদা অঙ্গামীশিংবু লাকশিন্নবগীদমক মখোযগী খুঙ্গং মোজুমা মণিপুরীশিংনা খুল পুন্না ৱাবকপা ওইনা অমাং-অতা থোকহনখি। লোইননা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা অমুক হন্না ঙমখৈগী শংতাইনবা পুবক্লবা হোৎনখি। আলেকজেন্দর মেকেঞ্জিগী মতুং ইন্না, ঙমখৈগী চযেৎনবা অসি লোইশিন্নবগীদমক ১৮৬৯-৭০ ইংগী নিংথম থাগী মতমদা, মতম অদুগী নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিস্নার কেপ্টেন বটলর অমসুং মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ডাঃ ব্রাউন (১৮৬৭-১৮৭২ সি: ই:) অনীনা অমুক হন্না মরী লৈনবা থবকশিং লৌখৎখি। অদুবু মখোয অনীগী মবক্তা মত খেৎনবকপদগী বাউন্দরী কম্মিসন অমা শেম্নদা তাখি।

কম্মিসন অসিনা যেৎনবিবা মফমশিংদা চৎ-চৎতুনা যেংশিনলবা অমসুং চে-চাং কযা চৎনববা মতুংদা ১৮৭২ ইংগী জুলাই থাদা চযেৎনবা কযা লোইশিনলে হাযবা ৱাফম থমখি। "The boundary was, after much correspondence, eventually settled in July 1872 The line of 1842 was maintained in all essential points so far as it was clearly identified A few villages on the dividing ridge of the water pent, over

which Manipur had acquired supremcy, were demarcated as belonging to that State, and from the termination of the line of 1842, at a point called the Telizo Peak, eastward the watershed of the main line of hills which divide the affluents of the Brahmaputra from those of the Irrawaddy as far as the Patkoi Pass was declared to be the limit of Manipur on its northern frontier (Mackenzie,122-123 2001) বটলব- ব্রাউনগী লম খুৎওন অসিবু মণিপুরনা যানিংদবা



নাগা হিলসতগী হৌবকপা ধনশ্রী হায়নসু খংনবা দিমা (দুই- মা) তুবেলনা গোলাঘাট, বোকাঘাট, নুমালিগবহনচিংবা মফমশিং ফাওদুনা লাক্লগা ধনশ্রী মুখতা ব্রহ্মপুত্র তুবেলদা তিনখি। ফোটো অসি অইবনা নুমালিগবহগী মনাক্তা লৌবনি ।

ফোংদোকখি অদুবু যানিংদবা অদু নমহৎখি। বটলব- ব্রাউন্না ফিল্ডা তাক্লিবা / ওনলিবা অসিগা ব্রিটিস সবকাবগী বেকোর্দতা লৈবিবা মনিপুব অমসুং ব্রিটিস নাগা হিলসকী বাউন্দবী অনীসিগী মবক্তা খেন্নবগী মমি তাখিবগী ৱাফম খবদি মখাগী ৱাবোল অসিদগী উবা ফংই । "The Treaties with Burmah and Munnipore recognize the Patkai and Barrail ranges of hills, running in a continuous line from the sources ofthe Dihing in the extreme east of

Assam, to those of the Dhun seen in north Cachar as the boundary between those countries and British India There is no intermediate independent territory. and while the wild tribes who inhabit the southern slopes of those ranges are subject to Burmah and Munnipore, those who inhabit the northern slopes are subject to the British Government" *(No 1330, dated Shillong, 23rd December 1874 From- H Luttman-Johnson, Esq , Secy to the Chief Commr of Assam, To C U Aitchison, Esq , C S I Secy to the Govt of India, Foreign Dept )*

অদুবু ইং ১৮৭২ দা ওনখিবা ' বটলব- ব্রাউন লাইন' অসিনা মণিপুর অমসুং নাগা হিলসকী ঙমখৈগী চযেৎনবা লোইশিনলে হায়না ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা ক্লেম তৌববসু, টেলিজু চীংদোলগী ৱাংমদদি মখা তানা নিংথিনা ওনবা ঙমদদুনা লৈবল্লে । টেলিজু চীংগী নোংপোকলোমদা লৈবা ব্রহ্মপুত্র অমসুং ইবাবতি তুরেল অনীগী মশাশিংগী হৌবকফম লমদম অসিনা মণিপুরগী অৱাং ঙমখৈ ওইগদবনা, মফম অসি থিদোকপগী তঙাই- ফদবা অমুক লাকখি । মফমশিং অসি থিদোক্লবগীদমক ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা মেজব গোদৱিন অষ্টেনবু ১৮৭২ ইংগী দিসেম্বরদা থাবম্মি । গোদৱিন অষ্টেনগী ৱাখলদা লেনিযব তুরেল অসি দিকু (দিখু) তুরেলগুম ব্রহ্মপুত্র তুরেলদা তাবগী থাজবা লৈখি । কবিগুম্বা লেনিযাব তুরেল অসিনা ইবাবতিগী মশা অমা ওইবম্বা তাববদি ব্রিটিসকী পাক- চাওববা লম কয়া মাংলগনি হায়বগী চিংনবা লৈখি । "If it turned out that the northern range was, in fact, the watershed dividing the affluents of the Brahmaputra from those of the Irrawaddy, and if we determined to adhere to that watershed as the boundary, Manipur would be at liberty to annex the whole tract of Naga Country lying between the two ranges, and to confine us to a narrow strip

running up the eastern bank of the Doyeng and along the southern frontier of Seebsaugor District" (Mackenzie, 2001: 125). মেজর অষ্টেন্না ব্রাফম অসি লৈখায তাবা ওমদনা হনখি।

ব্রাফম অসিগী মতাংদা ব্রাবোইশীন অমা পুবক্লবগীদমক জনুব্রাবিগী তাং ৯, ১৮৭৪ ইংদা কেপ্টেন বটলব অমসুং কেপ্টেন বগ্লে মফম অসিদা চৎখি। ব্রিটিস ওফিসাব অনী অসিনা কুপ্পা থিজিনলবা মতুংদা লেনিযব তুবেল অসি ইবাবতি তুবেলদা তাই অমদি কোপামেজা চীংশাংনা, অশেংবা তুবেল অনীগী মবক্তা লৈবা লম (ব্রাটবসেদ) নি হায়না যানখি। ব্রাফম অসিগী মতাংদা 'চৈথাবোল কুম্বাবা' দসু অসুম্না থম্লি। *"তেঙ্গোলদা হম্লক্লবদা সাহেবনা কাংঙবা মেঞ্জোববু কৌদুনা মেঞ্জোব! নঙনা হাযবনা চুমএ অব্রাদা চেনখিবা উবে .... মেঞ্জোব সাহেবনা পতবা সাহেবতা হায, সাহেবকী মখুৎনা মেপ তৌবা ঈশিং তেখাও তাহনবা অসিদি ঈশিংনা অব্রাবম তাববনিনা লাল্লে, নখুৎনা মুৎলো হাযদুনা মখুৎনা মুৎলে।"* (কুম্বাবা, ২০০৬ : ৪১৭) অদুম ওইনমক মফম অদুদা যানখিবা ব্রাফম অদু নাথৈবগা মনিপুরগী ওইফম থোকপা মফম কযাদি নাগা হিলসতা অদুম্মক হাপচিনখবে।

অমবোমদা অঙ্গামীশিংগী ইবাং লেপ্পা লৈখিদে। মখা শমথবকপা ইবাং ওইনা ১৮৭৫ ইং অমসুং ১৮৭৬ ইংদা অঙ্গামীশিংনা মখোযগী খা মাইকৈবোমদা লৈবা তোগমেমা অমসুং মকুইবোং খুলশিংদা লান্দাবক্লুনা পাক-চাওনা মাং-তাকহনখি। অদুবু মণিপুব 'অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিভ বিপোর্ট' (১৮৭৭-৭৮ সি: ই:) গী মতুং ইন্না মণিপুব অমসুং নাগা হিলস অনীগী মবক্তা চহী মঙাবোম খৎনবগী হৌবকফম ওইবিবা ওমখৈগী ব্রাফম, মকুপ-মপাং ওইবগী মওংদা শংতাইনখি অমসুং ভাইসবোয়গী অযাবা ফংখি হায়না বিপোর্ট অসিদা ইবি। মখোয় (ব্রিটিস)না শীনবিবিবা থৌওং অদু মীচং-মীখাই নাইদনা নিয়ম চুম্না পাংথোকখি হাযবগী থাজবা লৈ

হায়নসু রিপোর্ট অদুনা মখা তারি। ব্রিটিসনা ফনা হায়জররসু যাৎলিবা অমদি লেপ্পরিবা ওমখৈ অসি মণিপুরনা শুকযা য়াবা ওমখিদে।

মথক্তসু পঞ্জখিবগুম মণিপুরগী অল্লাং থংবা ওমখৈরোমদা হান্নগা মান্নদবা মওংদা অঙ্গামীশিংনা হঞ্জিল-হঞ্জিল ইবাং হৌরকপগী মরম অমদি, লোইলম শন্দোকপা ব্রিটিসশিংনা মতম-মতমগী খনলকপা ব্রাখল্লোনগী শরুক ওইনা, মণিপুরগী মনুংদা লৈবস্বা অঙ্গামীশিংবু ইবাং হৌহন্দুনা, মণিপুররু থুগাইনবা অমসুং শোম্বহন্নবা হোৎনবা পোলিসিগী শরুক অমনি। মরমদি ১৮৬৬ ইংগী মমাংদগী ব্রিটিসশিংনা কোহিমাগী মনাক্তা লৈবা শমাগুটিং (চুমুকেদিমা)দা হেদ ক্বাটর শেমদুনা মাইকৈ অসোমদা খারৈ-খরা শাবা হৌবে। তাঞ্জা অসিদা ব্রিটিসকী 'ফিরঙ্গী লমলৌ' মযেক শেংলক্লবা লালহৌবা অঙ্গামী কাঙবু অমা ইম্ফালদা লাক্লগা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজদা মতেং পাংবীনবা হায়জরম্মী। অদুবু চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজসু ব্রিটিসকী লাংদা থুখিবা অমদি অঙ্গামীশিংনা মমাংদা মনিপুরগী নিংথৌগী মাইযোক্তা তৌখিবা কযা অদুনা মরম ওইদুনা মতেং পাংবগী মহুত্তা লাল লোইশিন্নবা হাযখি। অদুবু লাল অদু লোইশিনবগী মহুত্তা অঙ্গামীশিংনা ব্রিটিসকী মথক্তা ওনশিনলক্তুনা ১৮৭৯ ইংগী ওক্টোবর ১৪ দা কেপ্টেন দামন্তনচিংবা মীওই কযা হাৎখি। মণিপুরনদি ব্রাথোক অসি লৈবাক মনুংদা থোকপা থৌদোক ওইনা লৌদুনা, ইবাং অসি লাকশিন্নবগীদমক ব্রিটিসনা হায়জরকপদগী নিংথৌ মচা শুরচন্দ্র, সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেলনা লুচিংদুনা লাম্মী লিশিং অনীগা লোযননা কোহিমাদা চৎখি অমসুং অঙ্গামীশিং নমথখি। মসিগী মতুংদগীদি অঙ্গামীশিংগী ইবাং থোইনা তাখিদবে। শমাগুটিং (চুমুকেদিমা)দা হেদ ক্বাটর ওইবা ব্রিটিস নাগা হিল দিষ্ট্রিক্টকী ব্রাযেল চুপ্লি পাইরিবা অথোরিটিশিংনা অঙ্গামীশিংবু নিংথিনা লাকশিনখবে। অমরু ওইররসু অমরু ওইররসু চয়েৎনবা অসি অ্যাংগ্লো-মণিপুরী ব্রার

(১৮৯১ সি: ই:) গী মতুংদগীদি মণিপুরনা ঙমখৈগী মতাংদা কবিসু তৌবা ঙম্বা লৈখিদবে। ব্রিটিসনা তৌনিংবা তৌখ্রে। অঙ্গামীশিংনা লাংলম্বা কয়া অদু ব্রিটিসনা মনিপুর লৌশিনবা যানবা যেংথিনহন্দুনা লাংহনলম্বনি হায়বদু মযেক শেংলক্লে । অঙ্গামীশিং অমসুং মনিপুরীশিং অনীমক ব্রিটিসকী মখাদা লৈখ্রবনা ব্রিটিসনা মখোযগী লৈঙাকলোন্দা খুদোং চানবগীদমক, মণিপুরগী অৱাং থংবা ঙমখৈগী শরুক অসি হান্নদগী যাম্না পীকশিনলগা কোহিমাগী খা থংবা মাইকৈদা মাইল তবানীপাল বোম লাপ্না লৈবা মাও টাউন্না ওইহনখি ।

**নোংচুপ থংবা মণিপুরগী ঙমখৈ :** অবি-অনৌ শিন্নবা মতমগী খোঙচত্তা মণিপুরগী ঙমখৈনা মাইকৈ খুদিংমক্তা মমি শামখ্রবদা, মণিপুরগী নোংচুপ ঙমখৈসু চবক-চহিং নাইবকখি। কংলাদা পানখিবা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা, মণিপুরগী নোংচুপ থংবা মাইকৈদা লৈবিবা কছাব অমদি নোর্থ কছাবগী লমদমশিংসি মখোযগী ঈ-তোংদা যাওদুনা লাক্লবসু, অহানবা অ্যাংগ্লো-বর্মিজ ৱাব (১৮২৪-১৮২৬ সি:ই:) গী মতুংদা বেঙ্গোল প্রসিদেন্সিগী মনুং চনখ্রবা, হান্না মণিপুরগী লমখৈ মনুংদা লৈবম্বা কছাব লমদমগী ঙমখৈগী মতাংদা চযেৎনবা হৌবকখি। অ্যাংগ্লো-বর্মিজ ৱাব হৌবমদাইদা মণিপুরগী নিংথৌমচা চৌর্জীৎ, মার্জীৎ অমসুং গম্ভীর সিংহনা হৌজিক অসামগী মনুং চনবা নোর্থ কছাব অমসুং কছাব জিলাগী অযাম্বা শরুক, লমদম অসিদা হান্না পানলম্বা কছাবী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু মাইথিবা পীদুনা অমুক হন্না লৌশিনলম্মী। নিংথৌ মচা অহুম অসিনা কছাব লমদম্বু শরুক অহুম থোক্লা থাইদোক্লুনা নিংথৌ ওইনা পানলম্মী। নিংথৌ চৌর্জীৎনা মাগী কোনুং সোনাইদা ওইদুনা, মযোল ওইবা কছাবগী শরুক অযাম্বা মাগী লৈবাক্কী মনুং চনলম্মী। নিংথৌ মার্জীৎনা জাবিবন্দা লৈদুনা হৈলাকান্দিবু লৈঙাক শাসন তৌবম্মী। অদুগা নিংথৌ মচা গম্ভীর সিংহনা, গুমবাদা লৈদুনা নোংচুপ থংবা টালাইন

চীংশাংগী শরুক্তা কোনবা লমদম অযান্বা লৈঙাক শাসন তৌবন্মী।

গম্ভীর সিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইববা মতুংদা, কছাবগী চন্দ্রপুরদা অনৌবা পুলিস পোষ্ট অমা থম্বদগী, ব্রিটিস অমসুং মণিপুরীশিংগী মরক্তা ঙমখৈগী মতাংদা উংখৎনবা হৌবকখি। ব্রিটিসকী অযাবা যাওদনা গম্ভীর সিংহনা চন্দ্রপুরদা পুলিস পোষ্ট অমা থমজিনলকপা অসিনা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টপু শাওহনলম্মী। ব্রাথোক অসিগী মখা তাবকপা ওইনা ১৮২৪ ইংদা মতম অদুগী কছাবী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র নবাযন হাসনুসা (১৮১৩-১৮৩০ সি· ই.) না সিলেট (শ্রীহট্টা)গী কম্মিসনার মি টক্করদা গম্ভীর সিংহ মথক্তা ব্রাকৎলম্মী। মি টক্করনা গম্ভীর সিংহবু মফম অদুদগী হন্দোক্লবা হাযরুবা মতমদা, গম্ভীর সিংহনা মফম অসি মহাক্লা মপা-মপুশিংদগী ফংহৌবা সোতোনি হাযনা খুমখি। (চন্দ্রমনি, ১৯৭০.২) । অদুবু গম্ভীর সিংহনা চে-চাংগী ওইবা প্রমানগী চৎনবীসি হান্না লৈরমদবনা পীবদি ঙমখিদে। "Gambhır Sıngh's ınabılıty to pre১ent documentary evıdence and the ınterventıon of Mr Scott. Agent to the Governoı Geneıal, under advıce fıom the Supreme Government dısmıssed hıs claım on the *Ilaka* " (Chandramanı, 1970 2) অদুম ওইনমক মফম অদুগী লমগী শরুক খবদি গম্ভীর সিংহদা শীজিন্নবা যাহনখি। হাযবিবা মফম অসিদা গম্ভীর সিংহনা থানা (পুলিস পোষ্ট) অমা হাংদোকখি।

থৌদোক- ব্রাথোক মযাম অসিগী মরক্তা ইখং-খংহৌদনা, কছাবী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র অবোনবা মীহাৎ অমনা মবম ওইদুনা শিখি। বেঙ্গোল গভর্ণমেন্টনা মীহাৎ অসিগী মতাংদা গম্ভীর সিংহবু চিংনববসু মতম অদুগী ওইখিবা লৈঙাক্লোনগী ফিভম্না অমদি মতিক চাবা প্রমান পুথোকপা ঙমদবনা গম্ভীর সিংহদা কবিসু তৌবদি ঙমখিদে। অদুবু গোবিন্দচন্দ্র শিখ্রবা মতুংদা কছাব অসি কনাগী ওইগদগে হাযবা ব্রাফম

লাকখি। কেপ্টেন গ্রান্টনা কছাব অসি গম্ভীব সিংহগী ওইফম থোকই হায়বা ব্রাফম কন্না থন্নবসু, কেপ্টেন পেম্বর্টন অমদি কেপ্টেন জেকিন্সনা কন্না য়েৎপদগী গভর্ণমেন্ট ওফ বেঙ্গোলনা কছাববু মখোয়গী লম ওইনা ১৮৩২ ইংগী আগষ্ট তাং ১৪ দা লৌশিনখি। অদুম ওইনমক ববাক তুবেলগী মশা অনীগী মবক্তা লৈবিবা জিবি তুবেলগী নোংপোক্কী লম মখৈদি গভর্ণমেন্ট ওফ বেঙ্গোলনা মণিপুবগী নোংচুপ থংবা ঙমখৈনি হায়না ১৮৩২ ইংগী নবেম্বব তাং ৫ দা লেপখি । মখা তাবকপদা কম্মিস্নাব এফঃ জেঃ গ্রান্ট অমসুং মণিপুবগী নিংথৌ গম্ভীব সিংহনা ব্রাফম অসিগী মতাংদা এপ্রিল তাং ১৮, ১৮৩৩ ইংদা যানচে অমা সহি তৌনখি। "By the Treaty of 1833 the British Government agreed to give to the Rajah of Manipur the line of the Jeeree River and the western bend of the Barak as a boundary" (Mackenzie, 2001 151)

মতৌ অসুম তৌনা যানবা অসিগী মতুং ইন্না গর্ভনব জেনেবেল অমসুং হিন্দুস্তানগী সুপ্রীম কাউন্সিলনা মখাগী ব্রাবোল অসি লাওথোকখি। "With regard to the two ranges of Hills, the one called Kalanaga range, and the other called the Noonj-ai Range, situated between the eastern bend of the Barak and the western bend of the Barak, we will give up all claim on the part of the Honourable Compay there unto, and we will make these Hills over in possession to the Rajah, and give him the line of the Jiri and the western bend of the Barak as a boundary " যানবা (অ্যাগ্রিমেন্ট) অদুগী মখা তাবা চাওবাকপা ব্রাবোলদি গম্ভীব সিংহনা চন্দ্রপুবদগী মাগী পুলিস পোষ্ট লৌথোকপা ; লৈবাক অনীগী মবক্তা লম্লোন- ইতিক তৌনবদা নিংথৌনা অথিংবা থমদবা ; কালানাগা অমসুং নুনজাই (নুংজাই) চীংদা লৈবা নাগাশিংনা কছাব তম্পাক্তা লম্লোল - ইতিক তৌবদা থিংদবা; জিবিদগী মনিপুব তম্পাক তাবা লম্বী, ব্রিটিস ওফিসাবশিংনা শেম্বদা নিংথৌনা মতেং

পাংবা অমদি মতম-মতমগী ওইনা শেমজিন- শাজিনবা ; বর্মাগা লাল শোক্লবকপা মতমদা মনিপুব ঙাকথোক্লবা নৎত্রগা নিংথি তুবেলগী ৱাংমা ফাওবা চঙশিনবা মতমদা লালগী পোৎ- চৈ পুনবা মীওই (পোর্টব) পীবা ; ব্রিটিসকী ইষ্টর্ন ফ্রন্টিযাবদা কবিগুম্বা অমা থোবকপা মতমদা নিংথৌনা মতেং পাংবা ; নিংথৌনা ব্রিটিসতগী ফংবা নোংমৈ মকুনচিংবগী হিসাব থা খুদিংগী পীখৎপনচিংবগী ৱাফম যাওবি । (সনাজাওবা, ১৯৯৩:১৯- ২০)।

মতৌ অসুম্না তব'নীপালশুবা চহীচাগী লোইশিনলকপদা, হান্নগী মশাগী ঙমখৈদগী যাম্না হেন্না পীকশিনলবসু, মণিপুবগী নোংচুপ্তা মযেক শেংবা ঙমখৈ অমদি লৈবে। ৱাফম অসিগী মতাংদা পোলিটিকেল এজেন্টকী 'অ্যানুযেল বিপোর্ট' (১৮৬৮-১৮৬৯ সি:ই:) তা মখাগী অসুম্না ইবি। লক্ষিমপুব হেক লাম্হোকপগা (জিবিবোমদা), সমুদ্র ইমাইদগী ফুট চানিপালমুক ৱাংবা, যাম্নদি পাক্তবা অশুকপা জঙ্গলনা কুপশিনবা লম্বী অদুদা লাক্লগা, লৈবিবা চীং অসি লাম্হোক্লবা মতুংদা চা থানবা শেংদোক্লগা লৈবিবা লমগা শম্নখ্রিবা জিবি তুবেল অসিনা মনিপুব অমসুং কছাবগী ঙমখৈ ওইখি ।

**মণিপুবগী নোংপোক ঙমখৈ:** নোংপোকলোমদা মনিপুবগা যুমলোন্নবিবা লৈবাক অসি বর্মা লৈবাক্নি । ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদা মাইকৈ অসোমদা মনিপুবনা যুনানগী ঙাই- লাও অমসুং নান- চাও লৈবাকশিংগা যুমলোন্নবম্মী । খবা থেংথবক্লগা ইতিহাসকী মযাই থংবা তাঙ্কক্তা যুনানীজ শানশিংগী পোং লৈবাক্তা যুমলোন্নবম্মী । অদুবু মাইকৈ অসোমদা বর্মা লৈবাক্তা হেক যুমলোন্নখিবদগীদি ঙমখৈগী মতাংদা ভাব তানদবা কযা থোবকখি। ট্রিটি ওফ যান্দাবু[1] যানচে সহি তৌনখিবা খৃষ্ট

[1] বর্মাগী মমাই থংবা শকক্তা লৈবা, মন্দলে দিবিজনগী মনুং চনবা, চাওবাক্তা মীওই লিশিংমুক খুন্দা-লৈতাবা, চফু শাবগী মমিং চৎপা খুঙ্গং মচা অমনি। খুঙ্গং অসি মন্দলেগী নোংচুপলোমদা কিলোমিটব মবিফুমাথোইবোম লাপ্না লৈ। অহানবা অ্যাঙ্গ্লো- বর্মিজ ৱার(১৮২৪-১৮২৬ সি ই ) লোইববা মতুংদা, ফেব্রুবাবি তাং ২৪, ১৮২৬ ইংদা খুঙ্গং অসিদা হৌবা ড-পাম্বী অমগী মথাদা বর্মাগী নিংথৌ অমসুং ব্রিটিস ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানি অনীগী মবক্তা 'ট্রিটি ওফ যান্দাবু' হায়না খংনবা যানচে অদু সহি তৌনখি।

কুমশিং ১৮২৬ ইংদগী হৌনা কবো তম্পাক্তা ঙমখৈগী মতাংদা হেন্না চযেৎ-খোইয়েৎনবা হৌবকখি। যানচে অসিদা মণিপুব অমসুং বর্মাগী ঙমখৈগী মতাংদা তাংদাংবা ৱাহৈ অমা ফাওবা পল্লমদে।

ৱাফম অসিনা মবম ওইদুনা কবো ভেলিগী মতাং অসি মনিপুব অমসুং বর্মাগী মবক্তা যেৎনবগী মবম ওইবকখি। ৱাফম অসিগী মতাংদা সিলেটকী কম্মিস্নাবনা এপ্রিলগী তাং ১৯, ১৮২৬ ইংদা ব্রিটিস ইন্দিযা গভর্ণমেন্টা ইবা ৱাবোল অমদা নিংথি তুবেলগী ৱাংমদা বর্মানা লানশিলক্কুনা লম লৌশিনখিবা তাববদি লৈবাক অনীগী ঙমখৈ পবিং যাৎপদা য়াম্না লুগনি অমদি তুংদা খৎন-চৈনবগী মচাক ওইবক্কনি হাযবা ৱাফম থমখি। অদুবু গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিযানা, সিলেটকী কম্মিস্নাবদা জুনগী তাং ২৩, ১৮২৬ ইংদা পীবকপা ইন্সট্রক্সন অমগী মতুং ইন্নদি, কবিগুম্বা বর্মানা কবো ভেলি অসি মণিপুবগী ওইগদবনি হাযবা ৱাফম অসিদা যাদ্রবদি ৱাফম অসি ৱাবী-ৱাতাই শান্নদুনা লোইশিন্নগদবনি হাযবা ৱাফম অসিগী ওন্ন-তৈনবদা, বর্মিজ মিনিষ্টবশিংগা বর্মাদা লৈবা ব্রিটিস এনভোয মিষ্টব ক্রোফোর্দকা ৱাবী শান্নবদা বর্মিজশিংনা মণিপুবগী লমদা যাম্না হেঞ্জেলনা ক্লেম তৌশিনলকখি। ৱাফম অসিগী মতাংদা তাংদাংবা অমা খংনবা মেজব গ্রান্ট অমসুং কেপ্টেন পের্ম্বটন অনীবু মাইকৈ অসোমদা মণিপুব অমসুং বর্মাগী ঙমখৈ খংদোক্নবা বাউন্দবী কম্মিস্নাব হাপখি। ব্রিটিস অমসুং বর্মিজ কম্মিস্নাবশিং ১৮২৮ ইংদা নিংথি তুবেল তোর্বান্দা উন্নখি। অদুবু কম্মিস্নাবশিংনা অবানবা/শাশিন্নবা মেপ খবা হেক পুথোক, নোংজু থা লাক্লে খবা হেক হায, ওলৈ-পালৈ তৌদুনা লৈখিবনা ১৮৩৩ ইং ফাওবা লম ওনবগী থবক খুমাং ইচাও-চাওশিনবা ঙমখিদে।

অদুবু কাইনথংদা মেজব গ্রান্ট অমসুং কেপ্টেন পের্ম্বটন্না ব্রিটিসকী মাইকৈদগী বাউন্দবী কম্মিস্নাব ওইদুনা মণিপুবগী মনুংচনবা কবো ভেলি বর্মাদা খুৎশিন্ননবগীদমক মণিপুবগী নোংপোক থংবা ঙমখৈ ওনবা

হৌখি। ঙমখৈ অসি যাৎপা হৌগৎলকপা মতমদসু বর্মিজ কম্মিস্নাবশিংনা যাম্না কন্না মরৈ- মরা তৌখি । অদুবু ব্রিটিস কমিস্নাবশিংনা, বর্মিজ কম্মিস্নাবশিংদা য়াম্না মরৈ- মরা তৌবক্লবদি নিংথি তুরেল তোর্বান্দা লৈবা মনিপুরগী থানা (পুলিস পোষ্ট)শিং অদু হান্নগী মতৌগুম অদুম্মক থনল্লগা চৎখিগনি হায়না কিহনখি । কাইনথংদা ব্রিটিস কম্মিস্নাবশিংনা চৎথবিবা ঙমখৈ যাৎপগী থবক অদু অভা (অৱা)গী কোর্টনা তুমিন্না লৈশিনখিবদগী বর্মাগী কম্মিস্নাবশিং কবিসু হাযখিদবে ।

মখা তাবকপদা মেজব এফ: জে: গ্রান্ট অমসু কেপ্টেন আব: বি: পেম্বর্টন অনীগী মবক্তা জুনৱাবি তাং ৯, ১৮৩৪ ইংদা 'অ্যাগ্রিমেন্ট বিগার্দিং কবো ভেলি' কৌবা যানচে অমা সহি তৌনদুনা ব্রিটিসনা কবো তম্পাকপু বর্মাদা শান্দোকলম্মী । যানচে অসিগী অহানবা আর্টিকলদা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টকী মহুৎশিনবা মেজব গ্রান্ট অমসুং কেপ্টেন পেম্বর্টন্না অৱাগী নিংথৌগী মীহুৎ ৱুনদ্যোক মহামিগ্যান বাজা অমসুং সৰুদৌগনিম্যুক্যাডথু অনীদা কবো ভেলিদা লৈবা টুম্মু (টমু), খুম্বাত, শমজোক অমসুং অতৈ খুঙ্গংশিং, অঙ্গোচীং অমসুং নিংথি তুরেলগী নোংচুপ তোবর্বান্দা লৈবা তম্পাক্লচিংবা বর্মাদা খুৎশিন্নবগী ৱাফম যাওবি। অনীশুবা আর্টিকলদা মফমশিং অসিদা লৈবা মনিপুরী পুলিস আউট- পোষ্টশিং লৌথোকপা, অহুমশুবা আর্টিকলদা ব্রিটিস কম্মিস্নাবশিংনা পীবিবা ঙমখৈ পবিং অদু বর্মিজ কম্মিস্নাবশিংনা যাবা অমদি মনিপুরগী লমখৈবোমদা খুন্দা- লৈতাবীবা মীওইশিংদা বর্মিজশিংনা খুৎ থিংজীন্দবনচিংবা ৱাফমশিং যাওবি । মরিশুবা অর্টিকলগী ক্লোজ ৱান্দগী থ্রি ফাওবা অসিদা বাউন্দবীগী মবমদা খবা হেন্না মবিক চুম্না থম্মী। আর্টিকল অসিদা বর্মাগী নোংচুপ থংবা ঙমখৈ ৱাংমদা লৈবিবা মণিপুরগী শরুক অসি মোবে যাওনা কবো ভেলিগী নোংচুপ্তা লৈবিবা চীংশাং পবেংগী নোংপোক থংবা চীংখোংগী শরুক ফাওবনি হাযনা চাওবাক্লা

শীবি । মখাবোমদনা হায়রিবা চীংশাংশিং অসিগী চীংখোং পবিং তুংইন্না লাক্লগা বর্মিজশিংনা ননশারিং কৌবা, মণিপুরীশিংনা নমশাওলুং কৌবা তুবেলনা লৈতেম মান্নবা লমদমলোমদা থোবকফম মচীন ফাওবা, অমদি মফম অসিদগী তুবেল অসিগী হৌবকফম ফাওবা অমা অমসুং মফম অসিদগী অমুক নোংচুপ পাংনা লৈরিবা চীং লাম্থোক্তুনা লাক্লগা কতেখোং নংত্রেগা মণিপুর তুবেল ফাওবা অসিনি । মসিদগী অমুক কবো ভেলিগী অরাং খম থেংবা মচীন ফাওবা লাক্লগা, মফম অসিগী নোংপোক্তা মণিপুরীশিংনা লৈরিবা চৌতাও, নাওনহে অমসুং নুরাংঘুব খুলশিংগী নোংপোক্তা লৈরিবা অহানবা চীংশাং পবেং অদু ফাওবনি হায়না শীবি । মরিশুবা আর্টিকলগী ক্লোজ মরিশুবদা বর্মিজ কম্মিস্নারশিংনা মখোযদা খুৎশিন্নরিবা লমদমশিং অসিগী রাংমদা লৈরিবা চিনশিং নংত্রেগা মনিপুরগী লমখৈ মনুংদা খুন্দা- লৈতারিবা মীওইশিংদা খুৎ থিংজীন্দনবা মখোয়গী ওফিসারশিংদা ওর্দর তৌগনি অমসুং ব্রিটিস কম্মিস্নারশিংনা কবো ভেলিগী বর্মাদা পীথোকখ্রবা মফমশিংদা লৈরিবা বার্মিজশিংদা মণিপুরীশিংনা খুৎ থিংজীন্দনবা ওর্দর তৌগনি হাযবা রাফম য়াওরি । ব্রিটিসনা মনিপুরগী রা অমত্তা যাওদনা 'অ্যাগ্রিমেন্ট বিগার্দিং কবো ভেলি' সহি তৌনখিবা নুমিৎ জনুরারিগী তাং ৯, ১৮৩৪ ইংদা রাখলনা লাইমন ওইদুনা মহারাজ গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাখি ।

তশেংনমক হায়বদি তবাহুমদোইশুবা চহীচাগী মতুংদা বর্মিজশিংনা মবক-মবক্তা লান্দাদুনা লৌশিনবা নংতনা কবো ভেলি য়াওনা মণিপুরগী নোংপোক্তা লৈরিবা শমজোক (থাংদুট) তগী হৌবগা কলে (কলেরা) অমদি নিংথি তুবেলনা কোনলিবা লমখৈ অসি মণিপুরগী 'হোমলেন্দ টেরিটোরি'গী লমখৈ মনুং চন্না লিশাংশিংনা লৈবকখিবা লমদমশিংনি । 'ট্রিটি ওফ য়ান্দাবু' দা কবো ভেলিগী মতাংদা পন্দ্রবসু, ভেলি অসিগী অয়াম্বা শকক্তি মণিপুরগী মনুং অদুম্মক চল্লবনিনা

(পন্দ্রবসু যাবে হায়বদগী) পনখিদবনি হাযবসি মখাগী ব্রাফম অসিদগী ময়েক শেংলে। "The Goverment of India considered it but just and proper that all the places and territory in the ancient country of Manipur, which were in possession of Gumbhee Singh at the date of the signing of the Treaty of Yandaboo, should belong to that Chief The Sumjok and Kumbat divisions of the Kubo Valley, as far east as the Ningthee Kyendwen River, were accordingly given to Manipur, and the Ningthee river formed the boundary between the two countries " (Grant 1913 11-12)

ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা কবো ভেলি অসি মণিপুবগী ওইফম থোকই হায়না খংলবসু বর্মাগী বেসিদেন্ট মেজব বর্নিগী বিপোর্ট অমনা ব্রাফম অসি থুপচিন্নখি। "In 1931 Major Burney, the Resident at Ava, reported this fact and questioned whether it was worth while to risk accelerating another war for the sake of an unhealthy and depopulated strip of territory " (Grant 1913, 12) অসুম্না লান্দা মাইথিববা বর্মাগী নিংথৌগী ব্রাখল নুংঙাইতবা তৌদনবা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা কবো ভেলিবু থাগী ওইনা লুপা চামঙা (চহীগী ওইনা লুপা লিশীং তকক)তা বর্মাদা শান্দোকহনখি। ব্রাফম অসি, মতম অদুগী চিন হিলসকী পেলিটিকেল ওফিসাব বিঃ এসঃ কেবিনা বর্মাগী চীফ কম্মিস্নাবদা ১৮৯৪ ইংগী মার্চ তাং ১৬তা থাবা বিপোর্টতগী খবগী মখৈদি খংবা ঙম্মী। "Finally, the Governor-General determined that it would be generous act to a defeated power to return the Kabaw Valley in its entirety to Burma, a concession anxiously desired by Burma, and which was a matter of very small moment to India "

অ্যাগ্রিমেন্ট বিগার্দিং কবো ভেলি সাইন তৌনবা ইকুই-কুইদনা জনুৱাবি তাং ২৫, ১৮৩৪ ইংদা, 'অ্যাগ্রিমেন্ট বিগার্দিং কমপেন্সেসন

ফোব দ কবো ভেলি, ১৮৩৪' কৌবা অমসু সাইন তৌনখি। অ্যাগ্রিমেন্ট অসিগী মতুং ইন্না মণিপুরনা বর্মাদগী থা-থাগী ওইনা লুপা (শিকা) চামঙা ফংহনলম্মী। ব্রাফম অসি মহারাজ বোধ চন্দ্রনা মণিপুরগী অহানবা 'কনষ্টিট্যুসনেল মোনার্কি' হৌদোকপা নুমিৎ ওক্টোবর ১৮, ১৯৪৮ ইংদা মণিপুর পার্লিযামেন্তা লাওথোকখিবা মখাগী ব্রাবোল অসিদগীসু খংবা ঙম্মী। "This treaty left for us a good heritage, namely the Kabaw valley of 7,000 square miles for which we now get from Burma Rs 6,270 as annual tribute which according to the spirit of the terms of the Agreement, will cease when the area is reverted to our State" (Sanajaoba, 1992 436) হায়বিবা ব্রাফম অসি যানচে অসিগী ২শুবা আর্টিকলদা মযেক শেংনা পনলি। "It is to be distinctly understood that should any circumtances hereafter arise by which the portion of territory lately made over to Ava again reverts to Munnipore, the allowance now granted by the British Government will cease from the date of such reversion" অদুবু ঙসিদি কবো ভেলিসু মণিপুরগী ওইদ্রে অদুগা শান্দোকমল (অ্যালাওয্যান্স) সু মণিপুরনা ফংদ্রে।

'অ্যাগ্রিমেন্ট বিগার্দিং কবো ভেলি' সহি তৌনববা মতুং ফাওবদা বর্মিজশিংনা ইনশিন্দুনা মণিপুরগী ওইনা লৈবিবা কোঙ্গাল থানা লান্দাহনখি অমসুং মৈ থাদোকহনখি। লোইননা ঙাইহাক লৈতনা বর্মিজশিংগী মাইকৈদগী মণিপুরগী ঙমখৈ লানশিন্না লান্দাবকখি। ব্রাফম অসি কবো ভেলি শান্দোকখ্রবা মতুংদা ঙমখৈগী মতাংদা লৈখাই তাবা ঙমদবদগী থোবকখিবনি হায়না লৌবা য়াই। অদুগীসু মথক্তা মণিপুরনা মতম অমদা ইবাই লাইনা লাকশিনবা ঙমলম্বা ঙমখৈদা লৈবা লৈবাক মচা- মচাশিং অসিনা চৎথবকপা ইবাং কয়া, বর্মাগা তৌনবা য়ান্দাবুগী য়ানচে অমদি মখা তাবকপা কবো ভেলিগী য়ানচেগী মতাংদা মণিপুর

শুকয়াও-যাওহনখিদবনা মবম ওইদুনা, মণিপুবীশিং খুৎ পুনলগা ব্রিটিসকী য়াকা য়েংদুনা লৈবা তাখি।

মখা তাবকপা ঙমখৈগী চয়েৎনবা ওইনা ১৮৭৭ ইংদা থাংদুট (শমজোক) থানাদা লান্দাদুনা মাং- তাকহনখিবা থাংদুটকী চাওফা (শ্যাওবা)না কোঙ্গাল থানাদা লৈবিবা থুমখোং ফাওবা মাগী লমনি হাযদুনা অমুক ক্লেম তৌবকখি। লোয়নননা কোঙ্গাল থানা ১৮৭৭ ইংদা মৈ থাদুনা মাং-তাকহনখ্রবগী তুংদা, কোঙ্গাল অমসুং চাত্রিক্কী মনাক্তা লৈবিবা চসাদ কুকিশিং ইবাং হৌবকখি। মখোয়না মনিপুবগী মনুংদা লৈবিবা তাঙ্খুলশিংগী খুঙ্গংশিংদা ঙাইহাক লৈতনা লান্দাদুনা অমাং-অতা থোকহনলম্মী। মখা তাবকপদা ১৮৭৯ ইংদা কুকি চীফ তোংঙুনা মণিপুবগী মখাদা লৈতবে হাযনা লাওথোকখি। মথং চহী ১৮৮০ ইংদা চসাদ কুকিশিংনা মণিপুবগী নোংপোক্তা লৈবিবা চীংশোং ভিলেজদা লান্দাবক্তুনা মীওই নীফুমঙা হাৎখি অমসুং খুল তুম্না মৈ থাদোক্লম্মী। মাইকৈ অসোমদা কুকিশিংনা ঙাইহাক লৈতনা ইবাং হৌবা অসি নমথনবগীদমক চন্দ্রকির্ত্তি মহাবাজনা লাম্মী তেঙ্গোল অমা থাবম্মী।

তাঞ্জা অসিবু ঙাইদুনা লৈবম্বা ব্রিটিসশিংনা মণিপুব অমসুং বর্মিজশিংগী মবক্তা ঙমখৈগী মতাংদা থোবক্লিবা ব্রাফমশিং অসি তাইশিন্নবা হাযবসি মখোযগী তৌফম থোকপা মথৌনি হাযনা খল্লদুনা সেপ্টেম্বব ১৮৮২ দা কর্নেল জেমস জোনষ্টোল যাওবা বাউন্দবী কম্মিসন অমা অমুক শেমখি। বাউন্দবী কম্মিসন অসিনা 'সুপ্রীম গভর্ণমেন্ট'কী অযাবা লৌবগা অনৌবা ঙমখৈ পবিং অমা কোঙ্গাল থানাগী অব্রাংদা গজ চাম্মাবোম চৎলগা লৈবিবা নামিযা (নুম্মিয়া) তুবেলদগী ওনবা হৌবকখি। অসিগুম্বা ঙমখৈ পবিং অসি মালাইন চীংশাংগী নোংপোক থংবা লোইবোই ঙমথবকপা চীংখোং- চীংয়াগী পবিংদা যুম্ফম ওইবগা কোঙ্গাল থানাদগী গজ (য়ার্দ) খবা (ফিয্যু হন্দ্রেত যার্দস) চৎলগা লৈবা

নামিযা তুবেল লাম্থোক্লগা, অমুক নোংপোক পাংনা হাইগৎলক্লগা টালাইন তুবেলগী হৌবকফম ফাওবা অমা, অদুদগী অমুক নাপংঙা তুবেলগী খোঙলম তুংইন্না লাক্লগা কুসোম (কসোম) চীংশাং ফাওদোকখিবা চীংলক্কী অহোবা (গোর্জ) অদু ফাওবা অমা, অদুদগীদি অমুক অৱাং পাংনা চীং অসিবু থা- মচেৎ শানা কোইহ্বগা লাক্লিবা পবিং অসিনা নামিয়া তুবেল তুবৎ শম্না চৎলগা টালাইন তুবেল ফাওবগী ঙমখৈ পবিংদা মফম চাবা-চাবদা যেংলগা ঙমখৈ য়ুম্বী য়ুংলম্মী। (মেকেঞ্জি, ২০০১ : ২১০)।



কবো ভেলিগী অৱাংথংবা মাইকৈবোমদা, বর্মাগী ওইখ্রবা কবো তম্পাক্তা চেনলিবা মণিপুবগী কামজোং সব-দিবিজনগা মপুং ওইনা থংননা লৈবিবা, মণিপুববোমদগী হৌবকপা/চেহ্থবকপা নামিয়া (নুম্মিয়া) তুবেল অমসুং অঙ্গো চীং। ফোটো অইবা

হাযবিবা মতম অসিদা মনিপুবগী অৱাং- নোংপোক থংবা সোম্রা ট্রেক্কী মাইকৈবোমদসু ইবাং থোবকখি। মাইকৈ অসোমদা থোক্লিবা ইবাং অসি লোইশিন্নবগীদমক অমুক হন্না বর্মিজ অ্যাদমিনিষ্ট্রেসন্না প্লোংবিনগী সব-দিবিজনেল ওফিসাব মি: ব্রিনগেট বর্মাগী মাইকৈদগী, সাব জেমস জোনষ্টোন্না ১৮৮২ ইংদা য়াৎলম্বা ঙমখৈ ঙমখৈ পবিং অদু 'বিলে' তৌনবা হায়বদি মবী লৈনবা মীওইশিংদা পবিং তাক্লবা থাবকখি। মণিপুবগী মাইকৈদগী মোইবাং তোঞ্জাও কৌবা ওফিসিয়েল অমা

পোলিটিকেল এজেন্টনা থাদুনা ঙমখৈগী চয়েৎনবা অদু ৱাবোইশিন অমা পুবক্লবা হোৎনখি। ইন্সপেকসন অদুদগী থাংদুটকী স্বাউবানা তৌবিবা ক্লেম অদু কবিসু নত্তে মফম অদুদা লৈবম্বা মণিপুবী পুলিস পোষ্ট মতম খবা লৈকদবদগী থোরকপনি হাযবসি খংলকখি।

মখা তাবকপা ইবাং ওইনা মণিপুবনা ব্রিটিসকী মখা পোনলবা মতুং ১৮৯৩ ইংদা চসাদ কুকিশিং অমুক হন্না ইবাং হৌবকখি। মসিনা মবম ওইদুনা অপ্পব চিনৱিন্দ দিষ্ট্রিক্টকী কম্মিস্নাব মেকনাব অমসুং মণিপুবগী ওফিসিযেটিং পোলিটিকেল এজেন্ট এ: পোর্টিওস (১৮৯৩- ১৮৯৫সি:ই: অমসুং ১৮৯৮-১৮৯৯ সি:ই.) অনীনা ইবাং থোক্লিবা মফমশিং অদু যেংশিনলবা অমদি গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিযাদা বির্পোট লানখৎলবা মতুংদা মমাংঙৈদগী মণিপুবগী ওইদুনা লাক্লবা সোম্রা ট্রেক্টকী লমদম অযাম্বা বর্মাদা শিন্নথোকখি। " it has been settled that the villages in the Somra basin are not to be handed over to Manipur, it would not have been wonth-while to re-open the question merely for the sake of one or two villages in particular Tuson and Wakhang being administend by Manipur " (AR Manipur 1893-94 2)"

অদুবু মাইকৈ অসোমদা ঙমখৈগী ইবাং লেপ্পা লৈখিদে। মনিপুব অমসুং বর্মা তাইনবা ঙমখৈ পবিংদা লেপ্পা লৈতনা খৎন- চৈনবা কযা থোবকপা অসিগী মরু ওইবা মবম অমদি, হান্না মমাংদা হঞ্জিল- হঞ্জিল ওনখ্রবা মফমশিং অসি মবী লৈনবা মীওইশিংদা লৈবাক্তা উৎতুনা নিংথিনা খংহন্দবনা থোবকপনি হায়না খনলদুনা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা অমুক্কা হন্না অপ্পব চিন্দৱিন দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিস্নাব কেপ্টেন মেক নাব অমসুং মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট কর্নেল মেক্সৱেলবু হান্না ওনখিবা ঙমখৈশিংদা য়ুম্ফম ওইবগা চুমথোক- চুমশিন, তৌদুনা লম ওল্লুনবা দাইবেক্সন পীখি । মফম মফমদা চৎতুনা য়েংশিনলবা অমদি বির্পোট

কয়া খোমজিনলবা মতুংদা বর্মাগা তাইনবা মণিপুবগী ঙমখৈ অসি মণিপুবগী মাইকৈদগী পোলিটিকেল এজেন্ট কর্নেল মেক্সবেল অমসুং বর্মাগী মহৈকৈদগী অপ্পব চিন্দবিন দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিসনাব কেপ্টেন মেক নাব ১৮৯৬ ইংগী মার্চ অমসুং এপ্রিল থাদা অমুক হন্না ওনখি।

ঙমখৈ পবিং অসিগী অহৌবা অসি কোঙ্গাল থানাগী খাবোমদা মিটব খবতমক লাপ্না লৈবিবা থুমখোং অমসুং ১৮৮২ ইংদা জেমস জোনষ্টোন্না য়ুংলম্বা ঙমখৈ নামিয়া(নুমিয়া) তুবেলগী য়েৎথংবা তোবর্বান্দা লৈবিবা ঙমখৈ য়ুম্বী অদুদগী র্মাচকী তাং ১১,১৮৯৬ দগী হৌখি। মফম অদুদগী মথং-মথং বিলে তৌদুনা লাকপনা মাকলং নৎত্রেগা



মণিপুর অমসুং বর্মা তাইনবা, নামিয়া তুরেল লাম্থোক্তিরিঙৈ, কামজোং সব-দিবিজনগী মনুংদা লৈবা কাংপাত খুলগী নোংপোক থংবা মাইকৈদা লৈবা কাংপাত খুল অসিদগী চোংথোরকপা ক্লিপ খুলগী মনাক্তা য়ুংলিবা ঙমখৈ য়ুম্বী। ইন্সেট : ইন্দিয়ারোম থংবা মাইকৈদা ইবিবা বারোল। ফোটো - অইবা

নমালয় তুবেলনা তম্পাকলোমদা থোবককফম, অদুদগী মণিপুরী থানা লৈরম্বা য়াঙপোকপি / (য়াইঙংপোকপী)দগী অৱাং-নোংপোক্তা মাইল মখাইমুক চৎলগা লৈবিবা চীং মচা ফাওবা অমা, অদুদগী খা-নোংচুপলোমদা কোন্দোং / কুনটরোং খুলগী মনাক ফাওদুনা লাক্লগা খুল অসিগী মনাক্তা চেনলিবা খোংগা, অঙ্গুমফা খোংগা তিন্নফমদগী কোথা/কাটা খুলগী মনাক্কী খোং লাম্থোক্লগা লাইচিং নৎত্রগা নম্ফালৌ (নমফালোং) খোং ফাওবা অমা, মফম অসিদগী মথং-মথং লাকপনা লোকচাও নৎত্রগা চোওঙ-জি তুবেলনা চীংদগী থোবককফম ফাওবা অমা অমদি মসিদগী পনথা, চাংথেং/চিনৱা খুলশিংগী মনাক্তা লাক্লগা খেংজোই খুলনচিংবা ফাওদুনা লাক্লগা ১৮৯৪ ইংদা মণিপুর অমসুং চিন হিল্সকী ওমখৈগী মফম অমা ওইখিবা তুইসা নৎত্রগা টিনজিন তুবেল ফাওবনা লেপ্টনেন্ট কর্নেল এইচ: মেক্সরেল অমসুং অপ্পর চিন্দৱিন দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিস্নার কেপ্টেন জে:সি:দি: মেকনাবব অনীনা বাউন্দরী কম্মিস্নার ওইরগা ওনবা, নোংপোক থংবা মণিপুরগী ওমখৈ ওইখি।

ওফিসার অনী অসিনা ওনবা ওমখৈ অদু অয়াবা পীবগী মতাংদা গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া, ফোরেন দিপার্টমেন্টগী ওফিসিয়েটিং দিপুটি *সেক্রেটরি কেপ্টেন এইচ: ডাল্লিনা বর্মাগী চিফ কম্মিস্নারদা ইবা লেটর* নম্বর ১২৬২ ই: বি:, দেটেদ সিমলা, দি ১৬ জুলাই ১৮৯৬ দা অসুম্না থন্নি। "The Government of India accept the boundary laid down by Colonel Maxwell and Captain Mac Nabb and recommended by you, provided no objection is raised by the Chief Commissioner of Assam, to whom a copy of this letter is being sent" লোইননা অপ্পর চীন্দৱিন দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিস্নারবু বাউন্দরী পিলর য়ুংনবা অয়াবা পীখি। ওমখৈ পবিং ওনবা অমসুং লেপ্লবা অসিগী অচৎমন ওইনা মণিপুরনা লুপা লিশীং অনী চামঙা হুম্ফুনীপাল পুথোকখি। মতৌ অসুম্না য়ুমাদোং চীংগী নোংপোক থংবা চীংখোং পবিংনা মণিপুর অমসুং বর্মাগী মপুং ওইবা ওমখৈ ওইখি।

মখা তাবকপা করেসপোন্দেন্স কয়াদগীসু মাইকৈ অসোমদা হান্নদগী য়াম্না পিকশীনসন্না মযেক শেংবা ঙমখৈ পবিং অমদি লৈবে হায়বসি খংবা ঙম্মী। ব্রাফম অসিগী মতাংদা ১৯১৮ ইংগী জন্যুয়াবী ৮ দা, গভর্ণমেন্ট ওফ বর্মাগী চিফ সেক্রেটবি, দব্লিউ: এফ: বাইস-না সহি তৌদুনা থোকপা নোটিফিকেসন অমদসু বর্মাগী নোংচুপ থংবা মণিপুবগা তাইনবা ঙমখৈগী মতাংদা অসুম্না ইবি মদুদি, "On the west- by the state of Manipur and the higher range of hills forming the watershed between Namtaleik or Tuzu River on the West and the Nenwe River on the East " সোম্রা ট্রেক্টা থংনবা মণিপুবগী নোংপোক থংবা ঙমখৈগী মতাংদসু অপ্পব চিন্দব্বিন দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিশ্নাব মাওলাইক্লা মেগী ১৫, ১৯৩৪ ইংদা মণিপুব ষ্টেট দববাবগী প্রসিদেন্টতা ইবা জেনেবেল দিপার্টমেন্ট লেটব নম্বব ৩০২/২টি -৩ (General Department Letter Number 302/2T-3) গী মতুং ইন্না সোম্রা ট্রেক্টী ঙমখৈগী চযেৎনবা লৈত্রে হাযনা থমখি।

মতৌ অসুম্না কুনশুবা চহীচাগী অঙনবা শকক্তা, হান্না লৈজবম্বা ঙমখৈগী শকক্তগী যাম্না পীকথববসু, মণিপুবগী মশাগী ওইবা তশেং-তশেংবা ঙমখৈ অমা বর্মাগা তাইনবা নোংপোক মাইকৈদসু যাংলে হাযবসি মথক্কী ব্রাফম কযা অসিদগী মযেক শেংলে।অদুবু লাইবক থিবদি বর্মানা মণিপুবগী ঙমখৈদা খুৎ থিংজিনলকপদি লেপ্পা লৈত্রি।

**মণিপুবগী খা ঙমখৈ :** মথক্তসু থমজখিবগুম মণিপুবগী ইতিহাসতা ঙমখৈগী লমদা খ্বাইদগী চাওনা শীংনবকপা মতম অসি তবামাপলশুবা চহীচাগী তাঙ্কক অসিনি। মসিগী মকওইবা মবম হায়ববু বর্মানা চহী তবেৎ খুন্তাক- লানশিংনলম্বা অমদি মণিপুবগী লৈবাক মনুংগী ওইবা লৈঙাক্লোন্দা ব্রিটিসনা খুৎথিংজিনলক্তুনা মণিপুববু শোম্বহন্নবা হোংনবকপা অমদি পাঙ্গল থোক্লা তৌনিংবা

থবক অমত্তা তৌবা ঙমহনখিদবা অসিনি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবা লৌবগা মণিপুরগী খা থংবা মাইকৈদা লৈরিবা শুটি (শুটে) হায়নসু খংনবা কামহাও অমসুং লুসাইশিংনা ঙাইহাক লৈতনা ইবাং হৌবকখি।

লুসাইশিংনা ১৮৩৫ ইংদা মণিপুরগী মনুংমক্তদা লৈমিন্নরিবা 'কামাই' (কৈমাই) খুঙ্গংদা লান্দাদুনা খুল তুম্না মৈ থাদোক্লগা মীওই তবামাথোই হাংলম্মী অমসুং কুন অমনা ফাদুনা পুখিবম্মী। মসিদসু নত্তনা কালা-নাগা খুঙ্গংদা লৈরিবা মণিপুর থানাদসু লান্দাবম্মী। থৌদোক অসিগী পাও হেক ফংবগা মণিপুরগী নিংথৌ মৈদিংঙু চন্দ্রকির্ত্তি (১৮৩৪-১৮৪৪ সি. ই অমসুং ১৮৫০-১৮৮৬ সি: ই:) না অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা থাদুনা ইবাং অদুগী মকুওইবা লুচিংবা বেলজিং রাজা লানফা ওইনা ফাবম্মী। অদুবু লুসাইশিংনা মথংগী চহী ১৮৫৪ ইংদা অমুক হন্না মোইরাং মনাক্তা লৈবা সোলযাং খুলদা লান্দাবম্মী অমসুং ১৮৬২ ইংদসু মণিপুরগী মনুংদা লৈরিবা কালা নাগা খুলদসু লান্দাদুনা মাঙ-তাকহনলম্মী। মতম অদুগী মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেজর মেক্কুল্লো (১৮৪৪-১৮৬২ সি: ই·) না লুসাই অমসুং মণিপুরগী মরী ফগৎনবা হোৎনববসু মহৈ য়ানবা ইঙম ঙমখিদে। অহোইনদুম লুসাইশিংনা ১৮৭১ ইংদা কছার, সিল্লেট, মণিপুর, ট্রিপুরানচিংবা মফমশিংদা লান্দাবকপগী চাং হেনগৎলকখি।

থৌদোকশিং অসিনা মরম ওইদুনা বেঙ্গোলগী গর্ভনর জেনেরেলনা লুসাইশিংবু লাকশিন্নবগীদমক লুসাইশিংগী মাইয়োক্তা 'লুসাই এক্সপিদিসন' হায়না খঙনবা লাঞ্জং অদু ১৮৭১ ইংদগী ১৮৭২ ইং ফাওবা চৎথখি। 'লুসাই এক্সপিদিসন' অসিবু মতেং পাংনবা ব্রিটিস সরকারনা মণিপুরগী মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তি দা হাইবকপগী মতুং ইন্না লাম্মী লিশীং অনী থাদুনা মতেং পাংখি। রাফম অসিগী মতাংদা

চৈথারোল কুম্বাবাদা অসুম্না ইবি । " *২৬নি ঈবাইদা সৌরাইজাম্বা মেঙ্গোব, কাংঙবমচা মেঙ্গোব ২ মনচিংনা সিফাই ২০০০ বেগারি ৪০০০ গা লোযনদুনা লুশৈ নাবা চৎলে । সাহেবসু যাওএ।"* (কুম্বাবা, ২০০৫ : ৩৯৫)। 'লুসাই এক্সপিদিসন' অসি মাই পাকপা অমা ওইখি হাইনা 'পোলিটিকেল এজেন্সি' গী 'অ্যানুয়েল অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব রিপোর্ট ওফ মণিপুর, ১৮৭৩' অসুম্না থম্লী, "Several of the Lushai Chiefs followed Damboom and they visited the capital of Manipur In one of their visits to Manipur, Damboom on the part of Poiboi, Daloom Muntri on the part of Lenkoom, Lalkoop, Raja of Lairuk, Konga, Raja of Punohoohi and Balool, Muntri of Dalkoon swore before the Raja and the Political Agent at Manipur, and agreed, for that purpose, to conclude a treaty with Chandrakirti Singh " (Chandramani 1970 52) লুসাই এক্সপিদিসন অসি মাই পাকপা অমা ওইখি হায়রসি 'চৈথারোল কুম্বাবা'দা ইবিবা অসিদগীসু থবগী মখৈদি খংবা ওন্মী।"*রাকচীং থা শগোলশেন্না হল্লে। অদু নুমিত্তা চিপু তেঙ্গোন্দা পোইরোই নিংথৌনা লুশৈ ২৬ পাও শীবকএ। মেঙ্গোব ২ মনা ৯ দি থামহৌএ। নখোয ১৭তি নখোযগী নিংথৌদা পাউ হল্লো হাযনা শীখিএ। ২নি ঈবাইদা পোইরোই নিংথৌনা লম্বুন নিংথৌ, লৈরিক নিংথৌ, ২ মনা চিংদুনা শামু মযা ২ পুরকুনা লোই হাবা লাকএ।"* (কুম্বাবা, ২০০৫:৩৯৫) লাইরিক অসিমক্তদা জনুৱারি তাং ১৮, ১৮৭২ ইংদা তুইয়াই তুরেলদগী নূঙ মরি চিংদুনা থাংজীং মতৈ- মনাও অমসুং নিংথৌগী খোঙ্গুল যেকই অদুগা নূঙ অমনা জেনেরেল নুথাল সাহেবকী হুই য়েকই হাযদুনা ইবি। 'লুসাই এক্সপিদিসন' অসিগী মতুংদগীদি লুসাইশিংনা ইবাং মচা-মচা হৌবক্লবসু মণিপুরগী খা-থংবা মাইকৈ অসোমদা থোইদোক্লা লাংলকপদি তৌখিদরে।

লুসাইশিংগী মথংদা মাইকৈ অসোমদা তোইনা ইবাং থোকহনলিবসি কামহাও (শুটি) শিং অসিসু অমনি। মখোযনা ১৮৫৫ ইংদা মণিপুরগী মনুংদা লৈবিবা নামফৌ ভিলেজ থুগাইদুনা মাং-তাকহনলম্মী। চহী অসিমক্তদসু মণিপুরগী মনুংদা লৈবিবা খুঙ্গং কযা থুগাইবম্মী। পাও অসি হেক তাবগা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা মাইকৈ অসোমদা কামহাওশিংবু নমথনবা চৎলম্মী অদুবু লানফম মচা-মচা খবা শোক্লববা মতুংদা, থোইদোক্না মাই পাক্তনা হল্লকখি। হল্লকপগী লম্বীদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা মাইকৈ অসোম ঙাক্লবা নামফৌদা সিফাই চনী লৈবা থানা (পুলিস পোষ্ট) অমা লীংখৎতুনা থনম্মী। ১৮৫৯ ইংদসু কামহাওশিংনা শুগুনুগী মনাক্তা লৈবা হাওকিপ খুঙ্গং অমদা লান্দাদুনা নুপা তবামঙাগী মকোক, অদুগা নুপী, নুপা, অঙাং নীফুমঙানা লান্‌ফা ওইনা পুখি। ১৮৫৮ ইংদা কামহাওশিংনা অমুক সাইতোন ভিলেজদা লান্দাবক্লম্মী। অদুবু সুবেদার মোইনা সিংহ কৌবা অমনা লুচিংবা মণিপুরগী লাম্মীনা কামহাওশিংবু তানখাইখিবম্মী। মখা তাবকপদা কামহাওশিংনা হাওকিপ অমসুং সাইতোন ভিলেজদা অমুক্কা হন্না লান্দাবকলম্মী।

অসুম্না অসুম চৎথবকপনা চহী অহুমগী মতুংদা কামহাও লুচিংবা কাইকোলে, ওইনা অমসুং অথোকপা সুবেদারনা ফাদুনা ইম্ফালদা পুবক্লম্মী। অদুবু কামহাও লুচিংবশিংনা কাইকোলেবু থাদোকপীনবা হায়জবকপদগী, চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনসু শান্তিবু হঞ্জিল্লবদি হায়দুনা কাইকোলেবু থাদোক্লম্মী। মসিদসু নত্তনা মণিপুরগী লাম্মীনা 'লুসাই এক্সপিদিসন' লোইশিনলকপা মতমদা ফাবগা পুবকপা কামহাও লুচিংবা কোকাটুং অমসুং মীওই যাঙখৈবু, কামহাও লুচিংবশিংনা কাইকোলে থাবক্তুনা থাদোকপীনবা হায়জববদা, চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা অমুক্কসু কামহাওশিংবু থাদোকখি। অদুবু কামহাওশিংনা মখোযগী লমখৈ হেক

য়ৌখিবগা, মখোয়গী লুচিংবা অমা শিখিবগী শাইবেন চন্নবগীদমক মীওই চাম্মগী মকোক লুখা থাগনি হায়বা ব্রাফম লাকপদগী মহাবাজ চন্দ্রকির্ত্তিনা কামহাওশিংবু অচৌবা পবা অমা তম্বীবগে খনখি। চৈবক অসিদা কামহাওশিংনা 'মুক্কং' অমসুং 'কুমসোল' ভিলেজশিংদা লান্দাবম্মী। লাঞ্জেল্লকপা মীওই কয়া চাইবেল অমসুং ব্রাংগুদা শাইদাংফম লৌদুনা লৈখিবম্মী। হৌখিবা অমসুং হৌজিক ওইবক্কিবা ফিভমশিং অসি যেংলুবগা, মতম অদুগী মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট ব্রাউন্নাসু



চুবাচান্দপুব দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চনবা ম্যানমাবগা তাইনবা বেহিয়াং খুলগী থুমখোং মনাক্তা লৈবিবা মহাবাজ চন্দ্রকির্ত্তিনা য়ুংলম্বা অহকপা ওমথৈ যুম্বী। ফোটো অইবা

কামহাওশিং অসি পবা অমা তম্বীবগী মতম যৌবে হাযনা খনখি। ব্রাফম অসিগী মতাংদা মহাক্না ব্রিটিস গভর্ণমেন্টতা বির্পোট থাদুনা খংহনখি।

অসুম্না মাইকৈ অসোমদা হৌবক্কিবা ইবাংশিং অসি নমথনবগীদমক ১৮৭৫ ইংগী ফেব্রুৱাবিদা থাঙ্গাল জেনেবেল অমসুং শাব্রাইজাম্বা (শৌগাইজাম্বা) অনীগী লুচিং মখাদা লাম্মী লিশীং অনী চামবি পুবগা শুগুনুদা লানবল শাদুনা লৈখি। ব্রাফম অসিগী মতাংদা চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি।" *১০নি নিংথৌকাবদা সৌগাইজমচা মেঞ্জোব*

*কাংঙবমচা মেঞ্জোব ২মা অকামহাও নাবা চৎলে।" (কুম্বাবা, ২০০৫:৪২৫)*।চহী অসিমক্কী ফেব্রুৱাবি থাদগী হৌনা মণিপুবী লাম্মী তেঙ্গোল অসিনা কামহাওশিংগী মক ওইবা মফমশিং অমদি অতৈ ভিলেজশিংদসু লান্দাখি। কামহাওশিং মপুং ওইনা নমথখি। মখা তাবা ইবাং মচা-মচা খবদি ১৮৭৭, ১৮৭৮ অমসুং ১৮৮৩ ইংদা লৈখ্রবসু, মাইকৈ অসোমদা কামহাওশিংনা চাওনা ইবাং হৌবদি ঙমখিদবে।

অদুবু হান্না লৈজবম্বা মণিপুবগী লমখৈ মনুংদা, মণিপুবগী মখা থংবা মাইকৈদা চিন হিলস অমসুং লুসাই হিলসগী মবক্তা অমুক নৌনা ঙমখৈ পবিং অমা য়াৎপগী তঙাইফদবা অদু অহানবা অমসুং অনীশুবা অ্যাংগ্লো-বর্মিজ ব্নাব লোইববা মতুংদা লাকখি। অসিগুম্বা ঙমখৈ পবিং অমা যাৎপগী তঙাই ফদবা অসি লাকপগী মক ওইবা মবমদি ব্রিটিস বর্মাগী মনুংদা চিন হিলস দিষ্ট্রিক্ট শেমগৎলকপা অমদি ব্রিটিস ইন্দিযাগী মনুংদা 'লুসাই হিলস' কৌবা অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব ইউনিট অমা নৌনা লীংখৎলকপা অসিগী খুদোংচাবা লৌবগা, দিষ্ট্রিক্টশিং অসিগী ইন-র্চাজ ওইবিবা ব্রিটিস ওফিসাবশিংনা মখোয মখোযনা কোনলিবা/পুবিবা লমশিংগী ঙমখৈ পাকথোক-চাওথোকহন্দুনা মখোযগী লৈঙাকলোন্দা খুদোং চানবা অমদি হেন্না শক্তি চলাইনবগী ব্নাফম্না মাংওইনখি। মনিপুব থুগাইদুনা মনিপুবগী মনুংমক্তদা শেন্নিবা অনৌবা অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব ইউনিটশিং অসিগী অনৌবা ঙমখৈগী তঙাইফদবা লাকখি । ব্নাফম অসি ১৮৯৪ ইংগী বাউন্দবী কম্মিসন্দা যাওখিবা ইর্ন্টিলিজেন্স ওফিসাব লেপ্টনেন্ট দব্লিউ: এইচ: দেন্ট গী বিপোর্টতগীসু খংবা ঙম্মী। "When, however, after the occupation of Upper Burma in 1885, we entered the Chin Hills, it yearly became more necessary that a border should be fixed between the Chin Hills and Manipur" (Dent, 1894 14)

তশেংনমক হাযবা তাববদি 'ট্রিটি ওফ য়ান্দাবু' দা বর্মা অমসুং মণিপুবগী ঙমখৈগী মতাংদা পনলমদবনা মবম ওইদুনা মখা তাবকপা 'ট্রিটি বিগার্দিং কবো ভেলি'না মবম ওইদুনা কবো ভেলিবোমদা মণিপুবগী হান্না লৈজবম্বা 'নেচবেল বাউন্দবী', নোংপোক্তা নিংথি তুবেল, অৱাংদা থাংদুট (শমজোক), খাদা কুলে (কালে)না কোনবা লম থুগাইদুনা মণিপুবগী মনুংমক্তদা, কবো ভেলিগী শরুক খাইদোক্লগা বর্মাদা পীথোকখিবগী ৱাফম লাকখি। অসিগুম্বা ৱাফম অসিনা কেপ্টেন পেম্বর্টন্না মাইকৈ অসোমদা মণিপুবগী, মনুংমক্তা অনৌবা ঙমখৈ পবিং অমা য়াংখি। "According to the Treaty of 1834 ceding the Kubo Valley to Burma the southern boundary of Manipur from the east begins at the point where the river called by the Burmans Nansawing, and by the Manipuris Numsaulung, enters the plain, up to its sources and across the hills due west down to the Kothi Khyoung (Manipur River)" (Mackenzie, 2001 171)

কেপ্টেন পেম্বর্টন্না মাইকৈ অসোমদা যাংলম্বা ঙমখৈ অসিবু 'পেম্বর্টনস এনক্লেভ' হাযবগসু খঙনৈ। এনক্লেভ অসিগী মনুংদা লৈবিবা চাওবাকপা ঙমখৈ অসি নোংপোক্তা কবো ভেলিগী অহৌবা মচীনদগী নোংচুপ্তা মণিপুব বিভব ফাওবা অমা অদুগা নমসাইলুং খোংদগী অৱাংদা তুসু ফাওবগী লমখৈ অসিমখৈনি। অদুবু বর্মিজশিংনা খবা ইনশিন বর্মাদা নৌনা অ্যাদমিনিষ্ট্রিটিব ইউনিটশিং লীংখৎনবা চংলকপা ব্রিটিসশিংনা খবা ইনশিন তৌদুনা 'পেম্বর্টন এনক্লেভ' কী লমখৈ মনুংদা লৈবিবা ট্রাইব মচা-মচাশিংনা ১৮৩৮ ইংদগী ১৮৯১ ইং ফাওবদা ইবাং কযা শাগৎলকখি। মসিনা মবম ওইদুনা মাইকৈ অসোমদা হঞ্জিল-হঞ্জিল লমখৈ পবিং অমা যাৎপগী তঙাই ফদবা লাকখি। ৱাফম অসি মতম অদুগী চিন হিলসকী পোলিটিকেল ওফিসাব বি: এস: কেবিনা বর্মাগী চীফ

কম্মিস্নাবগী চীফ সেক্রেটবিদা মার্চকী তাং ১৬, ১৮৯৪ ইংদা ইবা মখাগী য়াবোলদগী খঙবা ঙম্মী। "Since 1834, and up to the annexation of Upper Burma, Pemberton's line has been examined certainly thrice (1871,1872, and 1881) and once revised (1881), but on each occasion it was the border line between Manipur and the Burma possessions of Thaungdhut and the northwest of Kabaw valley which had become the cause of disputes, and not until the annexation of Upper Burma and consequent occupation of the Chin Hills did the question seriously crop up as to how much hill territory Manipur claimed to administer on the south of her plain" *(From B S Carry, Esq, C I E Political Officer, Chin Hills, and Burma Boundary Commissioner, to the Chief Secretary to the Chief Commissioner Burma - No C2, dated the 16th March, 1894)*



চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টকী সিংহাট সব-দিবিজনগী মনুং চনবা বেহিয়াং খুলগী নোংপোক্তা বর্মাগা তাইনবা মফম অমদা হৌজিক-হৌজিক য়ুংলিবা ঙমখৈ য়ুম্বী। ফোটো অইবা

য়াফম কয়া অসিনা মবম ওইদুনা গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা, আসামগী চীফ কম্মিস্নাবদা চিন হিলস অমসুং মণিপুরগী অবেপ্পা ঙমখৈ অমা ১৮৯২-৯৩ ইংগী নিংথম থাদা য়াংথোক্লবগী য়াবেপ আগষ্টকী তাং ১৫, ১৮৯২ ইংদা খংহনলকখি।

অদুবু ব্রাবেপ অদু অব্রাং থংবা চিন হিলসতা চীংমীশিংনা ইবাং হৌবকপদগী চহী অদুমক্তদা পাংথোকপা ওমখিদে। মখা তাবকপা ব্রাফম ওইনা চিন হিলসকী পোলিটিকেল ওফিসাব বি: এস: কেবি অমসুং মণিপুরগী ওফিসিয়েটিং পোলিটিকেল ওফিসাব এ: পোর্টিওস অনীনা বাউন্দরী কম্মিস্লাব ওইবগা শেন্থা বাউন্দরী কম্মিসন্না জনুব্রাবিগী তাং ২৭, ১৮৯৪ ইংদা টিনজিন্দা উন্নদুনা মণিপুরগী খা ওমখৈ পবিং য়াৎপা হৌখি।

ওমখৈ পবিং অসি বর্মিজশিংনা টিনজিন চাও কৌবা, চিনশিংনা টুইসা কৌবা খোংগী মথক থংবা ইচেললোমদা অব্রাং-নোংচুপ মাইকৈবোমদা লাক্লগা কুকি অমসুং চিনশিংনা কেনজ্যেইদুং কৌবা, টিনজিনগী হৌবকফম খোংলম মচা অসিগী মথক্তা অহানবা যুম্বী যুংদুনা ওনবা হৌখি। মফম অসিদগী অমুক খা-পাংনা লাক্লগা যাংদু খোংগী পবিংদগী মণিপুর তুবেলনা চেম্থবিবা খোংলম অদু ফাওবা অমা, মখা তানা মণিপুর তুবেলগী খোংলম তুংইন্না লাক্লগা তুবেল অসিদা তাবিবা যাংকাই খোংগী মনীংপাংনা মথকলোমদা খোং অসিগী হৌবকফম ফাওবা অমা, অদুদগী অমুক চীংলক্তা কুমথবক্লগা খুগা নৎত্রগা টুইটা তুবেলগী মশা ওইবিবা চিকা খোংগী খোংলমদগী অব্রাং থংবা মাইকৈদা তম্পাক মচা অমা লৈবিবা মফম অদু ফাওদুনা চৎলিবা খোংলম অদু ফাওবা অমা, অদুদগী নোংচুপলোমদা অমুক লাক্লগা লেনটাং চীংশাংদা লৈবিবা লপ্লোং অহুম ফাংবা 'ট্রিগোনোমিকেল হিল ষ্টেসন' অমসুং চীবু থুমখোংদগী মিটব খবতমক লাপ্লা লৈবিবা টুহভাই তুবেলদা তাবিবা সুমটুইলুই খোং ফাওবা অমা, অদুদগী অমুক টুইভাই তুবেল ফাওবা লাক্লগা চিনিং তুবেলগী তাফম ফাওবা অমা, মফম অসিদগী অমুক লাক্লগা সালাম খোংগা টুইভেল খোংগা তাইনফম ফাওবা অমা, অদুদগী অমুক মিটব চনীযাঙ্খেবোম লাপ্লা লৈবা টুইভেল খোংগী খোংলমদা লাক্লগা তুইমোং খোংগী হৌবকফম ফাওবা অমা, মফম অসিদগী নোংপোকলোমদা মাইল মবিমুক লাপ্লা চৎলগা লৈবা ফুট লিশীং মবিমুক ব্রাংবা চীংদোল লান্দুনা টুইমোং তাংঘা, তুইখুই অমসুং টুইলাখ খোংশিংগী হৌবকফম ফাওবা

লাক্লগা তাংঘা খোংগী খোংলমদা মাইল অনীমথাই অমুক চৎলবা মতুংদা, অকবা লোকচপ ফাওবা কুমথবগা হাইগৎলক্লিবা লুংলেন চীংগী চীংদোল ফাওবনা মণিপুর অমসুং চিন হিলসকী ঙমখৈ ওইখিবনী।

অসুম্না মণিপুরগী খা ঙমখৈ অসি চাওবাক্লা তুমুদগী দিম্পি/ দিংপি ফাওবা অমা, দিংপিদগী হৌবি চীংদোল ফাওবা অমা, হৌবি চীংদোলদগী কৈলাম চীংদা লৈবিবা খ্বাইদগী ৱাংবা চীংদোল ফাওবগী পবিং অসিনা ওইখি। মাইকৈ অসোমদা যাৎলিবা ঙমখৈ পবিং অসি মণিপুরনা যানিংদবা ফোংদোকখিবগী ৱাফম লেপ্টনেন্ট দব্লিউ: এচ: দেন্টনা মাগী রিপোর্ট 'দাইরি এন্দ রিপোর্ট ওফ দি মণিপুর বাউন্দরী কম্মিসন, ১৮৯৪' দা মথাগী অসুম্না থল্লি। "Manipur's objection was that it took away from her a large and possibly valuable portion of hills which had been given her in 1834, which might be of great mineral wealth, which (Manipur stated) contained upwards of 90 big villages, and which, in the event of a railway running through Manipur to Burma, would be valuable" (Dent, 1894 14) মণিপুরগী ৱাকৎ ব্রিটিস গবর্ণমেন্টনা তাখিদবা অসি অঙকপা নত্তে। মরমদি ১৮৯১ ইংগা ব্রিটিসকী মথক্তা লাল হৌদুনা আসামগী চীফ কম্মিস্নর যাওনা মীওই মঙা মঙক কক্লুনা হাৎখ্রবা, মদগী মতুং তারকপদা 'অ্যাংগ্লো-মণিপুরী রার, ১৮৯১' থোক্লুনা লান্দা মাইথিখ্রবা মণিপুরবু কবিগুম্না মওং অমতদা (মণিপুরগী) যাইফনবা তৌবক্নি হায়বগী পাজবা লৈত্রবা তাঙ্কক অমদনি মণিপুরগী ঙমখৈ পবিংশিং ব্রিটিসনা যাৎখিবা অসি।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা মণিপুরগী খা থংবা মাইকৈদা লেমহৌবিবা ঙমখৈ পবিং অসি অমুক ওন্নবগীদমক ব্রিটিসনা শেম শাবা হৌখি। ব্রিটিসপু শীংনবা ঙম্বা অমদি লান্দা মাইথিখ্রবা মণিপুরবু মচেৎ-মচেৎ থুগাইদুনা মপাঙ্গল শোঙ্থহনবা হায়বসি ব্রিটিসকী অবোনবা অ্যাজেন্দা অমা ওইবমলোই হায়নিংঙাই লৈতে। অসিগুম্বা ফিভম অসি

লৈবাক অমগী ওমখৈ শেমদোক- শেমজিন তৌবগী শক্তি অসি, য়ুমলোন্নরিবা নৎত্রগা লৈমিন্নবিবা মীওইশিংনা পুকচেন- খোইজেল তিন্নবক্তুনা অতোপ্পা মীগী মখুৎতা তাখ্রবা মতমদা হেক-হেক থোবকই। অসুম্না মথক্তসু পঞ্জখিবগুম লুসাই হিলসতা ব্রিটিসকী 'অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব ইউনিট' অমা হাংদোকখিবগা লোইননা মণিপুব অমসুং লুসাই হিলসকী ওমখৈ য়াংথোকতবা য়াদবগী তঙাই ফদবা লাকখি। ব্রাখল্লোন অসিনা মাংওইনবগা মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেক্সবেল (১৮৯৯- ১৯০২ সি: ই:)অমসুং লুসাই হিলসকী ওফিসিয়েটিং সুপবিন্টেদেন্ট এইচ: দব্লিউ: জি: কোল (১৮৯৯-১৯০০ সি: ই:) অনীনা লুচিংবা বাউন্দবী কম্মিসন্না ১৮৯৯ ইংগী জনুবারি ২২ দগী ফেব্রুবাবি ৯ ফাওবা মণিপুবগী খা মাইকৈদা লৈবিবা লুসাই হিলসকা তাইনবা ওমখৈ পবিং অসি মণিপুব, অসাম অমসুং বর্মা অহুম্মক্কী তাইনফম ওইবিবা ববাক অমসুং টুইভাই তুবেল অনীগী ইতিন্নফম টিপাইমুখদগী ওনবা হৌখি।

টিপাইমুখকী মথক থংবা খোংলমদা সেনভোং চীং কোইদুনা হাইগৎলক্লগা টুই-টোই হায়না কৌবা টুইভাই তুবেলদা তাবা খোংগী মচীন ফাওবা লাক্লগা বোংকোট চীংগী চীংয়াংদা ওমখৈ য়ুম্বী অমা য়ুংলম্মী। অদুদগী নোংপোকলোমদা বোংকোট লাম্থোক্লগা ভাম- ভুম - লুই খোংগী হৌবকফম ওইবিবা খোং মচা অসিগা টুইভাইগা তিন্নফম অসি ফাওবা অমা, অদুদগী অমুক চেপুই চীংগী অব্রাংদা চেনলিবা টুইভাই তুবেলগী খোংলম তুংইন্না লাক্লগা লুংলেন চীংগী অব্রাংলোমদা চেনলিবা টুই টুই খোংগী তিন্নফম ফাওবা অমা, অদুদগী অমুক লুংলেন চীংদগী মাইল মবিমুক লাপ্না লৈবিবা, হান্না ওনখ্রবা মণিপুব চিন হিলসকী নীপালশুবা ওমখৈ য়ুম্বী য়ুংলিবা চীংয়াং ফাওবা অসিনা মণিপুব অমসুং লুসাই হিলসকী ওমখৈ পবিং ওইখি। হায়বিবা ওমখৈ পরিং অসিগী অয়াবা গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা ১৯০০ ইংগী মেগী তাবিক ১৮দা আসামগী চীফ কম্মিস্নাবদা ইবা ব্রাবোল অমদা, "The Boundary, as fixed by the

Commission is approved " হায়দুনা অয়াবা পীখি।

লুসাই চীং অমসুং মণিপুবগী ঙমখৈগী ব্রাফমদা তংদু-লৈতাবা অমা পুবকখিবগী মতাংদা পোলিটিকেল এজেন্সিগী অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব বিপোট (১৮৯৯- ১৯০০ সি: ই:) দা ময়েক শেংনসু ইবি। বিপোর্ট অসিদা লুংলেন চীং মনাক্তগী বাউন্দবী য়ুম্বী য়ুংবা হৌবকপা অদু নোংচুপ পাংনা টিপাইমুকলোমদা লাক্লগা লোইশিনবগী ব্রাফম পনল্সি। বিপোর্ট অসি গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়াদা চহী অসিদা পীশিনখিবগী ব্রাবোলসু ফোংদোক্লি। মথক্কী বিপোর্ট অসিদা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট লেপ্টনেন্ট কর্নেল পি: মেক্সরেলনা বর্মা- কবো ভেলি, বর্মা- চিন হিলস অমসুং অসাম-লুসাই হিলসকী ঙমখৈ অসি ময়েক শেংনা লেপ্লে হায়না পনলি।

মতৌ অসুম্না তবামাপলশুবা চহীচাগী লোইশিনলকপদা, মনিপুবগী মাইকৈ খুদিংমক্তা ময়েক শেংবা, হান্না লৈজবমবদগীদি য়াম্না পীকশিল্লবা অনৌবা ঙমখৈগী ব্রাখল্লোন্দা য়াংথোকলবা, ঙমখৈ পবিং অমা লৈখি। অনৌবা ঙমখৈ পবিং অসিগী মতুং ইন্না হৌজিক -হৌজিক মনিপুবনা য়ুমলোন্নবিবা লৈবাকশিং অসি অব্রাংদা নাগালেন্দ ষ্টেট, খাদা মিজোবাম ষ্টেট অমসুং ম্যানমাব, নোংপোক্তা ম্যানমাব অমসুং নোংচুপ্তা অসাম ষ্টেটনি। ❑



মণিপুবগী জুকো ভেলি। ইন্সেট : ভেলি অসিদা নাগালেন্দনা (মখোয়গী শকক্লি হায়বা লমদা) শাজিনলকপা গেষ্ট হাউস। ফোটো · অইবা

# ৫. মণিপুরগী ঙমখৈদা নৌনা শীংনরকপা

বর্মানা মণিপুববু চহী তবেৎ (১৮১৯-১৮২৬ সিঃইঃ) মখোযগী মখাদা থমদুনা খুন্তাক-লানশিরুববা মতুংদগীদি, মতম অমদা খা-নোংপোক এশিয়াদা মশক-মচু থোক্লা মনীং-তম্না পানলম্বা মণিপুব, নোংমা-নোংমগী মঙম শানবা হৌবকখি। মহাবাজ গম্ভীব সিংহগী মতমদা মণিপুবগী মাংখ্রবা ঙমখৈ অমুক হন্না হঞ্জিলনবা হোৎনববসু, ব্রিটিস সবকাবনা খুৎ-পুনলগা থমখিবনা গম্ভীব সিংহগী থৌনা-লিংজেন নিংথিনা ফুদোকপা ঙমহনখিদে। অহোইনদুম ব্রিটিসনা মণিপুববু মচেৎ-মচেৎ থুগাইদুনা মপাঙ্গল শোম্থহন্নবা হোৎনখি। কাইনথংদা ব্রিটিসনা মণিপুব থাদোক্লুনা চৎখ্রবা মতুংদসু, মখোয়না হুনলম্বা চাবনা কাঙদোং ফাবক্লুনা, নৌনা মণিপুবগী ঙমখৈ অমদি অপুনবা শক্তমদা শীংনবা হৌবকখি।

**নাগালেন্দ ষ্টেট পোক্লকপা অমসুং মনিপুরগী ঙমখৈ :** ব্রিটিসনা মণিপুবগী অব্রাং থংবা মাইকৈদা মখোয়গী লোইলম লৈঙাক্লোন চলাইবদা খুদোংচানবগীদমক হাংদোকখিবা অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব ইউনিটনা ঙসিগী নাগালেন্দ ষ্টেট পোকলক্লবগী মরু হুনখি। ষ্টেট অসি নৌনা শাফোংলকপগী ব্রাবী-ব্রাখোং খজিক্তং হঙ্গৎনা য়েংলবদা, ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা হৌজিক্কী অসামগী মনুংদা লৈবা নাগাও দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চনলম্বা হাফলোং বিজনগী জেমি এবিয়াদা

লৈবা অসালুদা, ব্রিটিস মচা লেপ্টনেন্ট গ্রেগোবিনা অহানবা সব- দিবিজনেল ওফিসাব ওইনা অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব ইউনিট অমা ১৮৫২ ইংদা হাংদোকখি। হাযবিবা অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব ইউনিট অসি, নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট হায়না অপগ্রেদ তৌদুনা, হৌজিক্কী নাগালেন্দ ষ্টেটকী কেপিটেল ওইবিবা, কোহিমাগী মনাক্তা লৈবা শমাগুটিং (চুমুকেদিমা) দা, ১৮৬৬ ইংদা দিষ্ট্রিক্ট হেদ ক্বাটর হোংলকখি। অসুম্না নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট অসি বেঙ্গোল প্রসিদেন্টসিগী মখাদা লৈবন্দ্রগী ১৮৭৪ ইংদগীদি অসাম প্রোভিন্সকী মখাদা দিষ্ট্রিক্ট অমা ওইনা অমুক লৈখি। দিষ্ট্রিক্ট অসিগী হেদ ক্বাটর অসি শমাগুটিংদগী ৱাখাদা ১৮৭৬ ইং, অমদি কাইনথংদা ৱাখাদগী কোহিমাদা ১৮৭৮ ইংদা মথং-মথং হোংলকখি।

ব্রিটিস অ্যাদমিনিষ্ট্রেসনগী মখাদা, কনানা কনানো, কদাইদা লৈবনো, কবি কৌবা ট্রাইবনো হাযবা ফাওবা খংনদনা লৈবন্দ্রদগী মালেমগী অহানবা লাঞ্জাও (১৯১৪-১৯১৮ সি·ই:)গী মতমদা ব্রিটিসনা নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্টকী মফম কয়াদগী খোমগৎলকপা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপকী নাগাশিং অসি ইউরোপ্তা লালগী থবক শুনবা শিন্মী ওইনা পুখি। "In France the Nagas were not used for fighting but used as a labour force for carrying loads and building roads " (Sema 1992 80) ইউরোপ্তা চৎলুবগা হল্লকপা নাগাশিংনা মপুং ওইবগা, ১৯১৮ ইংদা কোহিমাদা 'নাগা ক্লব' কৌবা অমা শেমখি। হাযবিবা 'নাগা ক্লব' অসিনা অহানবা ওইনা 'সাইমন কম্মিসন'[১] গী মকোক ওইবিবা সাব জোন সাইমনদা, নাগাশিং অসিবু ব্রিটিসনা থাদোকপীদনবা, অমদি অতৈ ৱাবোলশিং

[১] সাইমন কম্মিসন (১৯২৭ সি ই) হায়বা অসি ইউনাইটেদ কিংদমগী পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বর তরেৎনা শাবা 'ইন্দিয়াগী কনষ্টিটিউসনেল রিফোর্মস' য়েংশিন্নবা শেম্না, সাব জোন সাইমন কৌবা নুপা অমনা লূচিংবা কমিটি অমনি।

যাওবা মেমোরেন্দম অমা পীশিনখি। মরী লৈনবা ৱাবোলদি," we pray that the British Government will continue to safeguard our rights against all encroachment from other people who are more advanced than us by withdrawing our country from the Reformed Scheme and placing it directly under its own protection" (Chasie, 1999 166) হায়রসিনি।

মেমোরেন্দম অসিদা যাওবিবা যাম্না ইন্টরেষ্টিং ওইবা অতোপ্পা ৱাফম অমদি নাগাশিংবু ১৮৭৯-১৮৮০ ইংদা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা নাগা হিলস লৌশিন্দ্রিঙৈদা, অৱাং অমসুং নোংচুপ্তা অসামীজশিংগা, খাদা মণিপুরীশিংগা লাল শোক্লদুনতা লাকই অদুবু কৈদৌনুংদসু মখোযগী মখাদা লৈবক্তে হায়বা ৱাবোলসিনি । তশেংনমক হায়বা তাববদি নাগাশিং অসি মনিপুরগী মখাদা লৈবম্বা নত্তে, মনিপুরগী মনুংদা লৈবম্বনি । অদুবু মথক্কী ৱাফম অসিনা, নাগাশিংনা অমত্তা ওইনা মনিপুরীশিংগা মাইযোক্তা লাল শোক্লবগী মওং মানহল্লি । অদুবু মেমোরেন্দম অসিদা যাওবিবা মখাগী ৱাবোল অসি যেংলুবগদি, নাগাশিংনা মনিপুরীশিংগী মাইযোক্তা লাল শোক্লদুনতা লাকই হায়বসি ওইথোকপা যাবা ৱাফম নত্তে হায়বসি মযেক শেংহনদি । "Our Country within the administered area consists of more than eight tribes, quite different from one another with quite different languages which cannot be understood by each other, and there are more tribes outside the administered area which are not known at present We have no unity among us and it is really the British Government that is holding together now" (Chasie, 1999 165)

তশেংনমক হায়বা তাববদি খুল-খুলগী ওইবা লান্দী মণিপুরী নাগাশিংগী মবক্তসু, মণিপুরী মৈতৈশিংগী মবক্তসু, ইতিহাসকী ঙনলিঙৈ মতমদদি অদুম মতাং মতমগী মতুংইন্না শোক্লদুনতা লাকই।

নাগা কাণ্ডলুপ মচা-মচাশিংগী খুল্লাকপা নিংথৌশিংগী য়ুমদা য়ানলম্বা/ থেৎলম্বা মী মকোকশিং অদু থংনবা নাগা খুলশিংগী মী মকোক্লা অয়াম্বনি, মনিপুবী মৈতৈশিংগী ইয়াও য়াওবমলোই । অমবু ওইবে অমবু ওইবে, লেনজাং কৌবা কুকি অমা য়াওনা নাগা ক্লবকী মীওই কুন্না মথক্তা পনথ্রিবা মেমোবেন্দম অসি সাইমন কম্মিসন্দা পীশিনলবা মতুংদা, কম্মিসন অসিনা 'হাওস ওফ কম্মন্স' কী 'ইস্পিসেল কমিটি ওন ইন্দিযান বিল' দা ব্রাফম অসি অমুক পুখৎলম্মী । মখা তাবকপদা ব্রিটিস গভর্ণমেন্টনা নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট অসি, অতৈ হিল দিষ্ট্রিক্ট খবগা লোইননা, অসাম প্রোভিন্সকী মনুংদা 'এক্সক্লুদেদ এবিয়া' হায়না থমলম্মী । মসিগী মতুংদা, ইকুই কুইদনা ' গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্ট, ১৯৩৫' কী মখাদা 'নাগা ট্রাইবেল এবিয়া' হায়না অমুক মমিং ওনখি ।

মালেমগী অনীশুবা লাঞ্জাও (১৯৩৯- ১৯৪৫সি:ই:) গী মতুংদগীদি নাগাগী পোলিটিক্সতা অচৌবা অহোংবা অমা লাকপা হৌখি । লাঞ্জাও অসিগী মতমদা, লাল অসিনা মবম ওইদুনা নাগা হিলসতা অমাং-অতা কযা থোকখি । অমাং-অতা কযা অসি অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎপদা মতেং ওইনবা, মতম অদুগী নাগা হিলস - দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিস্নাব সি: আব: পাউশ্যিনা 'নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট ট্রাইবেল কাউন্সিল' কৌবা অমা ১৯৪৫ ইংদা শেমখি । কাউন্সিল অসিগী মমিং ১৯৪৬ ইংদা ৰোখাদা ফমখিবা সেসন অমদা নাগা নেস্নেল কাউন্সিল (এন:এন:সি:) হাযনা মমিং ওনখি । মযাং নোকচানা নাগা নেস্নেল কাউন্সিলগী অহানবা প্রসিদেন্ট ওইখি (ভাসুম, ২০০০:৬৮) । কাউন্সিল অসিনা, ব্রিটিস্না ভাবত থাদোক্লমদাই, ১৯৪৭ ইংগী ফ্রেবুৱাবি তাং ২০ দা, মতম অদুগী ভাবতকী ভাইসবোয় লোর্দ মাউন্টবেটন্দা, চহী তবাগী ওইনা 'ইন্তবিম

গভর্ণমেন্ট' অমা থম্বীদুনা নাগাশিংনা রাজনিতিগী ওইবা কবি ফীবম লৌগদগে হায়বদুগী মতাংদা খন্নবগী তাঞ্জা পীবিনবা মেমোরেন্দম অমা পীশিনখি। মেমোরেন্দম অসি পীশিনখিবগী মহৈ ওইনা, এন:এন:সি: অমসুং ব্রিটিস ইন্দিয়া গভর্ণমেন্টকী মবক্তা, মতম অদুগী অসামগী গভর্নর, সার অকবর হাইদরিনা, ব্রিটিস ইন্দিয়া গভর্ণমেন্টকী মহুৎ শিন্দুনা ১৯৪৭ ইংগী জুন থাদা 'হাইদরি অ্যাগ্রিমেন্ট' নৎত্রগা 'নাইন পোইন্ট অ্যাগ্রিমেন্ট' হায়না খঙনবা অ্যাগ্রিমেন্ট অমা কোহিমাদা সহি তৌনখি। যানচে অদুগী মাপলশুবা পোইন্ট অসিনা মরম ওইদুনা এন:এন:সি: মনুংদা অ্যাগ্রিমেন্ট অসিবু শৌগৎপা মশীং যাম্বা কাঙবু অমা অমসুং অ্যাগ্রিমেন্ট অসিবু য়াদবা, মশীংদি যামদবা মরুদি ওইবা, জাপু ফিজো কৌবা অঙ্গামী মচা অমনা লুচিংবা, হকচিনবা (রেদিকেল) কাঙবু হায়না অনী থোরকখি।

মখা তাবকপদা নাগা নেস্নেল কাউন্সিলগী রেদিকেল কাঙবুনা ১৯৪৭ ইংগী আগষ্টকী তাং ১৪ দা নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট নীংতম্লে হায়না লাওথোকখি। অদুবু প্রেসতা থাদোক্কদবা টেলিগ্রাম/ টেলিগ্রাফ কোপিশিং অদু নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কম্মিস্নার পাউশিনা থিংবদগী, রাফম অসি নাগা হিলসকী রাংমদা মেক লাওখিদে। "But before they were despatched the Postmaster referred them Pawsey (then Deputy Commissioner of the Naga Hills) He decided that they would only make trouble , so he ordered them to be withheld " (Quoted by Vashum, 2000 73). রাফম অসিনা, মতম অমদা পুন্না লৈমিন্নবম্বা মচিম্নাও ওইবা মনিপুরীশিংদগী তোখাই তাহন্দুনা লোইবম লৈঙাক্লোন শন্দোক্লিবা ব্রিটিসশিংগী অশেংবা শক্তম অদু নাগাশিংদা হৌজিক্তা মযেক শেংলক্লে। মখা তাবকপদা ব্রিটিসনা নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট নীংতম্বগী রাফম নমশিনখবে ভারতকী লৈঙাক্লোন মনুংদা

হুমদোকপীবন্নে। ভারতনা নীংতম্নবা মতুংদা ফিজোনা লুচিংবা নাগা দিলিগেট অমা, ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর জরহরলাল নেহরুগা, নাগা হিলস নীংতম্বগী মতাংদা রাবী শান্নবা দিল্লিদা চৎখি। রাবী অদুদা জরাহরলাল নেহরুনা নাগাগী নীংতম্বা হায়বসি শুকওই ওইথোক্লরোইদবা রাফম অমনি হায়না খংহন্নলকখি। "According to the Naga delegation, Nehru, while hammering his table with clenched fist, said, whether heaven falls or India goes into pieces and blood runs red in the country, whether I am here or anyone else comes, Nagas will not be allowed to be independent " (Vashum, 2000:80)

ওইরক্লিবা ফিভমশিং অসিনা মরম ওইদুনা ১৯৫৬ ইংদা ফিজো অন্দরগ্রাউন্দ তাখ্রে অমসুং চহী অসিমক্কী মার্চ তাং ২২ দা 'ফেদরেল গভর্ণমেন্ট ওফ নাগালেন্দ' (এফ:জি:এন:) লীংখত্তুনা ভারতকী মাইযোক্তা মখল-মখা কয়াগী লালহৌ চৎথবা হৌখি। শোমদা ইন্দিযা গভর্ণমেন্ট অমসুং এন:এন:সি: গী মরক্তা লৈবা 'মোদরেট' নাগাশিংনা শিন্দুনা 'ওল ট্রাইবস নাগা পিপলস কনভেন্সন' (এন: পি: সি:) অমা ১৯৫৭ ইংগী অগষ্টকী তাং ২২ দগী ২৬ ফাওবা কোহিমাদা পাংথোকখি। কনভেন্সন অসিদা লেপ্পখিবা মরুওইবা রারেপশিংগী মনুংদা, নাগা প্রোব্লেম শান্তি ওইনা রাবী - রাতাই শানদুনা শংতাইনবা, অমদি নাগা হিল দিষ্ট্রিক্ট(নাগা ট্রাইবেল এরিয়া) অমসুং মতম অদুগী 'নেফা' গী মনুংদা লৈবম্বা টুইয়েনশাং ফ্রন্টিয়ার দিবিজন, অনী অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবনচিংবা রাফম কযা য়াওবি। মসিগী ফল ওইনা 'নাগা হিলস টুইয়েনশাং এরিয়া' হায়না কৌবা,অসামগী গভর্নরনা ভারতকী প্রসিদেন্টকী খুথাংদা লৈঙাক্লোন চলাইগদবা অ্যাদমিনিষ্ট্রেটিব ইউনিট অমা দিসেম্বর তাং ১, ১৯৫৭ ইংদা শেমখি। মখা তাবকপদা 'নাগা পিপলস

কনভেন্সন' শিং, মথং শিংনা ১৯৫৮ ইং অমসুং ১৯৫৯ ইংদা নাগালেন্দগী উংমা অমসুং মকোকচুংদা ফল্লবা মতুংদা 'সিক্সটিন প্রোইন্ট অ্যাগ্রিমেন্ট' হায়বা যান- চে অমা ইন্দিয়া গভর্ণমেন্ট অমসুং নাগা পিপলস কনভেন্সন অনীগী মরক্তা ১৯৬০ ইংগী জুলাই থাদা সহি তৌনখি । অ্যাগ্রিমেন্ট অসিদা য়ুন্স্ফম ওইবগা ভারতকী তরাতককশুবা ষ্টেট নাগালেন্দ শেমখি । "Accordingly the 16th State of India called 'Nagaland' was constituted under the State of Nagaland Act 1962 (after the 16-Point Agreement 1960) and was inaugurated on 1st of December 1963" (Vashum, 2000 83) অসুম্না পাউশিংনা 'নাগা হিলস ট্রাইবেল কাউন্সিল' শেমখিবা ১৯৪৫ ইংদগী লৌবগা শুপ্নগী চহী কুনগী মনুংদা নাগালেন্দ ষ্টেট চাওবোক পোকখি ।

মণিপুরগী মনুংদা লৈমিন্নবম্বা নাগাশিংনা মখোযগী ওইবা ষ্টেট অমা শেম্লকখিবগী ৱাবী- ৱাখোং নৈনকবগা 'সিক্সটিন পোইন্ট অ্যাগ্রিমেন্ট' অসি য়াম্না মরু ওইবা যানচে অমনি হায়না লৌবা যাই । অ্যাগ্রিমেন্ট অসিনা, নাগালেন্দ ষ্টেট শেমখিবগী ৱাফমতা নত্তনা, নাগালেন্দ ষ্টেটকী বাউন্দরী অমসুং নাগালেন্দগা লোন্নবা ষ্টেটশিং, মরু ওইনা মনিপুরগী ঙমখৈগী মতাংদসু যাম্না মরু ওইবা ৱাফম অমা ওইবে । অ্যাগ্রিমেন্ট অসি ঐখোযনা অনী থোক্লা, 'সিক্সটিন পোইন্ট মেমোরেন্দম নৎত্রগা বিজোলুসন' অমসুং 'সিক্সটিন পোইন্ট অ্যাগ্রিমেন্ট' হায়না যেংবা যাই । বিজোলুসন অমসুং অ্যাগ্রিমেন্ট অনীমক্তা ঙমখৈগা মরী লৈনবিবা ৱাফম অসি পোইন্ট নম্বর তরাহুমদোইশুবা অসিনি । মকোকচুংদা ফমখিবা এন: পি: সি: গী অহুমশুবা মীফমদা, মীযাম্না লৌখিবা ঙমখৈগা মরী লৈনবা তরাহুমদোইশুবা ৱাবেপ অসি, "Consolidation of Contigous Naga Area" হায়বা হেদ্দিংগী মখাদা, মখাগী অসুম্না থল্লি । "The

other Naga Tribes inhabiting the areas contigous to the present Nagaland should be allowed to join the Nagaland if they so desire " (Nuh, 1999 194) বিজোলুসন অসি 'নাগা পিপলস কনভেন্সন' গী প্রসিদেন্ট ডা: ইমকোংলিবা আও য়াওনা, কনভেন্সন অসিগী মরু ওইবা মীওই মরিনা সহি তৌখি । মবী লৈনবিবা বিজোলুসন নম্বর তবাহুমদোইশুবা অসিগী মতুং ইন্না 'অতোপ্পা নাগাশিংনা নাগালেন্দা য়াওনিংলবদি যাওবা য়াগনি' হায়বা ৱাফম্না, 'অতোপ্পা নাগাশিংগী লম নাগালেন্দা হাপচিন্দবা য়াদে হায়বগী ৱাফম লৈখিদে । মসিনা মবম ওইদুনা বিজোলুসন অসিনা মেমোরেন্দম ওইনা ভারত সরকারদা পীশিনলগা শান্নখিবা ৱাবীদা অতৈ ষ্টেটকী ঙমখৈ থুগাইবগী ৱাফম যাওখিদে ।

নাগা পিপলস কনভেন্সগী দিলিগেটশিংনা, অসিগুম্লবা ৱাবেপ যাওবা মেমোরেন্দম অসি ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরগী টেবলদা ১৯৬০ ইংগী জুলাই তাং ২৬ তা থমখি । মখা তানা জুলাইগী তাং ২৭ অমসুং ২৮ দা খন্ন- নৈনববা মতুংদা যানখিবা ' সিক্সটিন পোইন্ট অ্যাগ্রিমেন্ট' অসিগী ঙমখৈগা মবী লৈনবা "Consolidation of Contigous Naga Areas" হায়বা হেদ্দিংগী মখাদা তবাহুমদোইশুবা পোইন্তা যাওবিবা ৱাবোলদি মখাগী অসিনি ।"The delegation wished the following to be placed on record The Naga leaders expressed the wish for the contigous areas to join the new State It was pointed out to them on behalf of the Government of India that Article 3 and 4 of the Constitution provided for increasing the areas of any State, but it was not possible for the Government of India to make any commitment in this regard at this stage " (Nuh, 1999 198). মথক্কী ৱাবোল অসিদগী ঐখোয়না খঙই মদুদি, নাগাগী 'কন্টিগুৱস এরিয়া' গী ৱাফম অসি অ্যাগ্রিমেন্ট

(য়ানচে) অসিদা 'কম্মিটমেন্ট অমত্তা পীবা ওইথোক্তে' হায়বসি ৱাবী অসিদা য়ানখ্রবা ৱাফম ওইবনা, অ্যাগ্রিমেন্ট অসিবু কোট তৌবগা নৎত্রগা অ্যাগ্রিমেন্ট অসিদা যুম্ফম ওইবগা, হৌজিক লৈবিবা নাগালেন্দ ষ্টেটকী বাউন্দরীদগী হেন্না, নাগা এরিয়া চাওথোকপগী ৱাফম 'সিক্সটিন পোইন্ট অ্যাগ্রিমেন্ট' তা যাওদে । অদুগীসু মথক্তা অ্যাগ্রিমেন্ট অসি মতম অদুদা এন: এন: সি: না কন্না যাখিদবা অ্যাগ্রিমেন্ট অমনি । অ্যাগ্রিমেন্ট অসিগী মতাংদা এ:এন:সিগী লুচিংবা এ: জেট: ফিজোনা অসুম্না থমখি ।" the 16-Point agreement signed between the Government of India and NPC was nothing more than a 'bribe' given by the Government to the members of the Naga People's Convention (N P C ) " (Vashum, 2000 84) যানদবা কযা অসিনা মবম ওইদুনা নাগালেন্দ ষ্টেট শেম্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা এন· পি. সি. গী লুচিংবা ডা: ইমকোংলিবা, নাগা অন্দবগ্রাউন্দশিংনা অগষ্টকী তাং ২৪[২], ১৯৬১ ইংদা হাৎখি । অসুম্না অ্যাগ্রিমেন্ট অসি মীযাম্না যাবা ওইগেবা, যাদবা ওইগেবা, মীওই খবনা মতাং, মতম অমসুং তাঞ্জাগী মতুং ইন্না, অ্যাগ্রিমেন্ট অসিগী শরুক খবা হেক লৌথোক, খবা হেক হাপচিন তৌদুনা অতোপ্পা ষ্টেটকী লম খোপচিন্নবা হোৎনবা অসি যাম্না লাইবক থিবনি ।

**মণিপুরগী ঙমখৈদা অকনবা শাফুঃ** নাগালেন্দ ষ্টেট পোক্ত্রিঙৈ চহী তবামুক্কী মমাং অদুৱাইদগী হৌনা মণিপুরগী মনুংমক্তদা লৈমিন্নবিবা, চীংমী ইচিল-ইনাও খবনা মণিপুর থুগাইনবগী পোবম কাংবা হৌখি। হাযবিবা মতম অসিৱাইদা মণিপুরদগী মীওই খবনা অহানবা ওইনা নাগা নেম্নেল কাউন্সিল (এন:এন:সি:) না শীন্দুনা ১৯৫০ ইংগী মেগী তাং ১৪ অমসুং ১৫দা কোহিমাদা ফমখিবা নাগা ট্রাইবশিংগী মীফম অমদা ওবজার্ভর ওইনা শরুক য়াখি। (ভাসুম,

[২] লাইবিক খবদদি ডা ইমকোংলিবা হাৎখিবগী তাবিক অসি আগষ্টকী ২২নি হায়না পীবি ।

২০০০:৭৯-৮০) মতাং অসিরাইদগী হৌনা মণিপুরগী মনুংদসু মণিপুরী নাগা খবনা মণিপুর থুগাইনবা মথি ফোংবা হৌবকখি। রাখল্লোন অসিনা মাংওইনবগা 'মণিপুর নাগা কাউন্সিল' কৌবা ওর্গানাইজেসন অমা ১৯৫৬ ইংদা শেম্লগা হায়বিবা কাউন্সিল অসি ১৯৫৭ ইংদা হাথু-হাথু 'নাগা নেস্নেল কাউন্সিল' (এন:এন:সি:)দা তিনশিনখরে। লোইননা 'মণিপুর নাগা কাউন্সিল' গী প্রসিদেন্ট অঙাল অনাল অমসুং জেনেরেল সেক্রেটরি জেদ: বামিও এন:এন:সি:দা য়াওখরে। "Mr Besıı Chakho was saıd to be the first from the Naga Hılls of Manıpur to join Phızo's army sometime ın 1956 " (Quoted by Vashum, 2000 83) অদুবু মণিপুরদগী ইহান হান্না নাগা মুভমেন্টতা যাওখিবা মীওই অসি, 'গভর্ণমেন্ট ওফ পিপলস রিপব্লিক ওফ নাগালেন্দ' না ফোংবা 'সেপৌমরাথ' কৌবা লাইরিক্তদি পুনানামৈ খুলদগী রিপুনি কাইখো (Hrııpuni Kaıkho) না লুচিংবা মীওই তবানা জুনগী তাং ১, ১৯৫৫ ইংদা ইন্দিপেন্দেন্স মুভমেন্টতা য়াওখিবা অসিনি হায়না পীরি। (সেপৌমরাথ, ১৯৯৫:৯৪)।

নাগা অন্দরগ্রাউন্দ পোলিটিক্সতা, ১৯৬৪ ইংদগী ১৯৭৪ ইং ফাওবা চৎথখিবা ইন্দো-নাগা সিজ-ফাইর মনুংদা অহোংবা কয়া লাকখি। মণিপুরগী উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টগী থুইঙালেং মুইভা অমসুং আব:সুইসানা এন:এন:সি: যাওদুনা মথংশিংনা জেনেরেল সেক্রেটরি অমসুং এক্সিকিউটিব মেম্বরনচিংবা ওইরকখি। চৈবক অসিদা মণিপুরদা 'নাগা ইন্টেগ্রেসন কম্মিটি' (কাইনথংদা ' ইউনাইটেদ নাগা ইন্টেগ্রেসন কাউন্সিল' হায়না মমিং ওনখিবা) ওর্গানাইজেসন অমা অমুক থোরকখি। কম্মিটি অসিনা জুলাইগী তাং ২৬, ১৯৬৮ ইংদা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরদা নাগা তারা লম মখৈ অমত্তা ওইনা পুনশিনবিনবা

মেমোবেন্দম অমা পীশিনখি। মেমোবেন্দম অসিদা সাইন তৌবিবা মক ওইবা মীওইশিংগী মনুংদা কম্মিটি অসিগী জেনেবেল সেক্রেটবি বিশাং কৈশিং য়াওবি। কম্মিটি অসিনা সেপ্টেম্বব ২৩, ১৯৬৯ ইংদা, ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টবনা মণিপুবদা লাক্লম্বা মতমদসু, অমুক্কা হন্না নাগা তাবা লমমখৈ পুনশিনবিনবা মেমোবেন্দম অমা অমুক পীশিনখি। অদুবু ইখং- খংহৌদনা 'ইউনাইটেদ নাগা ইন্টেক্রেসন কাউন্সিল' অসি 'ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস পার্টি' দা আগষ্টকী তাং ৪, ১৯৭২ ইংদা পুনশিনখি। পুনশিনবগী য়ানচে অসিদা 'ইউনাইটেদ নাগা ইন্টেগ্রেসন কাউন্সিল' গী মাইকৈদগী কে: ইনভি, ভাইস- প্রসিদেন্ট, জেমস এল কোলাখে, জেনেবেল সেক্রেটবি, মণিপুরগী হান্নগী চীফ মিনিষ্টব অমসুং এম: পি: (বাজ্য সভা) বিশাং কৈশিং, কে: হুবিয়াং, খাসুন জাজো, এন:এল:থুমশিংনচিংবা মকওইবা মীওইশিংনা সাইন তৌখি। অদুগা সিলভদ্রা য়াজি, সেক্রেটবি এ:আই:সি:সি: (মণিপুব, ত্রিপুবা, মিজোবাম) অমসুং আইচ:নিল্লমনি সিংহ, প্রসিদেন্ট মণিপুব প্রদেশ কংগ্রেস কম্মিটিনা, ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস কম্মিটিগী মাইকৈদগী সাইন তৌখি।

মথক্কী অ্যাগ্রিমেন্ট অসিদা য়াওবিবা মক ওইবা ৱাফমদি নাগা ইন্টেগ্রেসনগী ৱাফম অসি গভর্ণমেন্টকী লেভেলদা লোইশিনগদবনি হায়বসিনি "It is also agreed that the Naga integration problem should be settled at the Government level" ৱাবোল অসিগী মতুং ইন্না নাগা ইন্টেগ্রেসনগী মতাং অসি গভর্ণমেন্ট লেভেল নত্তনা অতৈ অতোপ্পা ফোবম, প্লেটফোম অমদি লেভেল অমত্তদা নৈনবগী মথৌ তাদ্রবা ৱাফম ওইখি। অদুবু মণিপুব থুগাইনবগী ৱাফম অসি ঙাইহাক লৈতনা কাংলকপদগী গভর্ণমেন্ট লেভেলদা হঞ্জিল- হঞ্জিল পুথোক্লুনা মণিপুব ষ্টেট অ্যাসসেমব্লিনা ১৯৯৫ ইং,মার্চকী তাং ২৪,

১৯৯৭ইং, মার্চ তাং ১৪, ১৯৯৮ ইং, দিসেম্বর তাং ১৭,অমদি ২০০১ ইং মার্চ তাং ২২,দা মণিপুরগী ঙমখৈ (টেরিটোরিএল ইন্টেগ্রিটি) ঙাক্নবগী ৱাবেপ অসি ষ্টেট গভর্ণমেন্টকী খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা কয়াবক হন্না লৌখি। থৌওং অসিনা নাগা ইন্টেগ্রেসনগী ৱাফম অসি লৈত্রে লোইশিনলে হায়না লৌবা য়াবে।

অদুবু লাইরবক থিবদি নাগা ইন্টেগ্রেসনগী ৱাফম অসি লোইশিন্নখ্রবা ৱাফম অমা ওইরবসু, নবেম্বরগী তাং ১১, ১৯৭৫ ইংদা নাগা অন্দরগ্রাউন্দ ওর্গানাইজেসনশিংগী লুচিংবশিংগা, ভারত সরকারগী মাইকৈদগী নাগালেন্দগী গভর্নর এল:পি:সিংহনা শিল্লোংদা 'শিল্লোং অ্যাকোর্দ' হায়না খঙনবা অ্যাকোর্দ অসি সাইন তৌনখ্রবগী মতুংদদি অমুক হন্না নাগা ইন্টেগ্রেসনগী মিংদা মণিপুরগী টেরিটোরিএল ইন্টেগ্রিটিদা অকাইবা পীবা হৌরকখি।

শিল্লোং অ্যাকোর্দনা অসিনা মরম ওইদুনা এন:এন.সি: মনুংদা মচেৎ তারা য়াওরকখি। এন:এন:সিগী প্রসিদেন্ট জাপু ফিজোনা, মনাওনুপা কে:ভি: যাল্লে যাওনা সহি তৌরিবা অ্যার্কোদ অসিবু যাইসু হাযখিদ্রে যাদেসু হাযখিদ্রে, তুমিন্না লৈথোকখবে। অদুবু কাউন্সিল অসিগী ভাইস- প্রসিদেন্ট ইশাক-চিশি সু অমসুং জেনেরেল সেক্রেটরি থুইঙালেং মুইভানা অ্যাকোর্দ অসিবু যাদরতা নত্তনা অনৌবা অন্দরগ্রাউন্দ আউটফিট 'নেস্নেল সোশিএলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেন্দ' (এন:এস: সি:এন:) জ্যানিউয়ারিগী তাং ৩১, ১৯৮০ ইংদা শেমখি। অনৌবা আউটফিট অসিগী প্রসিদেন্ট, ভাইস- প্রসিদেন্ট অমসুং জেনেরেল সেক্রেটরি, মথংশিংনা ইসাক চিশি সু, এস:এস: খপ্লাং অমসি থুইঙালেং মুইভানা ওইখি। ইশাক- চিশি সু অমসুং থুইঙালেং মুইভানা জ্যানিউয়ারিগী তাং ৩, ১৯৮৪ ইংদা 'নেস্নেল সোশিএলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেন্দ' গী মিংদা থোকপা ষ্টেটমেন্ট অমদা জাপু ফিজোবু শিল্লোং

অ্যাকোর্দকী মতাংদা তুমিন্না লৈথোকখিবগীদমক থিনা ক্রিটিসাইজ তৌখি। "All these shameful but historical facts are committed by Angami Zapu Phizo and his men It is absolutely volteface, a complete fall from the sublime to the ridiculous, from the lofty national freedom to the postrated capitulation from 'Kuknalim' to 'Jai hin' (Shepoumaramth, 1995:249) অদুবু ইকুই কুইদনা ১৯৮৮ ইংগী জুন থাদা ইশাক অমসুং মুইভানা ইন্দিয়া গভর্ণমেন্টকা শান্তিগী ৱাবী শানগদৌবে হায়বনা মরু ওইবা মবম ওইবগা এন:এস:সি:এন: অনী থোকখি। অমনা এস: এস: খপ্লাংনা লুচিংবা এন:এস:সি:এন(কে) অমসুং অতোপ্পা অমনা ইসাক- মুইভানা লুচিংবা এন:এস:সি:এন:(আই: এম:) হায়না কৌদুনা তোঙান- তোঙানবা লম্বীদা চৎনখি।

এন:এস:সি:এন: শেমখিবা মতুং তাবকপা দেকেদ অমবোম হেন্না ইমু- নাইমু তানবা, হাৎন- শুনবা কয়া থোকখ্রবগী মতুংদা, এন:এস:সি:এন: (আই:এম:)গী মরু ওইবা ফোকস (মাইওন) অসি নাগালেন্দ নীংতম্বগী ৱাফম নাথৈবল্লগা শান্তিগী ৱাবী অমসুং মণিপুরগী টেরিটোরিয়েল বাউন্দরীবোমদা হেন্না 'মিৎযেং চংশিনলকখি। ৱাখল্লোন অসিনা মাংওইনবগা ১৯৯৫ ইংগী জুনগী তাং ১২ দা এন:এস:সি:এন: (আই: এম:)গী 'কলেক্টিব লিদরসিপ' না মতম অদুগী ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর নরসিংহ রাও (১৯৯১-১৯৯৬ সি: ই:)গা পেরিসতা উন্নদুনা শান্তিগী ৱাবী শান্নবা হৌখি। মথংগী মরু ওইবা ৱাবী ফেব্রুয়্যারী তাং ৩, ১৯৯৭ ইংদা সুইজরলেন্দগী জুরিছতা, নরসিংহ রাওগী মথংদা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইখিবা দেভে গৌদা(১৯৯৬-১৯৯৭ সি: ই:)গা অমুক্কসু উন্নদুনা ৱাবী শান্নখি। মখা তাথবকপা ৱাবী কয়া শানববগী মতুংদা দেভে গৌদাগী মতুংদা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইখিবা আই:কে:

গুজবাল(১৯৯৭-১৯৯৮ সি: ই:)গী মতমদা, আগষ্টকী তাং ১, ১৯৯৭ ইংদগী চৎনগদবা ইন্দো-নাগা সিজ-ফাইব, জুলাইগী তাং ২৫, ১৯৯৭ ইংদা এন:এস:সি:এন: (আই- এম) না লাওথোকখি। নুমিৎ অসিমক্তদা ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টব আই: কে: গুজবালনসু ৱাফম অসিগী মতাংদা ভাবতকী পার্লিয়ামেন্টতা ষ্টেটমেন্ট অমা পীখি।

অদুবু হায়বিবা সিজ-ফাইব অসি নাগালেন্দ খক্তদা চৎনগদবা সিজ ফাইববা নৎত্রগা নাগালেন্দগী ৱাংমদসু চৎনগদবা হায়বগী মতাংদা চমন্নবা কয়া য়াওখি। ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টবনা ৱাফম অসি পার্লিয়ামেন্টা লাওথোবকপা মতমদা, সিজ-ফাইব অসি নাগালেন্দ ষ্টেট খক্তগী মনুংগী ওইবা ৱাফম ওইনা তৌই হায়দুনা মৈ হৌবমখৈ শাওখিবা এন:এস:সি:এন:(আই- এম)গী মক ওইবা মীওইশিংগী মনুংদা, মযাম্না জেনেবেল অটেম হাযনা খংনবা ভাসুম ৱুংমাথেমসু অমনি। প্রাইম মিনিষ্টবগী ৱবোল অসিগী মতাংদা জেনেবেল অটেমনা নুমিৎ অসিমক্তদা, মতম অদুগী ইন্টেলিজেন্স ব্যুবোগী দাইবেক্টব অকুন ভগত্তা, সিজ-ফাইব অসি মফম খুদিংমক্তা চৎনবা যাবা (ইউনিবস্যাল) ওইদে হাযদুনা কন্না যানিংদবা ফোংদোকখি। "No I am not satisfied, your Prime Minister is not a Kid Don't try to bluff me In this circumstances, there is no question of working out the ground rules " (Ram Narayan Kumar with Laxmi Murthy, 2002·85)

ভি: অটেম অমসুং এন:এস:সি:এন:(আই- এম) গী মীওই কয়াদা সিজ-ফাইব অসি মফম খুদিংমক্তা চৎনবা য়াবা (ইউনিবস্যাল) ওইনা মযেক শেংনা থমদে হাযনা ফাওবিবা অদুগুম্না সিজ-ফাইব অসি নাগালেন্দ খক্তদা চৎনগদবনি হায়না মযেক শেংনা পনদে অমদি শোয়দনমক্কী তপ্না-তপ্না সিজ-ফাইব অসি মণিপুবগী টেবিটোবিএল ইন্টেগ্রিটিদা শোকলক্কনি হায়বগী অকিবা মণিপুবগী মীযামদা লৈখি।

